# "জাৎ ওনবা"


ঐবা ঃ -

৺লৈতান্থেম রাম সিংহ

হেড পণ্ডিত

থৌবাল গার্লস এল, পি, স্কুল

থৌবাল, মণিপুর।

( নেসনেল এণ্ড ষ্টেট এৱার্ডী টিচর )



১৯৭৭

মমল লুপা ১২/—

"কচ্ছবা"

ইপা ইবুংঙোগী খুয়া থম্বালদা

মতম কুইখে, ইপা ইবুংঙোদি
ঙসি লাইরৈপাক লমদম তান্‌খিবা,
লৈহৌরি নচা লাইবক থীবদি,
মপুগী তায়বঙপান মালেমসিদা,
ঙমজদ্রি কচ্ছবা করিমতা ইপাইবুংঙোগী
লৌবিয়ু লংনবীদনা "জাং ওনবা" নোভেল,
লৈজদ্রি অসি নত্তবা অতে'মা নচাগী।

তোল্লবা নচা

রাম সিংহ

তাং ২। ১। ৫৪ ইং।

# ৱাহৌদোক

ওসি, ঐখোয়গী পীরুবা পোইরৈ মণিপুর ন্না লৈবাক্তা মমিং চংলবা, মমল য়াম্লবা ফাওরবা নোক্তেল কয়ামুক সৈরবা মতম অসিদা, ৱাখল থেল্লবা, পাওদ্রবা ঐগীসু ইথৌদাং শরুক অমা ওইনা মতম অমদা ঐগী ৱাখল মঙানদগী প্থোকখিবা শাবী-শানৌ "নবকিশোর, যামিনী" অনিগী পোরুফম লমদম অমসুং মপুন্সিদা করম্না হৌমিন-কামিম্মরকপা অদুগা কাইনথংদা করি ওইখিবা, অসিনচিংবগী মরমদা খরদং চাউরাক্লা ১৯৫৩ ইং হৌগৎলকপদা ইজরগা নোক্তেল "জাৎ ওনবা" হায়না পোইরৈ মৈক্সবাক্তা নৌনা পুথোকচরক্লি। মসিবু নুংশিবীদুনা ইরুপ-ইপাংশিংনা করিগুম্বদা থেংনবিরুদুনা পাবিবা য়াওরবদি ইজবগী মহৈ য়াম্লে হায়না খঙ্গনি

অইবা—

এল, রাম সিংহ

থৌবাল

তাং ২। ৭। ৫৪ ইং।

# ইবুংঙো রামসিংহ !

ইবুংঙোগী "জাৎ ওনবা" নোভেল পাজরে। মসি মৈতৈ সাহিত্যগী লৈচন মচা অমা শোইদনা ওইরগনি। ঐনা মরু ওইনা নোভেল অসিনা রাইটরদা অমসুং নৌনা হৌরক্লিবা মীপুম খুদিংদা ইনবগী উৎসাহ পিগনি হায়না আশা তৌই।

জয় হিন্দ

শ্রীতক্লিউ, নিমাইচান্দ সিংহ
টি, সি মেম্বর
থৌবাল,
তাং ১৬। ৬। ৫৪ ইং।

# "জাৎ ওনবা"

——*——

শ্রীলৈতাংহেম রামসিংহজীনা ইবা "জাৎ ওনবা" হায়রবসি হাইফেৎ পাঁরে। মৈতৈ পাখণ্ড অমনা কামোননবী অমা লৌবগী ৱারীনি। মদুদা মণিপুর সমাজগী চৎনবী কায় হায়বগী কিখদগী মবানি চেল্লগা তাংখুল জাৎ ওন্দুনা লৈমিন্নখি। মচা নিপা অমত্তং পোক্লম্লগী মমাগা মপাগা কৈনা শোক্তুনা শিখি।

তেল্লবা পুন্সিগী ৱারী অসিনা—সমাজগী অমদি নহারোলগী দোষ খরা উৎলকনবা হোৎনবনি খল্লি। লেখক অসিগী অহানবা উপন্যাস অসি উবদা পুক্নিং থৌগৎতবা ওমদে। অহানবদা "ৱাখনগী লৈকোল" কৌবা শৈরেংগী লাইরিক অমসু ফোঙথ্রে।

হোৎনবা কনবা নহারোনবু জগৎকী স্টেজদা তাঙ্গা পীনৈ; ফমফম চাউনা থাক্লে। অদু ওইরবদি ঐখোয়গী নৌরিবা লেখরা হোৎনবা তৎত্রবদা করিগী ঐখোইগী সমাজনা মতীক ওকপা মনাদু করিগী পীবীরোইদদগে ?

ইম্ফাল
তাং ২২।৬।৫৪ ইং

কৈশাম কুঞ্জবিহারি সিংহ
সম্পাদক "ওসি" দৈনিক।

# "নিংশিংলুবদা"

ঐখোইগী চীং-তম মণিপুর সনা লৈবাক্কী ওইনা মতম অমদা থৌবালগী "ওঝা ৺নিমাইচান্দ" হায়না লৈবাক্তা শকখঙ-মায়খঙ-নবিখ্রবা এক্স, টি, সি, মেম্বর, থৌবালনা ঐগী "জাৎ ওনবা" হায়বা লাইরিকসি ফোঙলমদাইদা থল্লায় হকচাং ঋাওনা পাবিরগা ঋাহে খরদং ইবিরম্বগীদমক লাইরৈপাক্তা তিনবিখ্রবা ৺ওঝাগী তৌবিমল ওইনা নোঙ্গুক্তা খুরুমজরি ।

ওঝাগী ঃ—

এল, রাম সিংহ

জুলাই ১৯৭৯ ইং

# জাৎ ওনবা

## অহানবা মতাং

নবকিশোর অমসুং যামিনী অনি অসি ছাত্র অমসুং ছাত্রিনি। মতম অমদা মখোয় অনিমক ইম্ফাল শিংজমৈ চীংঙা মখাদা লৈদুনা জনস্টোন হাইস্কুল অমদি তক্ষায়া গার্লস হাইস্কুলদা তম্মা ওাক্তনি। নবকিশোরনা মেট্রিক পাস তৌরে; অদুগা যামিনীনা ক্লাস নাইনগী পরিক্ষা থারমদাইদা তোকখিবনি। মখোয় অনিগী পোক্কম লমদম "কিয়াম সিফাই" নি। মরূম থোইনা পংলাপ লাপ্লদে। সোঃরোক্কী ব্রাংমা ব্রাংমদা লৈনৈ। নবকিশোরগীনা অব্রাংদা অদুগা যামিনীগীনা মখাদা অসুমনা লৈনৈ।

হায়রিবা লমদম কিয়াম সিফাই হায়বা অসি মণিপুরগী মনুংদা মমিং চৎলবা অচৌবা "সোরোক" অব্রাং পাংনা ডিমাপুর য়ৌথ্রিবা অদুগা নোংপোকলোমদা ব্রহ্মা তাথ্রিবা অমসুং পল্লেল রোক্তসু হায়না খওনবা অসিগী নাক-য়েন্তা কাগুপ মাইল অমা মথাইরোম' লমলেন তাংজেং উচান পোকপী চীংদগী হৌনা মোংপোক-লোমদা ইশাং শাংনা হাওখা থুজিন ফাওবা তারিবা ফজত্রবা লমনুংশি অমনি। নাক-য়েংবকী দৃশ্য য়েংবদা পুক্নিং হুনা ফজে। অদুগা য়ুমসু য়াম্মনা কুংনা কুংনী তাই।

লমদম অসিগী খা-নোংচুপতা ঈচেন কল্লবা খৌবাল তুরেলসু চেল্লি অমসুং অৱাং-নোংচুপতনা মখিং চৎলবা খাইথৌ পাৎ লৈ। পাৎ অসি থা মচেৎ শানা অৱাং-নোংচুপতা হাইকেৎনা নেম্পক চাং মান্নবা ৱাংবা ফুনান চীংছা অমসুং তাংজেং চীংছানা ঈশম শমননা ঙমখৈ ওইখ্রি। হায়রিবা চীংছাংশিং অসিবু খাইথৌ চীঙ্গোল হায়না খঙনরি। অদুগা নোংপোক চীংখ্য পাংনা চীংশাং নাপোম কয়ামরুম অমসু কাইনাগী চীংছাগা শমনখ্রি।

ঈপাল থাদদি হায়খ্রিবা খৌবাল তুরেল অসি অকিবগী মশক ফংনা ঈচেন কম্না ঈথিল ঈরৈগা লোয়নননা চাংজৌ পানা চেল্লি। অদুগা খাইথৌ পাৎসু ঈশিংনা মবুব পিক থল্লি। অমহিকসুং থরো থম্বালগী মনাতনা পুমশং শংই। মিত্তা অইংবা পোকপা ফজখ্রবা দৃশ্যনি অমদি অঃকাইবদা ইঙ্গিংবীশিংগীসু কুম্মৈগী মশক ওইরবা নিংথিরবা পুক্লিং নুংশিবা দৃশ্য অমনি।

য়াম্নিনী হায়বা নুপী মচা অসি ব্রাহ্মণ চনুনিঃ অরিবমনি। মথক্তা মচেম য়াওখিদ্রিবী মখাদা মনাও তাদ্রবী মবুং তরেৎকী মনুংদা তাওনা মতোমতা অরোইবদা শাৎচরকপী মমোমলোই অমনি। মহাক্কী চহি ১৭তা মওাইরি। মশক মতৌসু য়াম্মনা চখোল্লি, থোইনদি পঙঙৌ ঙৌদে, কুলৈ কুচুনি। য়েংবদা (উবদা) নুংশিবগী মতৌ লৈ; মশম মনা তরু তরুই; মীয়াই ওইমা চাওঈ; নুপী মচা অমনি হায়বদা ফনা লেম্মী; ৱাহৈ খোনফম ফজে; লমচৎ শাজৎ লুই; অইংবা শক্লি।

মমা মপানা খজিক লাইরমনখিবনা মহাকপু মতম শাংনা নীংথিনা লাইরিক তম্মনবা ভমখিদে। অদুদগী মাম্নিনী অসি মমাম্নবশিংনা সোয়োক্তা নুমিৎ খুদিংগী শঙ্গু শঙ্গু হায়স্কুলদা লাইরিক তম্বা চৎনবা অদু নিংশিংলুরগা মপুক্কিং য়ামনা খোম্মরাং—লমই অদুগা "ছাত্রিগী পুন্সি" ভস্তানা লোইরেকো হায়না মথল্লাই ইনুং নুংঙাইতনা হঙ্গনা থম্মমই।

অদুগা নবকিশোর হায়বা অসিনা থাওঙ্ম মচানি। মহাকসু চহি ১৯ তমক ঙাইজরিবা নুপামচা অমনি। দশুমতী কৌবী মচন অমগা মহাক্কতা তাওনা পোকচবনি। মশক মতৌসু ফজনা মফজৈ; পুকচেল খোয়জেনসু য়াম্না তপই; ছাওং ছাদাসু চুং ফীরান চানা নুপামচা অমা ওইবগী চপ চাবা ছাবান পাল্লি; হায়রগ চাউই; মীয়াইদগী খজিক হেন্না ব্রাং চাউই। অদুগা মচনসু হৌজিক থৌবাল এমঃ ইঃ স্কুলদা ক্লাস ফোর তমজরি। মখোইগী ইমুং মনুং অসি মচিঞাক কাবক কাবক মচাজরিবা ইমুং অমনি। অদুনা মমা মপানা নবকিশোরবুদি মীরৈবাক্তা থাদুনা কলেজ তম্মনখিনি হায়নসু থৌরাংজরি।

তানবা ফংলরোই অতৈনা অমুক,
হন্দক মপোক লাংওনসিগী
ছাত্র—ছাত্রীগী নুংঙাইবা পুন্সি;
হৌগ্রবদা ছাত্র-ছাত্রীগী পুন্সি,
লাক্করোই অমুক হমা পুন্সিদা,
'দুওম্মা ছাত্র-ছাত্রীগী পুন্সি;
লাক্কনি তুংদা শোইদনা নিঙমদবা।

স্কুলগী অয়াপ্পা মাইল অনি মথাইয়োমনি। ছাত্র-ছাত্রীগী পুন্সিদা লৈকম তোঙাল তোঙাল্লবসু মতম অমসুং লম্মী অয়াম্বা পরুক তিন্নবমিনা নবকিশোর অমসুং শ্যামিনী মখোয় অনি অসি হায়স্কুল তোয়না কাম্মিন্নে অমসুং তোয়না কুম্মিন্নে। মরক মরক্তা অকা অকুমগী লম্বীদা নুংশি-নুংওনগী থ্রারীগসু তাঙা ফংবদা হেক হেক মশামিন্নে; থোইদোক্লসু ছাত্র-ছাত্রী ওইনবগী চৎমিন্নবা অদুদা থ্রারী থ্রাতাই শানবদু লায়না থোক্লমই। অদুগা মছা মছানা ইবা পাবা ওয়ুবনিনা চিঠীগাসু (নুংশি নুংওনগী) ইদুনা ইতত্তুনা পীনরম্মী। মতৌ অসুম তৌদুনা নবকিশোর অমসুং শ্যামিনী মখোই অনি অসি নুংঙাইরবা ছাত্র-ছাত্রিগী পুন্সিগী অয়ুক অওনবদা নুংশি পরৈ চেৎনা কিশিন্নরে।

লাপ্পা চেন্দে নুংশিগী ঈচেল,
নক্লা চেন্নি মথোৎ কারকপদা।
য়েংদে মহাক্তি চৎনবী পল,
মনীং তমই মতম চুপ্পদা।
কপ্পী পাজল নুংশিগী ঈচেল।
ওমদে থিংদে কনানা মাবু,
চেন্নি চেন্নিংবা য়েংনা মাদি।

# ২শুবা মতাং

যামিনী লাইরিক তম্বা তোক্লদুনা য়ুমগী থবক ইথাং নোমদুনা অমসুং ফিশা–মোনশানচিংবা হোৎনদুনা লৈগ্রে। অদুগা নবকিশোরসু মেট্রিক পাশ তৌগ্রবনিনা হাইস্কুল কাখিগ্রে। হলকত্তুনা ময়ুমদা লৈরে। মহৌশাগী মতৌগুম্না নবকিশোর অমসুং যামিনী পুন্না চৎমিন্নদুনা য়ারী য়াতাই শান্নমিন্নবগী নুংঙাইবা খুদোংচাবা মতম অদু ফংনখিগ্রে। মতম খরদি ময়ুম ময়ুমদা তুমিন তুমিন্না লৈনখ্রে। অসুম্না মখোয় অনি অসি কপ্পা কুইনবু লৈনবা ঙমগনি; মৈবু ফিনা কুপত্তুনা মতম কয়া শাংনা থমগনি।

হাইস্কুল কাবা লেপখ্রবা মতুংদা নোংমা নবকিশোরনা য়াচংলকপা মতমদা মহাক্কী লাইরিক পাফম কাদা চঙলগা লালটেন থাওমৈ অমা চুখৎলদুনা যামিনীদা থাখিনবা চিঠী অমা ইরে অদুগা পন্দনা চিঠী অদু পুদুনা যামিনীগী মতা ওইনাম সখি, ক্লাস টেন্দা তম্লিবী মহাক্কী ময়ুমদা চৎখিরম্মী। মতম অদুদা সখিসু সরস্বতী পুজাগীদা ময়ুমদা লাকত্তুনা লৈরি। মতা চারুদুনা সখি অসি মহাক্কী লাইরিক ঔরাইফম কা মচা অমদা লাইরিক পাদুনা লৈরম্মী। তাঙ্গা অদুদা নবকিশোরনা মনাক্তা চঙখিল্লদুনা "ইবেম্মা সখি! ওসিদি, নতা যামিনীদা চিঠী অসিমতা য়োনবা

## ম্নাৎ ওনবা

অমুক্তা পিরিম্বো" হায়না চিঠী অদু সখিদা পিরম্মে, অদুগা "ইবেম্মা ! ইবুং হল্ল" হায়রমলগা খোজাম্লোমদা খোকখিদুনা মহাক্কী মরুপ খাইস্রাম শ্যামা হায়বা ক্লাস অমতদা তম্মিন্নরকপা অদুগী ময়ুমদা অমুক চংখিদুনা ওাইহাক ক্লারী ম্লাতাই থরদং শানরগা নুংদাংগী চাক-ঈশিং চান-থরুবা মতম ম্যোরক্লদুনা ময়ুমদা হনখিরম্লী। অদুগা পীরম্লিবা চিঠীগী ক্লারোম্দি অসুম্না ইরম্মী।

ইবেম্মা !

খোইনৌগী নুংশিরবী মাম্নিনী ! নহাক্তৈদা ছাত্র-ছাত্রী ওইনরিবৈগী মতমদা মওম্নিন্নখিবা মওশিং অদু পুম্নিগী অরেম্না তারগদ্রা থব্রুবদা অরাবনি। মরমদি ঃ— নহাক লাইরিক তম্না তোকপ্রে; অমুক হন্না ক্লারী শাননবগী মতম লৈত্রে।

কম্নি থম্নি ? অমরোমদা নং ঐ জাৎ মাম্নরমদুনা অহল লম্মনগী ম্লাথং থানগনি হায়বসু লৈত্রে। মরম অসিনা অরেপ্পা নগাউ অমা পীরকতুনা ঐগী চিংনবা পুম্না কোকহনগদ্রা হায়না থজারি।

নহাক্কী —

নবকিশোর

মতম অসিদা মামিনীদি ময়ুমদা করম্না মওংদা কম্নি থম্দুনা লেম্নি ? লাইরিক তম্না তোক্লবনিনা মমাংথৈওম মহাক্লা অথবাইদগী হেম্না নুংশিজরবা নবকিশোরবু উনদুনা নুংশি ক্লারী শানবগী

করম্বা লাইবক কথা মতম অমা অমুক লাকখিগদগে হায়না থজবতনা মহাক্কী ম্বায়া ম্বাই চিন্নবা মথৌদাং অমা ওইরম্মী। অদুগা করিগুম্বদা নুমিদাংম্বাইরমগী তাজাদা লৈরাং খোইমুদা পান্দম্লদুনা মখাগী ম্বাহে থরসি মপুক্লিংগী অল্লা ইশৈ ওইনসু ফোংদোরকই।

ঈশৈ

ম্বামশিন্নকে মোইদাম থাবুম
উখিদবা খোইমুগী চেংলৌ,
লৈগ্রবরা খাংজেংবা শমায় ?
পাইরকখিদ্রে লৈরাং নাক্তা।
মাওখ্রগদ্রা লৈনুংশি নংবু ?
লৈমল চনখিদনা ওক্তা,
শাৎলুদবনা লমদম চানা,
ওইরগদ্রা লৈরাংগী মরাল ?
ম্বায়েদা লৈনুংশি মহাক্তি,
থজুবদা খোইমুগী ম্বাখল।

অসুম্না নুজা যামিনী চিক্তাগী পোৎলুম পুরদুনা বানা মতম লেপ্লি।

অদুদগী সখিনা চিঠি অমসুং মহাক্কী লাইরিক পাকমদগী লালটেন থাওমৈ পায়রদুনা মমাদা, মতা যামিনীঃখায়দা লাইরিক অমতা লৈব্রা হংলুগে হায়রম্লগা চৎখ্রে। যুমসু নক্লে, মনিং মমাংনি।

নুমিৎ অসি যামিনীসু মহাক্কী নুমিৎ খুদিংগী য়াচংবগী ধুপ থাওমৈ কৎপা মতম য়ৌরক্লদুনা মাঙ্গোন্দা ধুপ থাউমৈ থাগত্তুনা লৈরি। অদুগা মমানা কৈথেন্দগী চান থক্করা ভা-চাক খরদং লৈরুরগা ভত্তানা কুম্মকতুনা ইমুংগী ফুঙ্গা নাক্তা মচা নুপা খরগা ফম্মিন্নরি। তাঙ্গা অসিদা সখিনা "ইতা! নহাক্কী পোইন্ত্রিগী নোট অমা লৈখিবদো লৈরিবরা? লৈরবদি নোংমা ঙিন্দিদা য়েংনজগে" হায়না হংজিন্নরম্মী। অদুদগী যামিনীসু হরাও হরাওনা "ফনি ইতা! লৈখিবগুম তৌই য়েংশি" হায়না খুম্নকই। ভাংনরিবা রা অসি যামিনীগী মমা অমসুং মবুংশিং অদুনা তাদুনা "অমুক্তা থিমিন্নৌ, অমুক্তা থিমিন্নৌ লৈরবদি খরা পীখো" হায়রকই। অতুগা যামিনীদি নহালমখে ঈখৌ ভাইরিবী চেক্লাগুম নবকিশোরগী মপাউ হংনিংবা অমসুং তানিংবনা য়াম্না খৌরাংনা লৈজরিবা মতম্নি। অতুনা মতাং অসি যামিনীদদি ঈরুনিংবগা থোং তেকপগা মান্নখিরম্মী। অতুদগী যামিনী অমসুং সখি মখোই অনিমক য়ামিনীগী লাইব্রিক পাফম কাদা চংখিতুনা ফম্মিন্নখ্রে। অতুগা সখিনা লোন্ন "ইতা! ভসিদি, ঐ কনাগুম্না মীশক অমগী পাখোল্লোই অমা ওইনা লাকচরিবীনি; ইতাবু উনবা নুংভাই-নবগীদমক লাইব্রিক লৈব্রা হায়না হংজিন্নবনি। লাইব্রিক্কী থোইদোকপা মরমদি লৈজদে। অতুনা সে, অমুক্ত লৌশিনবীহৌ, ঐ চৎলগে" হায়তুনা নবকিশোরনা শিন্নরম্না চিঠী অতু পুথোক্লক-তুনা যামিনীদা পী। মতম অতুদা চিঠী অতু নবকিশোরনা পীরকপা ওইরমগনি হায়না খল্লতুনা যামিনী মথল্লাই হরাওরম্মী।

অদুগা "ঙাইহাক্তা ফম্মিখোবা ইতা! নহাক অসিমা ওঙ্গোক্লা নুংঙাইখিদ্রে, ঙসি নোংমতং চথোক্লকপদা; কৈদৌগে ঙাইহাকতা ফম্মীখো; হায়মা য়ৌরকপগা হেক্তা চৎকদবগী হৌৎনবসিবু। ঙসিগী চিঠী অসিবু কনানা পীরকপনোনে? মরোল করি হায়রিবনো? অমুকতা য়েংবু য়েংথোকমিন্নখিসি" হায়দুনা চিঠী অদু ফাকতোক-তুনা সখি অমসুং যামিনী মখোয় অনি পামিন্নরম্মী। চিঠী পাবগী মতম মিনিট ১রোমদং মচঙই। মতম অসিদা যামিনী শকফম হঙিন্দুনা তুমিন্না ব্রা মচেৎ অমা ফাওবা ঙাংদনা লৈজ্রে অমসুং লাইরিক পাফম কা মচা অদু মতোমতা লৈজবদৌনা ঙাইহাকতি পুমচিক চিকখিরম্মী। অদুদগী সখিনা অচিকপা অদু থুগায়রতুনা "হন্দক্কী চিঠিগী ব্রারোল অসে ইতা! য়াম্না লুবা অমসুং অৱাবগী মতাং অমনি। অদুনা ঙসি, ঐনা হায়জনিংবদি :— ইতানসু থোইদোক্না হেন্নতুম খঙবিফম থোকপা" হায়দুনা মথাগী ব্রাহৈ খরা অসি হায়খি। ইতা! ঃ—

চান্নবা লায় কায়নবা লুই
নিংথৌ শেম্মা য়াওনু, কনবা য়াও
শাবী শানৌ কয়াগীদি
থাংখিবা খোংকাপ অহানবা
পুম্পিগী মদুনা লেপকনি।
থল্লু মুম্না ইতা চাম্নবী!
ঐবু কনাগীনো? কনানা ঐগীনো?

লোইজরে ইতা! অসিতনি, চঙ্গরগ লৈবীহৌরা" অসুম্না হায়রম্লগা মহাক্কী লালটৈন থাওমৈ অদু পায়তুনা অমুক মাইক্লিক

শওদগী থোকখ্রে। অতুগা যামিনীগী মমা রাধেদসু "হঞরগে ইমা!" হায়রম্লগা ময়ুমদা চৎখ্রে। রাধেসু ক্ষে, ক্ষে ইবেম্মা! হল্লো হল্লো হায়না খুমহৌই।

মতম অসিদা যামিনীদি চিঠীগী পাউখুম কয়ম্না ইতুনা হনখিগদগে হায়না মপুক্লিংদা অতৈ য়াখল অতোপ্পা অমা চংদনা অতুম খন্দুনা লৈরম্মী। অতুগা মতা সখিনা হায়রম্বা য়াহৈশিং অতুদি মুন্না য়াম্না নিংথিনা তাহৌই। অতুদগী ভাইহাক্তং লৈরগা চিঠীগী পাউখুম ইরগে হায়না খল্লতুনা মখুত্তা কলম পাইখৎলবা মতমদা অসুম্না মতোমতা হায়রকই—"ওসি, ইভা সখিনা চৎলমদাইদা হায়রম্বা য়াহে খরা অতুবু অসিরা? "ইতা যামিনী, কাউগনুকো ইতা!" অং চুম্মি, য়াম্না চুম্মি! ঐ যামিনীনি' ঐ য়াইঃ অদুনদি—হনখিনবা চিঠী ইরগে" হায়না ইথোকখ্রে। ইথোকখ্রিবা চিঠিগী য়ারোল্দি অসিনি।

ইবুংঙো!

চিঠি ফংজরে। য়াখল থেনবী নুজানি। করম্না ইবুংঙোগী চিংনবা কোকহনজগনি। মহৌশা লেপচখিবা পুন্সি অসিমগী অমুক হোংজরোই! ঐবু, ঐনা নহাক্তঙদা ইবুংঙোগী খুয়াখাদা কথোকচখ্রে। হৌজিক ঐ অসি কনাগী নত্রে।

মরম অসিনা পুন্সিগী অরা-নুংঙাই পুম্নমক্তা শরুক য়াজবা মতুতদি পীনবীবা কিগাউ শানা নিজরি। ননাই—

যামিনী

অতুদগী চিঠি অসি কনাদা করম্না কৈদৌঙৈ পীখিনি হায়না খল্লিঙদা মমানা চাক থোংউরো থেংখ্রে হায়না কৌরকল্লতুনা

যামিনীনা চিঠী অদু নিংখিনা থুপচিল্লগা মহাক্কী লাইরিক অমগী মরক্তা হাপচিনখ্রে। অদুগা থুনমক চাকথুমদা চঙখিদুনা চাক প্রপ প্রপ লোইনবা হোৎনরম্মী। অদুদগী ভাইহাক্তং লৈরগা চাক লোইরদুনা মহাক্কী মমা অমদি মবুংশিং ওয়মক কৌশিন্দুনা চাক চামিম্নরে। অদুদগী মহৈ মহৈ, মাগী মাগী, কমুং কমুংদা চঙদুনা তুম্নখ্রে। অদুদগী অহিংগী শরুক হৌখ্রে। নোংভাল্লে মখোয় ওয়মক য়াহৌনবে।

হৌখিবা অহিং অসি যামিনীগীদি তুমদুনা ভাইহাক্তা পেখানবা মতম পীখিদ্রে। তুমদুনা পোত্থাবগা নহুত্তা মপুক্লিং অদু অন্না নুংশিগী ল্লাখত্তনা ঈহৌরম্মী। অসুম্না যামিনী অহিং অদু য়াম্না ল্লানা লেল্লম্মী। নোংভাল্লগা অমুকসু হন্না কনাদা করম তৌনা চিঠী অসিবু পীখিন্দগে হায়না ল্লাখল পোত্থাবা লৈতনা থল্লক্লে। মতোমতা মহাগী ল্লাখল লেপচবা ল্লারে। অসুম্না মহাক্না ইজবা চিঠি অদু পিক্রম খণ্ডনা অমসুং পীথোকপা ওমদনা যামিনী মহাক্কীদা অঠুম নুমিৎ তরানিমুক লেংদনা লৈরে।

যামিনী! ঈকাইবগী মৈনা কয়া কুইনা নহাকপু চুদুনা পোৎথাদনা চাক্তুনা লৈখিগদৌরিবনো? করম্না মতমদা অন্না নুংশিগী মৈচাক অদু মুৎকদৌরিবনো? অন্নাবনি যামিনী!

য়েংবিয়ু! ইকাইবীবী নুজা অমা ওইরম্বনা মপুন্সিগী ভরোইবা ল্লারেপ্পু তানখ্রবা নুংশি পাউথুম চে অসি হনখিবা ওমদনা অসুম থুনাং চাদুনা লৈরক্লিবা অসে! অদুবু করিগুবা মতা অসি থোইদোক্লগু মথাৎ করকপী নুপী মচা ওইবীশিংগীদ লৈতংনি। যামিনী মহাক্তগী শরুক নল্লে।

# ৩শুবা মায়াং

মতম নুমিৎ তরানি থা মখাইমুক যামিনীদা পীখিবা চিঠীগী মরোল হন্নকপা' ভাইদুনা নবকিশোর ময়ুমদা লৈরম্মী যামিনীনা চিঠী মরোল অসি অমুক হন্নকন্নবদা ইংথনা লৈবা ভমলকল্লে। মপুক্লিংদা যামিনীখোয়দা চৎনিংবগী ৱাখল অমা চাউনা পোকখিরম্মী। অদুগা অম.রামদা ছাত্রশিংনা মীগী ময়ুমদা কোয়রুবা হায়বা অসিসু থোইদোক্লা য়াম্না কোয়মা থোক্লম্মী। মসি নবকিশোরদসু অরায়বা থবক অমা নৎলমদে। অদুবু নুংশিবগী ঈনোৎনদি অসুম অসুম চাং হেন্না কারকপনা নোংমদি নবকিশোর মফি মরোল শেৎশিন্নে; অদুগা মখুত্তা লাইরিক মচা অমা পান্নশিন্নদুনা থৌবাল কৈথেল কামবা মতমদা ছাত্র অমগী মওংদা ইচম চম্না মহৌশাগুম্না যামিনী:খাইরোমদা চৎখ্রে।

অমরোমদা যামিনীনা মতম অসিদা মাঙোন্দা ইংয়াং ফি শাদুনা লৈরি; অদুগা মমা রাধেনা কৈথেন্দা চান থক্লবা ভা-চাক্লচিংবা ইঙ্খাং-নাপী লৈক্লগদবগী মফি মরোল শেৎচিন্নদুনা ফমেনগী উখোকতেন মনাকৃতা ফমদুনা পানা মতপ অমতং চাখিপে হায়দুনা পানা কাগোক্তগী পানা তপ্লি। অদুগা মবুংশিংসু থরা অমদি চৎথোকপ্রি, থরা অমনা ইখোল শংবনগী থবক ইখাং নোমদুনা লৈরি। মতম অসিদা যামিনীগী মখুং য়াজাওদি লংকৈ চৎখিদুনা ময়ুমদা লৈরমদে।

তাঙ্গা অসিদা নবকিশোর মখুত্তা লাইরিক মচা অমা পাম্নমদুনা মক্কি-ময়োম নাম্না শেৎলগা যামিনীখোইগী ময়ুমদা লাক্লম্মী। যামিনী, নবকিশোর লাকপা উবদা ইকাই নুংশি য়াম্নখিদুনা মছা অদু য়মাং মরীক মরীক শৌরম্মী। ইয়োংদ ফি শারম্না অদু খওহৌদনা লেপখি। অদুদগী মমানা ভরাম ভরাম্না "ইবুংঙো" নবকিশোর, লাকইবরা ?" হায়না কৌরম্মী। নবকিশোরস্তু "অহোই ইমাবু" হায়না খরা কোইরম্না খুম্লম্মী। অদুগা "নবুংগী ফিদা অমতা পুরকউ-ইবেম্মা !" হায়দুনা যামিনীনা ইমুংদগী তরু-তরুবা ফিদা ফক মচা অমা লৌখোকলদুনা থারে। অদুগা য়াম্না ইকাইবগা লোয়ননা "ফিদারোমদা লেওশিনবীয়ু" হায়রম্মী। মতাং অসিদা নবকিশোরস্তু ফনি হায়না হায়ফেৎ ইকাইবগী মতা জাৎ অমা ওইনা ফমখিরম্মী। মমানা "খুদোংগাস্তু হান্নু ইবেম্মা ! হায়রকই। নবকিশোরনা "থকচদে ইমা! তৌবিরুনু" হায়না খুম্লম্মী। অতুদগী পানাপাদি চাদ্রা ইবুংঙো ?" হায়না হংলম্মী। নবকিশোয়না "লোইনা ওকচরে, য়ারে ইমা !" হায়না খুম্লম্মী। মতম অসিদা যামিনীস্তু মহাক্কী ইয়োং ফি শাফমদা অমুক চওদুনা ফমল্লে। অদুগা যামিনীগী মমা রাধেনা "করি চা-থক্কনি, ইবুংঙো লেওঙকপদি" হায়রম্মী। নবকিশোরসু 'য়াম্না নুংঙাইজরে ইমা! হায়না খুম্লম্মী।

অদুদগী রাধেনা "খওদ্রেদা ইবুংঙো ! ইমাখোয়সু থম্বাই অসি ইনুং-নুংঙাইরে। নচনসু লাইরিক তম্বা তোকহল্লে। মাগী পাবুংনগা লংফেদা লৈখিবনে, লায়রবা অসিনা তৌনিংঙাই ইলে লৈরে। অম্বাবগী অম্বাবা ভাকৃতা মওাইশিন্নকে। অরেবা থয়না

চরা নোংথম্নবা হোৎনবদা পুন্সি অসি নোংম-নোংমগী অসুম অসুম ব্রাবা নংবা হেজিন্নক্লে। কন্নম হান্নবা পানগদৌরিবনো থঙব্রে” হান্না মচা নুপী যামিনীনা লাইখিক তম্না তোকপগী মরমদা ব্রারী ব্রাতাই ঙাইহাক শারম্মী। নবকিশোরসু “অহোই ইমা! তান্নবঙপান হান্নবসি অব্রা নুংঙাই কয়াগী ফিক্ম মতুংইন্না চৎপা ঙাক্কি! অমুক নোকপা অমুক কপ্পা; অসুম্না পুন্সি অসি লেনবা হায়বদুনি। পুন্নমক অসিগী অরোইবা ওন্থে মতাংদি শিবনিংদা ইমা! অতুনা শিন্নিক্রাওবা ব্রানবসু নুংঙাইনবসু খাঙবা তাই!” হান্না যামিনীগী মমা রাধেগী ব্রারী অদুদা ম-তং পাংলম্মী। যামিনীসু ব্রারী অসি স্নাম্না মুন্না তারম্মী। অদুদগী মমা রাধেনা “অং চুম্মী ইবুংঙো! অতুদা তাই। ঐখোয়না নুংঙাইগে অমসুং ব্রাগে হান্নবা য়াবা নত্তে” হান্না খুম্নকই।

অসুম্না ঙাইহাক্কী ব্রারী-ব্রাতাই শানরগা যামিনীগী মমা রাধেনা “অতুদি ইবুংঙো! ইমাসু থৌবাল কৈথেল্দগী চান-থক্রবা ইঞ্জাং নাপী ঙা-থুম লৈবা ঙাইহাক্তা চৎলুখিগে। মবুংশিংসু মথা থংবা ইখোল অসিদা থবক ইখাং খরদং হোৎনতুনা লৈরিবনি, চঙঙক-অনি ঙাইহাক ফমহৌখো কো।” হান্নরম্লগা কৈথেল চৎখিরম্মী। নবকিশোরসু “স্নাম্না ফনি ইমা! লেঙবিক” হান্নরগা অতুম ফমতুনা লৈহৌরে।

মাঙোন্দা নবকিশোর অমদি যামিনী মংখাই অনিদা ঙাইহৌরে। মতমসিদা নুংশি-নুংওনগী মরম্দা ব্রা হৌদাক্রবা ইকম ওয়্রে। ঙাইহাক্তংদি মাঙোন অদু ইচীক চীক্রম্মী অতুদগী নবকিশোরনা অচিকপা অদু থুনাইতুনা ইবেম্মা যামিনী! নহাক্কী থুক্কিং করিনো?

ওসিদি অশেংবা থংজনিংই। অদুনা ইংবম্মগীদা লাকচরিবনি। চানবীদুনা, চিঠী অমতং থাজখিবসু মতম থা মথাই অময়োম ফারক্লবা ফাওবা কন্নিগুম্বা মরোল অমতসু হনবীরক্তে। অদুনা মহৌশাগী পুকচেল অদু লাইখ্রিক তম্বা তোকপিখিগদগী অমা অমুক হোংবিশ্রবসু ইছা লাকচরিঙে অসিদা চিংনবিবা লৈতনা শেংদোকপীয়ু" হায়রম্মী।

যামিনী, পাউখুম থুনা হেক পিবা ওমলমদে। ওাইহাক ব্রাংলেন মিৎকুপ খরদং মরু-মুকথদুনা খন্ননা য়াম্না ইকাই নুংশি খান্ননা "ওাকপীয়ু, ইকাই থীবী নুজানি। মমাংগী পুকচেল ওসি ফাওবা হোংজদ্রি; শিবা ফাওবদসু হোংজরাই। অসুগা চিঠীসু মতম চানা ফংজে। পাউখুমসু পুক্লিংগী মতুং ইন্না ইদুম্না থমজরে। অদুবু পীফম খওদনা অমসুং পীথোকপা ওমজদদুনা নিঙোল কাদা লোৎচরি। থৌজানবীদুনা, ওসি পুক্লিংগী অরেপ্পা ব্রাবু ইজরবা চিঠী অসি হরাও হরাওনা অমুক্তা লৌবিয়ু" হায়দুনা যামিনীনা মথানুংদগী চিঠী অদু পুথোরক্তুনা নবকিশোরদা পী। নবকি-শোরসু কন্নিমতা লৎনবা তৌদনা যামিনীগী পাউখুম চে অদু হরাও হরাও লৌদুনা মহাক্কী ফুরিৎখাওদা হাপচিনখি। অদুদগী ফরে; অদুদি যামিনী! ঐসু হন্নগে। ওসিদি ইথোং থোঙনা লাকতুনা নহাক্কী পাউখুম চে লৌজরে; ব্রারৌনুকো যামিনী! নহাল মথে পীফম খওদনা অমদি পীথোকপা ওমদনা নিঙোল কাদা য়াম্না ব্রানা লৈরম্মদো ওসিদি খুদোং চাবগী তাঞ্জা অদু ফংবিরেদনা। অদুনা পুক্লিং নুংঙাইনা ব্রাই শংনা হরাওনা লৈবিহৌরাকো হায়রকই।

মতাং অসিদা ঋামিনীসু "হায়রিবা প্পুম্নমক অসি ইতীক চাবা ইরাম্নি হায়না করি অমতা চিংনজবা লৈতনা ম্লাজরে। শাউঋিনু! ব্লারৌবিনু অদুগা করিগুম্বা অমতা হায়জগে। কুমশি শ্রীপঞ্চমীদা লাই থুকম্বা লেঙবিরোইদ্রা? ঐখোয়গী লৈকাইগী ইমান্নবীশিং, ওইনামগী ইতা সখিখোইনচিংবা ময়াম অমা 'কাইনা' খুরুম্বা চৎনগদৌরি। মসিদা ঐসু ম্নাওজগে হায়না খজরি। লেঙমিন্নকসি হায়ববু ম্ন।ম্না নীংবা কায়বীগদৌবা লৈ-লাকপ্রা? হায়না ব্বা অমুকসু নোংলম্মী।

মতম অসিদা নবকিশোরনা—নীংশিংবিব্রিবা অদু ম্নাম্না নুংঙাইজরে; ইরাইবক্তুম ফবনি। শোয়দনা চচ্চগনি। ঐদি নবকিশোরনি, ঋামিনী নচ্চদে'' হায়না পাউখুম পীরকই। ঋামিনী মপুক্লিং থজিক ইকাইবা পোকখি। অতুদগী "ফরেনে চৎচরগে" হায়রম্নগা নবকিশোর হনপ্রে। ঋামিনীসু মপুক্লিংদা ইকাই নুংশি ম্নামন্না লৈহৌরে। অদুদগী নবকিশোরনা থোজাল য়ৌপ্পবা মতমদা ঋামিনীনা হায়রকই—উম, ঙসিদি ইতোমতা থাকচখিবা লাং ইত্তোমতা থুজরে।

খনবীযু! নবকিশোর অমসুং ঋামিনী মপুন্সিগী নুংশি লানফমদা মৈত্রবাক্কী চৎনবী পল নমথেক্কখা হোৎনবগী লাম্বা পাবদা করিগী মতিক চারোই হায়নিংঙাই লৈবগে?

---

# ৪শুবা শরাং

নবকিশোরনা যামিনীখোইদগী হনখিদুনা মযুম য়োরগা মহাক্কী লাইব্রিক পাক্কম কা অদুদা চঙখিদুনা মতোমতা চৌরা ফম্লগ যামিনীনা পীখিবা চিঠী অদু ফাকতোকখুনা পাক্করে অদুদগী খঙহৌদনা মমিত্তগী মপি চদুম চদুম তারদুনা য়াম্না মথব্রাই শোক্ক যামিনীবু নুংশিবা ব্রাহৈনা হায়রকই—"ওঃ যামিনী! ইবেম্মা নপুক্সিগী নহাক লোইরেকো! নহাক্তি ব্রাহ্মণ চনুনিদো; অদুং ইগুংলাক্তি নুংশিরবা নহাক্কী ইমা, পাবুং অমসুং নবুং তরেং কায়নবা। অদুগা চান্নরবী কৈরোই-লৈকাইগী খোইনৌগী সখিনচিংবী নমান্নবী বয়ামুবস্থ শেংনবা অমসুং পোক্কফম লমদা নুংশিববু হন্দোক্কম্বা তারবা! মরমদি ঃ—ঐখোয় মৈত্রবাক্কী ব্রাংন থিংগ্রবা চংনবী পনগী ঈব্রাংমদা নং, ঐতা লানমিন্নবগী মতম অমা শোয়দনা লাক্কগনি। মতম অদুদা পাঙল শোক্কবী মুজ যামিনী নহাকপু ইমাং খানা পুবিবদা "ব্রায়" হায়রক্লোইদ্রনে নুংশিরবী নংবু? হায়যুনে যামিনী!

অদুগা অমরোমদা, যামিনী! নহাক্কী পলেম পম্ভৌ অমসুং নবুং তরেৎ অহুনা নহাকপুদি অহিংদা খোকপা মেঙলবা থাজগুং অমদি নুংখিলদা ঙানবা লংলবা নুমিৎকুম নাতোমতা তাঙন অরোয়বদা য়াওরকপীনি য়াম্নদুনা নহাকপু উরকন্নবা মতমদ

মৈত্রবাক্সী পম্নুংদা কপ—লাউদুনা চোং-ফন্দুনা খাঙগদবা অতু করম্না য়েংদুনা অমসুং তাত্নুনা লৈগদৌরিবনো যামিনী! নহাকপু ঙমগদ্রনে ঐবেম্মা! হয়েং 'তুং ফাওবা নুমিৎ থানা পাল্লিষথৈ ব্রাহ্মণ জাতি মায়হিং কাহৌরনি।

ও ঃ অসিরা? শাবী—শানৌ কয়াগী নুংশি ঈচেল হায়বদো মতম চারবরা নবকিশোর অমসুং যামিনী অনিগীসু। অং ফং, যাম্মিনী! হৌজিক নহাক অসি ঐগী অনিশুবা থব্রাইনি। খঙলে পুন্সি অসিমগী অমুক হোংবা য়ারোই!

অসুম্না নবকিশোর ব্রাংলেন পুংজা অমে ম হামিনীগী ব্রাখন্দা লুপতুনা লৈরুরে। অতুদগী ঙাইহাক লৈরগা ব্রাখন্না চোকথরুরবা নবকিশোর, মমানা চাক লোইরহ্নুনা চারগা তুনংশ্রে নবকিশোর হাম্নগী নবকিশোর অমুক ওইখিদ্রে। মহাক্সী পুক্লিং ব্রাখল পুংওন ওনখ্রে!

য়েংউ! মতাংসিদা লাইরিক পাবিরিবা ইবুংঙো, ইবেম্মশিংনা উবা ফংখিগনি। নবকিশোর অসি মৈত্রবাক্সী চৎনবী পল করিনো? হায়বা ইখঙ খঙদবা ছাত্র অমদি নত্তে। তৌইগুম্বসুং মথোং কারকপগী মতম ওইরকপা হায়বা অসি খঙনা খঙনা অমসুং উনা উনা থিংবা ঙম্নহৌদবদগী চৎপা ঙাক্লি। কুইররোই নবকি-শোরনু কল্লবা মৈত্রবাক্সী চৎনবীনা চাংয়েং করম্নুক তৌরক্সদৌরে। মতমংদা মহাক্সী মথৌনা করম্না পাংথোকপগে হায়বা মতুসু খঙবিরগনি। অতুগা পাঙ্গল শোম্নবী নুজা যামিনী মহাক্কীস্তু অক্মানি। করি অমুক থোইনা থেম্নবা লৈতে!

# ৫শুবা মতাং

যামিনীগী পাবুং স্নাজাও লংফেদগী থুংলরে। নহানমথৌ মহাক্না লংফেদা লৈখিবৈদা মহৈ-মশীং হৈবা, শাগে-জাৎ ফবা ইনাক-কৈরাকসু থুনবা ব্রাহ্মণ মীশক কয়া কয়ানা যামিনীবু পীরা হায়দুনা যামিনীনা মাইরিবা তম্বা তোকখিবৈদগী হৌনা তোয়না ভোমন লাকলম্নি। অতুবু মমা অমসুং মবুংশিংনা পামজবা কয়া মাওরবসু "পাবুং লাংথিসনু" হায়দুনা থিংদুনা থমলম্মী। অতুনা মথোয় পুম্নমক স্নাজাওনা লংফেদগী লাকপা ভাইতুনা লৈনরম্মী। অদুদগী লাক্লে হায়বা গাউ অসি তানরদুনা মথোয়শিং অদু অনুক মহৌশাগী ভাবদুনা যামিনীবু পীদুনা হাদুনা স্নাজাওনা তক্লরম্মী। মতম অসি যামিনীসু থাজ-য়োঞ্জবগী মতম চারবনিনা মথোয়না পামজবা মতীক চাবা মহৈ-মশীং হৈবা, শাগে-জাৎ ফবা, অদুগা মচিঞ্জাকসু কাবক কাবক মচাজখিবা ব্রাহ্মণ মচা অমদা যামিনীগী মপুক্লিংসু নিংথিনা থংদনা য়াথং পীথোকখ্রে। অদুদগী শকখণ্ড মায়খণ্ডনখ্রে। ব্রারোইপোৎ পুখ্রে; অতুগা লুহোংবগী অফবা নুমিৎনচিংবগসু য়েংদুনা লেপথোক্লখ্রে।

যামিনীদি, "ইমা, পাবুং অমসুং ইবুংশিংগী থৌজাল নিজরি। য়াথং অতু অমুক্তা হায়দোকপীখো। মীসী মচা অতু ব্রাহনবীগনু। অমসুং ইকাইবসু পীবিগনু; ঐগীদি ইপুক্লিংনা পামজবা মহাক অদুদা মতম চানা পীবিয়ু মদুদং ফিসাউ শানা য়াজরি" হায়না য়ায়া তোয়না নোঙ্গুক্না হায়জখি। মতম অতুদা যামিনীনা হায়জখিবা

পুন্নমক অদু করিমতা থৌওই ব্রাওইন্না তাবিখিদে। অদুম মখোয়না লেপখিবা অদুনা ফৈ হায়রগ্রে। অদুদগীদি নোংমা নোংমা হৌখিদুনা লুহোংগদবা মতম অহু অসুম অসুম নকশিল্লক্রে। ফাইরেনগী পুর্ণিমা (থাবুম) মতুং নিনি কোনবদা হোংগদবনি। অউনপোৎনচিংবা পুন্নমক মীংখিনা শেম শাদুনা থমগ্রে।

মসিবু কনাগী মরাম্নো? ঐখোয়গী মৈতে ইরৈবাক্কী চৎনবী মরক্তা অদুগা অতে অতে মীরৈবাক্কী চৎনবীদস্মু অসি মঙাই। "নুংশিবা হায়বা অসি শেম্বিহুনা খক ওইবা য়াদে হায়বা মুম্না খঙনা খঙনা নিংথিনা খঙদে।

নবকিশোর অমদি যামিনী মখোয় অনিগী নুংশিনবগী থাক অসি, অসুক্কী মতীক ব্রাংখ্রে হায়বা কনানা খঙগনি। মসিনা তুংদা করি থোক্করগনি?

অদুগা অমরোমদসু যামিনী অসি থাজ য়োনজবগী মতম য়োরদুনা অতোপ্পা কনাগুম্বা ব্রাহ্মণ মচা অমদা থাজগ্রে হায়বা পাউ অসি যামিনীগী মতা ওইনাম সখিদগী নবকিশোরনা ফংলম্মী। অদুমকপু মহাক মহ্বামক্ত হরাও হরাও য়াম্নমগনি হায়বা অসি খজিক থাজবা ব্রাৎলম্মী। মরমদি ঃ–"যামিনীনা মহাকপু থাদোক-তুনা কদায়দসু চৎখিরোই; অহুগা কৈদৌঙৈদস্মু উনা উনা লোৎখি-রোই; মহাক্কী মবুকচেল য়াম্না নিংথিনা মুম্না খঙই" হায়না খল্লম্মী অদুম্নদি ওইরগা যামিনীবু অমুক্তং উনবদি পাম্লম্মী। করম্বা মতমদা কমদৌনা উনগদগে? শ্রীপঞ্চমী নুমিৎ (ফাইরেন থাগী ৫নি পানবা) নত্তনা মতমগী খুদোংচাবা অতে নুমিৎ অমা লৈত্রে হায়না খল্লহুনা শ্রীপঞ্চমী নুমিৎ ভাইহুনা লৈরি। শ্রীপঞ্চমী নুমিৎ ৭নিদা মণ্ডাইরে

অদুনা লাইখুরুম্বা চৎমিন্নবদা যামিনীগী অরোম্ববা ব্লারেপ তানগনি হায়না ব্লাখল তৌরদুনা নবকিশোর পোথ্মি।

অসুম্না নুমিৎ তরেৎনিদা মণ্ডাইরবা শ্রীপঞ্চমী নুমিৎ অসি নবকিশোর মহাক্কীদি চহি তরেৎমুক ব্লাৎলিবগী পাম্দম্নি। অসুক ভেল্লবা মতম অসি কয়া শাংনা নবকিশোরনা ভাইওমদনা লেনবা তারবা। অমহিকসুং যামিনীগী মপুক্লিং অদুনা করি ওইহ্রিগবা ?

---

# ওগুবা মতাং

বসন্ত ঋতু হৌরক্লে, ফাইরেলগী শ্রীপঞ্চমী নুমিৎনি। নুমিৎনা নোংপোকথংবা অতিয়াদা তরং তরং হুন্দোরক্লে। মীওইবগী পুক্লিংসু বসন্ত ঋতু ওইরকপনা স্নাম্না মকা লাম্নরম্মী। থোইদোক্লসু শাবী শানৌশিংগীদি অহোইনদুম হরাও মথোই কাম্নরম্মী। নুমিৎ অসিদা ওন্তা ওন্তা ম্যাহৌনরগা ইরু মাইথগ্রদুনা হকচাং শেংদোকনরগা লাইফম লাইফম খুদিংদা লাই খুরুম্বা চৎনগদবগী লম লম পুন্নমক্তা মীপুম খুদিংমক মহে মহে ইলাং লাংনরম্মী। মতম অসিদা নবকিশোর অমদি যামিনী মখোয় অনিসু "কাইনা" খুরুম্বা চৎকনি হায়দুনা কৈরোই-লৈকাইগী মনেং মমাম্নবা মরুপ মপাং কয়ামুক্তা লোয়নমিন্নরদুনা নুমিৎ মাজোল ময়াই য়ৌরকপদা মতম অদুদা চেং থোইদিং লৈ-ও খরা খরা পুনরদুনা ময়ুম ময়ুমদগী থোকমিন্নরক্লে!

মতাং অসিদা "কাইনা" হায়বা অসি মৈত্রবাক্কী মীয়ায়া খওনরবা ওাক্লি। মসি "ঋষিমুখ পর্ব্বত" অমদি "তাক্কর মুখ পর্ব্বতসু" কৌবাঃ অতুগা হৌজিক্তনা "লোইবী লিশম লোক" হায়না খওনগ্নিবা অরাংবা চীংজাও অসিগী চিঙৈ পাংনা হায়থখিবা চীংমায় নাপোম অমগী থেন ওইবা কাচিন অমদা লৈবা, শ্রীগোবিন্দজিউবু নিরুপণ তৌখিবগী মফম (থুক্তম) অতুনি। লমদম অসিবু ফজখ্রবা "কাইনাগী চীঙোল" হায়না খাই পুন্নমক্না খওনগ্নি। অতুগা মফম অসিদগী শ্রীগোবিন্দজিউবু কয়স্না মতমদা কনানা করিনা মরম কন্নিদগী নিরুপণ তৌখিবগে হায়বগী নিংথিবা রান্নী রাখোংসু অয়ায়না খওনগ্নিবা ওাক্লি। অমুক হায়রুবগী থোইনা কায়দ্রে।

অতুদগী মায়ওন নোংগোক পাংনা সোরোক্কী মতুং ইমা লমলেন হাওথা খুজিন ফাওবা নাক্লগা অমুক চীঙৈ পাংনা হাইথখিদুনা অচৌবা মৌবুক লম্লাং অনা শমতুনা লোইবী লিশমলোক অমসুং কৈন্নান্বী চীঙী চীংখোং তায়া চৎনখ্রে! অতুগা মখোয়দা নত্তনা ভাতে মীয়ামসু শঙ্গু শঙ্গু পরেং শানা "কাইনা" লমদম পাংনরি। ষণবী-ষণাও কয়া কয়াসু লৌবুক লম্লাং অতুদা শরুপ শরুপ নাইনা শজিক চারি। য়েংবদা লৌবুক লম্লাংগী দৃশ্য, পুক্লিংদা য়ায়া নুংশিবা পোকই। পাক্লবা অঙৌবা চরুখোক মরক্তা নাপী হৌবা অশংবা লৌগ্নি ময়াম অমনা কৈ-য়েনগী পোরম য়েকপগুম নীংথিহন্নি।

অদুদগী মীয়াম অদু অমুক লেঙ-লেঙ চৎপা অশংবা হাউনানা নেম্পক নেম্পক চাং মায়না হৌখ্রিবা, অরাংবা লোইবী লিশম-লোক্কী ওমখ্রবা নোংচুপ থংবা চীংমায় নাপোম অতুদা অরাং কৌক্র

পাংনা থেক্লা কোইনা চীংদোল লোম্বা ফাওবা হাইগৎখিবা খুগ্রবা লম্বী, উয়ুং পাম্বী, খাগী লৈহাও পাম্বী অমদি হৈগ্রু পাম্বী হৈজাং, সোলোম, চংগ্রা পাম্বীনচিংবা কয়ামরুমসু পরেং শানা লন্তক লন্তক লম্বীগী মতুংইন্না নাক য়েত্তা হৌখিবা অতুদা ফুরুপ ফুরুপ নাইনা পরেং পরেং শানা করক-করক ইম্বনা মখল মচু কয়ামুক্কী চবুণ চবুণ শাৎপা শীং ল নাতোম লৈগুম অমসুং ককচেংশিংনা মরী মরী মরুম পুতুনা চৎপগুম লোইরোই লোইরোই লম্বীগী মতুংইন্না লোইবী চীংদো। লোমখিবা অতুদি কয়াগী মতিক ফজখিবা! য়েংবদা পুবনিং হুনবগী মশক ওইরবা দৃশ্যনি। অসুম্না চীংমায় অদু ৰসন্ত খুতুগীদমক নীংথিনা লৈতেংখ্রে।

অদুদাগী মীয়াম চুম্ না মাইল মথাইমুক্কী অওম্বা চীংলম্বী হাইগৎলুগা লোইবী চীংদোল লোম্নরবা মতমদা উরে। থোইনদি পংলাপ নাপতনা অতোপ্পা পোইরৌ চীংশাংগী চীংমায় নাশোম অমদা "হোই" লাউহনা চীংদা তোংবা হাওফি শেৎলবা পোইরৌ হাও নুপা নুপী কয়ামুক্না। য়োৎপাক অমমম পাইরগা মখোয়গী মনাৎ শিন্না ওইনা খুৎলং পারৌ মল্লি। মদু য়েংদুনা অওম্বা চীং কারকপদা ৱাবনা চোকথনববা মীয়াম অদু ভাইহাক ভাইহাক্তং ফমদুনা পোখানরি। মতম অসুদা হাওগী খুলং পাম য়ানবগী ললাওখোল অতু তাবদা শাবী-শানৌ অনিখকৃতি মপুকনিং মপুকনিংদা নুংশি নুংওনবা পোকনখিরম্মী। অমসুং খুওহৌদনা মমিৎ মমিৎতগী মশি শিন্নুনবম্মী। মতুনা মখোয় অনিগী মপুন্সিদা করি করি থোক্লগ-দৌরিবা! হায়বদি ভান্নবওপান মপুগী করম্বা নোংদমখোল লাক্কদৌরিবা! হায়বা অতুদি কনা অমতনা খওনরমদে। অদুগা মখোই মহা-মহাসু করি অমতা খওজবা নত্তে।

অতুদগী অমুক অশোঙবা অমংবা উয়োক ব্রায়োক অচৌবা অমগী মরকৃতা সমদুনা লোকপানগী লম্বী মচা অমগী মতুং ইন্না নোংপোক মৈরম পাংনা হায়থনখ্রে। অমসুং চীঙ্খাংদগী অমুক অৱাং ওন্দুনা কৌলেননা চৎখিতুনা পুক্রিং শুন ফজন্দা ফাইনাগী চীঙ্গোল, হায়ফেংথেন মাম্নবা চীঙ্খোঙ অদু য়ৌনখ্রে। অসুম্না হায়থখিবগী লম্বী অসিমু খরা থেক্না কোইনা চৎখিবনি। মাইল মখাইমুকৃতগী কম্না তাদনা শাংলম্মী।

অদুদগী মীয়াম অতু শ্রীগোবিন্দজিউগী নিরুপণ তৌখিবা হৌজিক ফাওবা হৈবাংখোই অমসুং হৈনৌ পাম্বী কম্নামুশী ময়াইদা। নিংথিরবা পামেন থৈবোং পাম্বী অমা ওইনা হৌরিবা মফম অদু তাম্না চঙশিন্নখ্রে অমসুং মহৈ মহৈ মাগী মাগী চেং থোইদিং লৈ-শুনডিংবা পুথোক্লদুনা লাইফমদুদা কৎনরম্মী; অদুগা মাবা মন নিনিং নিনিংবা অপাম্বা খুদিংমক নিনতুনা লাই খুরুম্নম্মী। মতম অসিদা কনাগুম্বী মথোৎ কারক্লিবী নুপী মচা অমদি অসি হায়না অনিংবা অপাম্বদু নিখিরম্মী।

"হয়েং মতম অমদা,
নুংশিবা মশুং লাক্নি
কম্না চেকশিম্না খারিবা
ব্রাংলবা পম্লোল লানবদা
তুংইজবা ঙমজবা
পীনবীয়ু 'সিতদি,
পাজল শোনবী নুজাদা।"

অসুম্না লাই খুরুম্না লোইনরবা মীশিংনা অমুক মাগী মাগী লাকমিন্নবা কাংবুশিং অদুগা লোয়ননা ময়ুম ময়ুমদা হন্নখিরম্মী।

অহুগা অতোপ্পা পাখও লৈশাবী কাংবু অমদি নোংপোক পাংনা চৎখিহুনা পোইরৌ খোংজিন লাম্থোকপ্রে; অদুদগী ব্রাংখেম লমদম য়ৌখ্রে। অহুগা অমুক ব্রাংখেম খুপ্পা ফাওদোক্তুনা য়াইরিপোক লম্মী অচৌবা তাখিরম্মী। অদুদগী মমায় মখা ওন্দুনা অমগা অমগা নুংঙাইনা ব্রারী-ব্রাতাই শানহুনা থৌবাল কৈথেল তাম্না লাক্লরে; অহুগা অমুক অব্রাং পাংনা থৌবাস থোং অচৌবা লাম্থোক্তুনা ব্রহ্মা রোডকী মতুং ইম্না মাইল অহুম্লোম চৎলগা মহৈ মহৈ ময়ুমদা চঙনখ্রে! হায়্নরিবা মতম অসি থৌবাল কৈথেল কানবা মতুং খরা ওইরপ্পা থোক্লম্মী। অদুগা কাইনাগী চীজোন্দগী ময়ুম ময়ুম য়ৌনখিবা লম্মীগী অশাংবা অসি মাইল তরুক তরেৎলোম ওইগনি।

অসুম্না লাই খুরুম্নরুরগা মাইল তরুক তরেৎকী লম্মীদা মতৎ মতৎ নুংঙাইনা ব্রারী-ব্রাতাই শানদুনা হনমিন্নখিবা পাখও লৈশাবীশিং অহুগী মরক্তা নবকিশোর অমসুং যামিনী মংখায় অনিসু য়াওখ্রে। অদুগা মতম অহুদা মখোয় অনিসু অসম্না ব্রারী ব্রাতাই শান্নখিরম্মী।

নবকিশোর—ইবেম্মা যামিনী! ওসিদি, করিগুম্না ব্রারম অমতং হংজনিংই; অহুবু লম্মী ব্রানি হায়্না ব্রারৌগদ্রা ?

যামিনী—য়াম্না ফনি তাকপিসি, ইরাইবক্তুম ফবনি। পাউখুম মতীক চাদ্রবসু ঙাকপিগনি খঞ্জে।

নবকিশোর—অদুদি লাইবক ফবা মহাক অদুগী অরোইবা লাইবক ফবা নুমিৎ অদুবু কয়ানি য়াৎলিবগে? মদুতদি খওজনিংই; চানবীদুনা অরেপ্পা মতম অদু ওসি ঐবু ফংহনবীগদ্রা?

যামিনী—য়াম্না চুপ্নি, অরেপ্পা মতম, নুমিৎ অদু ঐগীদি নচ্চদে। তাকপীরকপা য়াথংগী মতুং ইন্না যামিনীগীদি লোইজরে! য়াথং অদুতা ঙাইদুনা খৌরাংনা লৈজরিবনি।

নবকিশোর—য়াথং অদুদি যামিনী! ঐনা অমুক পীগদবা নত্তে। পীবা তারবস্নু নহাক্কীদা লৈরে। অদুনা খৌরাংনা ঙাইরিবা মহাক অদুগীদি থোইনা য়ানিংঙাই লৈরে। ফংনিংবা মতমদা মতম চানা ফংবা য়াগনি।

যামিনী—অদুদি য়াওশঙ মতুংদা থুংলবা আবের অদুবু তৈনিংই হায়দুনা মতম চাদনা তৈনি লেপচবা, মহাক্তুন্নু হেক্তা ময়ারগদ্রা? অদুগা তৈনি হায়না থৌরাংজরিবা কনাগী মরাম্নো?

নবকিশোর—করম্না থুংলরিবা অবেরনো? অবের অদুখী মরাল ওইগদ্রা?

যামিনী—মদুস্নু নত্তে; শিঙলুরিবা মখোয়গী অরানবনি।

নবকিশোর— কমদৌনা অরানবা ওইগদৌরিবা?

যামিনী —মীগী পুক্নিং খঙদনা পামজরুবগী।

নবকিশোর—অদুদি, চাং তানিকো। মীওইবগী পুকনিং হায়বসে লেপত্রে হায়দুনসু অমুক হোংলরোই হায়নিংঙাই থোইনা লৈতবনিকো।

যামিনী—চিংনবীগনু, মদুদি ঃ— লেপত্রিবা পুক্নিংগী য়ানি। ঐবু ঐ নত্তে হায়বা কনানা য়ানি; ঐদি ঐনি। চানবীখিবা পুম্নমক অমুক চিংনবনা চাং তাহনবিরোই হায়না লৌজরে।

নবকিশোর—ঐবু ৱারৌনু যামিনী! মতম অদু য়ৌত্ৰিমখে অমদি থৌদোকতু থোকত্ৰিমখেদি থাজরুবগী পান্নল থজিক হস্তবা লান্নগন্রা ?

যামিনী—ৱারৌবগী ইতীকসু লৈজদে; অদুদা—থাজবগী পান্নল হস্তরবদি হিংনবগী পাম্বেসু ময়েং তানি খঞ্জে।

নবকিশোর—অতুদি ফরে, যামিনী! য়াম্না নুংঙাইরে; পুক্লিংদা চিংনবা করি অমতা থয়োই। অতুক লম্বী তেম্নবগী শানবা ৱারীনি হায়না লৌনরসি।

যামিনী—য়াম্না ফনি; ঐগীদি করি অমুক থোইনা হায়জবা লৈতে। অদুগা হোরেনবু লিক্কোল শান্নবা লেঙবিরকওইদ্রা ?

নবকিশোর—ও, শ্ৰীপঞ্চমীগী লিক্কোল হায়বদুরা ? কনাগীদা শান্নগদগে ?

যামিনী—অহোই, ওইনামগী ইতা সখিখোইদা শান্নরসি হায়না লেপ্লজরি! লেঙবিরক্লবদি য়াম্না নুংঙাইজগনি।

নবকিশোর—ফনি লাকচগেনে অতুদি লৈবিহৌরোকো।

যামিনী—অহোয় য়াম্না ফগনি লেঙখিরসি।

অদুগা লাই খুরুমনদ্রিঙৈদা লোইবী লিশমলোক্কী চীংদোন্দা খঙহৌদনা শাবী-শানৌ অনিথক মমিৎ মমিৎতগী মপি শিক্ষনখিবা অহ্ নবকিশোর অমসুং যামিনী অনি অসিনি। অতুগা কাইনাগী লাইফমদা "হয়েং মতম অমদা; নুংশিবা মশুং লাগি কম্না চেকশিন্না থারিবা ৱাংলবা পন্নোল লানবদা" অসিনচিংবা ৱাহৈ খরদং হায়দুনা অনিংবা অপাম্বা নিখিবী অদুনা নুজা যামিনীনি।

# ৭শুবা মতাং

শ্রীপঞ্চমী নুমিৎকী নুমিদাংনি। লম লম খুদিংগী লৈকাই লৈকাই খুদিংদা পোদোল, শিক, পেট্রোমেক্সনচিংবা থাওমৈ থান্দুনা পাখং লৈশাবী মৌনচিংবা শঙ্গু শঙ্গু তিন্দুনা মাঙোন্দা লিক্লোল শান্নরি। অতুগা মতম অসিদা কিয়াম সিপাই হায়বা লমদম অতুদসু ওইনাম সখিখোইগী মাঙোন্দা খাঙেম্নম নবকিশোর অমসুং অরিবম যামিনী অসিনচিংবা পাখঙ লৈশাবীময়াম অমসু থাউমৈ পেট্রোমেক্স অচৌবা থান্দুনা যুথম্নচিংবগসু খল্লদুনা নাকপাক নাকপাক খাল্ল-দোক্লরগা লিক্লোল গো নীংথি নীংথিনা চৎনরদুনা য়াম্না নুংঙাইনা ফজনা ঈংনা লেম্না শান্নরম্মী। অসুম্না মতম পুং অনি মখাই অহুম্লোম নুংঙাইনা শান্নরবা মতুংদা পাখঙ লৈশাবী ময়াম অতু অমগা অমগা ওন্নিম্নতুনা মহৈ মহৈ ব্রাঈ ব্রাতাই শান্নরক্লে। মতাং অসিদা নবকিশোরসু, যামিনীনা মহাকপু নুংশিবা অসি থাক কদাই ফাওবা য়োৗপ্রবগে হায়বা য়াম্না মুম্না নিংথিনা খঙনিংলতুনা যামিনীবু অরোইবা ব্রাকমগী চাংয়েং তৌতুনা য়েংলক্লে।

নবকিশোর—ইবেম্মা যামিনী ঙসিদি, ঐ নংঙোন্দা ব্রা খরদং হায়নিংঈ; ব্রারৌনুকো।

যামিনী—য়াম্না ফনি, ব্রারম পুম্নমক হায়বিসি।

নবকিশোর—ফরে অতু ওইরবদি, হৌখিবগীদি হৌগ্রে; পুম্নমক কাওখোক্লসি। হৌজিক ইনৌ নৌনা অমুক হৌবা তারে।

যামিনী—অহোয় য়াম্না ফগনি। ব্রাফমত্নু হৌদোকপীয়ু।

নর্বকিশোর—নহাক্তি ব্রাহ্মণ চনুনিদো যামিনী। অদুগা ঐ অসিনা অচম্বা মৈতৈ মচানিদো। নং ঐ চুম্না নুংশিনরুবগী পংহায় হায়নপ্রে। মতুনা পুন্সিগী অরোইবা ব্রায়েপ্নি হায়না লৌনবা য়াবদি নত্তে। মরমদি ঃ— ঐখোয় মৈত্রবাক্সী চৎনবী হায়বা অমনা ইচাউ চাউনা পুন্দুনা লৈরিদো। মসিবু নং ঐনা খওনা খওনা, উনা উনা চৎপা তারবদা কদাইদনো? নহাক অমুক্তা মুম্না খল্লু। অসিগুম্বা মৈত্রবাক্সী চৎনবী পলগী ঈব্রাংমদা নত্তনা নং ঐগী অমুক চৎফম লৈতে। মতম অতুদা য়াম্না ম্নানা নং ঐবু লোইদাম থাবুম তরাগী ঈ মতুমদগী হৌনা চাউননবা য়োকপী থাকপীরক্কবা নুংশিরবা ইমা, ইপা কায়নবা তারবনিদো অদুগা নুংশিরবা ইচিন-ইন্নাও অমদি চান্নরবা মরুপ-মপাং পুম্নমকসু শেৎন খাইনবা তারবনিদো। অদুগা অমরোমদা নহাক্তি পাঙল শোনবী নুজানি। হয়েং মতম অমদা পোক্কফম লমদম নুংশিরবা থাদোকতুনা চৎখ্রগা অওম অওম্বা অব্রাংবা চীংজাও কয়া কয়া কারবা য়াই; অ.শাঙ অশোঙবা মী তাদবা নারক মোংশোং কয়া কয়া চৎলবা য়াই; অদুগা অচৌ অচৌবা অপাকপা অরুবা পাৎ তুরেললচিংবা তু-খোং কয়ামুকসু লান্দুনা মৈত্রবাক্সী চৎনবীগী ঈব্রাংমদা নং ঐতা লৈমিন্নরুবা তারক্কনি। মতম অদুদা চাদ থক্কবা কয়া, তুমদ—হিপ্তবা কোক্সাই থোক্লক্কনি। মতুদা নহাক য়াম্না ব্রারক্কনি, লৈহৌরগে হায়রকৃকনি; য়াম্না মুম্না খল্লু যামিনী। ঐনা নংবু নুংশিদদুনা হায়বা নত্তেকো। অদুনা নহাক ব্রারৌবু। ওসিদগী হৌনা নং ঐ পুন্সি অসিমগী ওইনা কায়নার হায়না লৌনরসি।

যামিনীসু মতম অসিদা নবকিশোরনা হায়খিবা ব্রারম পুন্নমক অসি য়াম্না থব্রাই শোক্না মপুক্লিং নুংশিবগা লোয়ননা ফ্লারম্মী। অতুগা অরোয়বা নুমিৎ অমা ওইনা মমিত্তগী মপি চত্থম চদুম তানা হিক্লা হিক্লা কপ্লকই। অসুম্না যামিনীগী অব্রাবগী মায়থোং অসি উরগা নবকিশোরসু যামিনীবু নুংশিবগী চাংদি অসুম অসুম মতোল লোয়ন্মী। অদুদগী যামিনীনা য়াম্না থমোই শোকপা ব্রাহেনা অসুম্না তপ্লা তপ্লা হায়জরকই। "ইবুংঙো! করি ব্রানো তাকপীরিবা অসিবু? নুংশিনবগী মরীদা শাগে জাৎ অমুক থাইরিবরা? অচৌ পিশক অমুক নাইরিবরা? করিগী অরেপ্লা নত্তে হায়না লৌখীগদৌরিবনো? নহাক্তৈগী নুংশি ব্রাশক পরৈ চেৎনখিবা, অরেম্না শীংদা চনবিবরা? মতম অদুদা থব্রাই হকচাং পুমনমক ইবুংঙোদা কথোকপ্লে। ইবুংঙোনসু হরাও হরাও লৈনদনা লৌবিখিবা নত্রা? অদুগা হৌজিক্তনা অমুক পাঙ্গল শোনবী পাংদ্রবী নুজানি, অঙম অঙম্না চীং–মান কাবদা অশোঙ অশোঙবা নারক মোংশাং চৎপদা অমদি অচৌ–অচৌবা অপাকপা পাৎ তুরেলনচিংবা তু–খোং লানমিন্নবদা থুরৌ চেন্নি খনবীরক্রবরা? থাদোকপীনু তুংইঙ্গগে।"

মতম অসিদা নবকিশোরনা যামিনীগী থম্মোই শোক্লবা নুংশিরবা মব্রাহৈশিং অসি তারগা "যামিনী! ঙসি ঐনা নংবু নুংশিবদগী নত্তৌ য়েংনিংতুনা থরা হায়ম্লে, ঐবু অমুক ব্রারৌনু নহাক্তী নপুক্লিং ঐ মুম্না থঙই, কপ্লগনু সে, ঐ ব্রা হায়গ" হাব্রদুনা মহাক্কী মফি ফৈজোম মচিনা যামিনীগী মমিৎঅমী তারকপা মপি অতু তৈথোকপীরম্মী। অতুগা "হায়য়ু যামিনী! ইবেম্মা,

ঙসিদি, নং ঐগী পুন্সিগী অরোয়বা ঝারেপকী নুম্মিৎ অদু লৌরসি। মাঙজ্জীননা খোঙশানহৌনবা থৌরাংসি। ইমা, পাবুংখোইগী য়াথং অদুবু নুম্মিৎ কয়ানি ঝাৎলিবগে?" হায়না হংলম্মী।

মতাংসিদা যামিনীনা মপুক্লিং য়াম্না হরাওনা অমসুং নুংঙাইবগা লোইননা খুম্নকই। —"ফাইরেল থা-সিগী পুর্ণিমা মতুং নিনি কোনবদা থোকই।" মসিনি ইমা পাবুংখোইগী য়াথংদি।

নবকিশোরসু "ফরে অদু ওইরবদি, নিনি ঝাৎলিঙৈ ফাইরেল পুর্ণিমা নুমিৎ অসিদা খোঙশানসি। মদুনা ঐখোয় অনিগী অফবা খোঙহৌ ওইগনি। মসিদা করি অমুক হায়নিংবা লৈরিবগে?" হায়না যামিনীগী মপুক্লিং হংলম্মী। চিংনবা লৈতনা যামিনীনা "য়াম্না নুংঙাইজরে। হায়নিংঙাই থোইনা অমুক লৈজদ্রে। অদুগা চানবীদুনা, হায়রিবা নুমিৎ অসিগী করম্না পুংকমদা অফবা খুদোংচাবা থোক্কদগে? মদুতগা তাকপিরবদি য়াম্না নুংঙাই-জগনি।" নবকিশোরনা খুম্নকই। "তুম্ন হিপ্পত্রবগী মতুং খরা ওইরপ্না খজিক ইংলবা মতমদা খোঙ শানবনা ফগদ্রা খল্লি।" যামিনীসু "অহোই খঙজরে" হায়না খুমজরম্মী। অতুদগী ঙাইহাক্তং লৈরগা লিক্লোল শান্নরিবা পাখঙ লৈশাবী মৌনচিংবা ময়ামে অদুসু নোংঙানগদবা মতম পুং অমুক্তা ঙাইশিন্নক্লে হন্নরসি হায়দুনা মহৈ মহৈ ময়ুম ময়ুমদা হন্নখিরম্মী। নবকিশোর অমসুং যামিনী মখোর অনিসু মতম অসিদা ময়ামগা লোয়ননা ময়ুম ময়ুমদা হন্নগ্রে।

অসুম্না নবকিশোর অমসুং যামিনী অনি অসি উয়রবা মুংশি থৌরিনা চেৎনা লীপক্লরগা থাপ্না চৎনবী মৈত্রবাক্কী য়াংশ্রবা পম্মোলগী ঈয়াংমদা খোঙদাখিনবগী খৌরাং অদু লোয়শিন্নখ্রে।

ফংলরোই অমুক উবা
নবকিশোর 'মসুং যামিনী,
হন্দক মপোক অসিমগী
চৎখিগদৌরে মখোয়নি লাপ্না
নমথেকতুনা য়াংশ্রবা পলবু
থাদোক্তুনা পোক্লফম লমদম।

---

# চণুবা মতাং

ফাইরেলগী পুর্ণিমা নুমিৎনি। যামিনীগী লুহোংবা নুমিৎ হয়িদা মঙাইশিল্লক্লে। হয়েংদি হৌন-চৎনবী মতুংইন্না লুহোংবগীদমক মুপা ময়ুমদা মুপাগী পাউজেল ( বয় যার্ত্তন ) চৎলগদবনি। কৈরোই-লৈকাইগী মরেং মমান্নবশিংগা চাকচা-হৈজামিন্নরগদবনি। অতুপা শিংলুপকী লৈকাইগী অমসুং লম-তুগী পাউজেলনচিংবগসু থারগদবনি ( যার্ত্তন ) হায়তুনা মুংখিন্দগী হৌনা থা-হৈনচিংবা শেমজিন শাজিন্দুনা অমসুং ঙা-চাক পুমনমক লৈশিন্দুনা থমখ্রে।

যামিনীদি হৌখিবা শ্রীপঞ্চমী মুমিত্তগী হৌনা মপুক্কিং অদু য়ামনা মুংশি—মুংওন্দুনা ইতত্তনা মমিৎতগী মপি চদুম চত্থম তাতুনা কপ্পকপতনা মশিঙাং ওইরক্লি। অতুগা পুণিমা মুক্লিং অক্তিদনা অমুক মপুক্কিং মুংশিবগী থাক অমা খওহাগ হাপকৎলক্তুনা য়ামনা য়ানা কপতুনা লেপ্লি। মরমদি মহাক্কী নুংশিরবা পলেম পম্থৌ অমসুং মবুং ভরেৎ, অদুগা পীশক পিক্লিংউদগী তিন্নরক্কবী কৈরোই লৈকাইগী চান্নরবী সখিনচিংবী মপিজাশিং পুমনক্ক অতু মতুংদা অমুক উনবা অমদি তিন্নবা মপুক্তিগী ফংলরোইকো! মতম কুইনগী "ওসিনা ঐগী অরোম্নবা মুমিৎনি!" অসুম হায়না খজরতুনা কপলিবনি।

অতুগা যামিনীগী মমা রাখেনা মচাগী অক্লাবা মায়থোং অসি উরগা "ইবেম্মা! যামিনী, নহাক্পু করি তৌরবগে? ওসি তরেৎ নিপাগ্নি অসিবু নথক্লাই ইনুং নুংওাইতনা উববু। হায়যু, ইমাদা ননীং থুংদবা করি লৈরবগে? হায়না মচাগী মপুক্কিং খওনিংদুনা হংলম্মী।

যামিনীনা অপুক্কিং য়াম্না নুংশিনা মমিৎতা পিরাং চেন্না খুন্নকই—"ইমা! মতম্না য়াথিদবা মতাং থোক্লকপনা ইমা, পাবুং অমসুং ইবুং তরেৎ কান্নরনি। অদুগা ইত্তা সখিনচিংবী কৈরোই লৈকাইগী পিশক পিশক পীক্লিংউদগী লুনা তিন্নরক্কবী ইমান্নবী পুন্নমক্সু শেংনরনি। হায়বদি মহৌশাওম্না অমুক উনবা অমদি তিন্নবা ফংলরোইক্কো! হায়না খজুবদা নুংওাইতত্তুনা ইপুক্কিং নুংশিরত্তুনা তৌরম্মি ইমা! অত্তে থোইদোকপা মরম করি অমতা লৈতে। মসি ঙখাইদুম-লোংদম্মগী লোক্নবা য়াক্লবা খুৎশিন্নি। ঐ খওই ইমা!"

মতম অসিদা যামিনীগী মমা রাধে অসি মমোম যামিনীনা খুমখিবা পাউখুম ব্রাহৈশিং অতুগী মনুংদা চেল্লিবা অশেংবা ব্রাখন্দুদি নীংথিনা মুম্না খঙলমদে। চুম্নগী মচাবু নুংশিজবগী ব্রাখন্দা ইচম চম্না ব্রারক ব্রাতেম্নগী মওংদা "ইচাসিদি কগিগী উনরোইদৌরিবনো, করিগী তিম্নরোইদৌরিবনো ? অতুগা করম্না শেংন-খাইনগদৌরি-বনো ? মণিপুর চীংলোন মাপল লাম্না লাপল্লবা মীরৈবাক্তা চংখিগদবসু নংতে ! অসুক নকপ্লবা ইম্ফাল বামোন লৈকাই অসিবু করি তৌরবগে ? লম্বী থোংনচিংবসু অসি য়ৌনা ফরবদবু। নোং-ফাদোক করিওম্না লাক্লিংবা লৈরবসু ভাইহাক্তদা ময়োরব্রনি। হব্রা গাড়ীনা অতৎ-অখম নাইদনা অকা-অকুম লৌব্রাই-ইম্ফাল চেন্দুনতা লৈরিবসিবু" হায়না মমোমগী মপুক্লিং থেমজিন্নম্মী। অতুগা "কান্নদে লাকও লাকও ইবেম্মা ! ইমাগা চাক্ চামিম্নরুসি নংগী পাবুংসু অতুগা নবুংশিং ওম্নমকসু চাখ্রে" হায়তুনা যামিনীবু মহাক্কী নিঙোল কাগী ফমুংদগী মমানা কোন্দুনা চাকখুম্মাং তাম্না পুশিনখ্রে

যামিনীদি চাক চখোম অমা অনিদং চারগা অতুম তোকখ্রে। অতুদগী মহাক্কা মমা মপা অমসুং মবুংশিং মম্নাম্না চারম-থক্লম্নগী কোল্লিক ব্রাইরম অদু তক্ল তক্লনা শেংদোক্লম্মী। অসুম্না নুমিদাংগী চাক ঈশিং চাবা-থকপা লোইরদুনা মখোম্ন জোইনমক মহৈ মহৈ, মাগী মাগী, ফমুং ফমুংদা চঙতুনা হিম্নখ্রে। অতুগা যামিনীসু মহাক্কী নিঙোল কাগী ফমুং অতুদা চঙদুনা হিংখ্রে। অতুদগী মপা মমা অমসুং মবুংশিং ওম্নমক্লা তুম্নপ্লবা অতমদা অমুক তপ্না হৌগৎতুনা থাওমৈ পোদোল অমা চুখৎলগা চিক্লী অমতং ইথোক্লে,

অমসুং মদু মহাক্কী মোন মথাদা থমজিনখ্রে। অদুদগী নবকিশোর লাকপকী পুংফম ওাইদুনা লৈখ্রে।

ওাইহাক মওাইদ্রে লৈখিগদবা
যামিনীনা নিওোল কা'সিদা।
কনানা শিলহৌনি নিওোলকা
চৎখ্রনিদো যামিনী মাদি।
লৈহৌরনি চিক্লা মতোমতা,
লাইবক থীরবী নিওোল কা'সে।

অমঃরামদা নবকিশোরনা করম তৌরি? মহাকসু মাগী নুংশিরবা মপা মমা অমসুং নুংশিজরবী মচন দওমতি অমুক উনররোই। অদুগা চান্নজরবা মরুপ—মপাং শ্যামানচিংবা ওমমকসু মপুন্সিগী কায়নগদৌরে; অমহিকসুং নুংশিরবা পোক্লফম লমদমসু হুন্দোক্তুনা চৎপা তারবনিকো হায়না থন্নবদা খওহৌদনা মমিৎ-তগী মপি অতৎ-অথম নাইদনা তাখিরম্মী। অদুবু নুংশিবগী মৈচারুদি অসুম অসুম অহোইনরকপনা খঞ্জরুরিবা ৱাখল অমসুং খওহৌদনা তাখিবা মিৎকী পি অরেম্বা ওইখিরম্মী।

ওঃ নবকিশোর! পাম্মুইদা? নিপা মচা অমনি হায়দুনসু মতাং অসিদদি থিংবা ওম্নোইদৌরেকো।

মহৌশানা পুনিমাগী থাজ হায়বা অসি নুমিৎ হেক তাখিবদগী নোংওানবা ফাওবা অহিংগী মতম পুম্নমক মিকুপ অমা ফাওবা পোথাবা লৈতনা মপাল নাইদ্রবা শংবান্নরবা অতিয়াগী মকোইদা থোকতুনা অমম্বগী শরুক কোকহল্লি। অতুগা কন্নি কন্নিওম্না মতমদা নোং—চীং থাংদুনা থাজগী মওাল উবা কংদবসু মন্নাওই।

তৌইগুম্নসুং নুমিৎ অসিদি পাক্লবা অতিয়াগী মালং অসিদা লৈচীন নোংঙ্কাই করিমতা থাংলমদবনা থাজগী লুপা মহি চেনবা মাক্লবা নীংখিরবা অইংবা মওাল অদুনা মালেম শীনবা থুংনা ভাক্লম্মী।

অত্তদগী যামিনীনা নবকিশোর লাক্লরিব্রা য়েংগে হায়দুনা নোংয়াই ইত্তু য়ৌরক্লবা মতমদা মহাক্কী নিঙোল কাগী ফমুংদগী কুমথরক্তনা নাশোল পীক্লা চারগী পৌরোল শৎলগা থোংগী নাতে তপ্লা কাওলদুনা মপান্দা থোকখিরম্মী। অদুগা "ওসিনা ঐগী অরোয়বা নুমিৎনীকো! আঃ যামিনী! নহাক্কী পুন্সি অসি কা ওইরগবা। নহাল শ্রীপঞ্চমী নুমিৎকী লিক্কোর শান্নরুবা হুল্লকপদা নুংশি মগুং লাঙ্গি, পামু মাপা ওসি, খোওশানমিন্নসি হায়না ব্রাশক্লখি" হায়না হীক্লা হীক্লা মপুক্লিং য়াম্না নুংশি নুংওম্না পীবাং পীরোইননা কপ্পি। তাঞ্জা অসিদা অমরোমদা নবকিশোরসু হায়নখিবা মতমগী পুংফম য়ৌরক্কে হায়দুনা মযুমদগী খোওশা–ল্লকত্তুনা যামিনীখোইগী লাইশঙ ময়াদা হৌনিবা বোকুল পাম্মী অমগী মখোওদা য়াম্না পীক্লা থুপচিন্দুনা লৈরী। অত্তদগী যামিনীনা মপান্দা থোরকপা উরদুনা মাঙ্গোলগী ঈচুম তাবী ফাওবা চওশিন–খিদুনা শোম্নাংননা য়াম্না মথক্লাই শোকপা ব্রাহৈনা মপুন্সিগী অমুক লোইরবনিকো হায়বগী ব্রাখন্দা মপুক্লিং য়াম্না নুংশি-নুংওনবগা লোয়ননা "যামিনী! ইবেম্মা! চৎলসি ওসিদগী হৌনা থুজেং পালোইনত্তনা, পুন্সিগী নুংশি ঈপাক তম্নসিকো।" হায়দুনা যামিনীগী মখুৎ থুজেং পাইক্লে। "যামিনীসু য়াম্না ফগনি ইবুংঙো; লেওসি, নুংশি ঈপাক তম্নসি।" হায়না পাউখুমজে।

মতম অদু অৱা-নুংশিগী অমদি শেৎন-কায়নবগী মতম ওইখিকনা নবকিশোর, যামিনী অনিগী মমিৎ মরিদগী শিন্থরকপা পীগী ঈরা চেন্নবা মায়খোং অদুদা পুণিমা থাজগী ঈপোম্না ৱৈবদি, ঈহৌরকপা তুরেলগী লাইজ-ঈচেম্না চাংজো চোম্না পানা চেনবগী নীংখিরবা পান্দমগী দৃশ্যনি। অদুদগী নবকিশোর অমসুং যামিনী মখোয় অনিমক খুজেং পালোয়নরতুনা থরায় থোঙ্গাম্লোমদা অতুম থোকমিন্নখ্রে। অদুগা অমুক অৱাং পাংনা সোরোক্কী মতুং ঈম্না চৎখিতুনা তাংজেং উচান পোকপগী চীঙ্খোংদা হৌমিবা পামেন খোংনাংবোট পাম্বী অমগী মখাদা ফমতুনা ঙাইহাক লৈরি।

মতম অসি য়াম্না ইচিক হুন্নবা তায়বং কনাগী মীচীক মীরাওখোল তাখিদ্রবা খোম্লেন তুমখুল য়াতানগ্রবা মতম্নি। উচেক রায়াসু খোংখিদ্রে। মরক মরক্তা অহিংগী অচিকপা অদু থুগাইদুনা অরাপ্পদা তাওবা হুইদি অমা অনিদং খোংলি। অতুগা অহিংদা চাক্তাবা জীবশিংনা করিগুম্বদসু তাবদা অকিবা পোক্লবা শা-ঙাগী খোঞ্জেল অমসুং উতোন রাতোন্দনা মকু খোংলকপগী খোঞ্জেলগসু হেক হেক মতারকই। মতম অসিদা নবকিশোর অমসুং যামিনী মখোই অনিগী পুক্লিংদা খজিক অকিবা পোক্লতুনা ইনুং ঙাল্লকপগী চীঙ্খ্র হুন্নকপা, মী খাইনদি য়াহৌনদ্রিঙৈ মতম অদুদা অতোপ্পা মফম অমদা শান্দোকসি হায়না খন্নতুনা লৈরি।

থোইদোক্লসু মখোয় অনিগী পুন্সিদা অসিগুম্বা থৌদোক অসি থক থোকখিদ্রিবনা অরায়বা থবক অমা ওইরমদে, মপুকনিংদা অচৌবা অকিবগী অৱাবা অমা পোক্লখিরম্মী। অসুম্না মতম পুংজা অমা মখাইরোম তাংজেংগী চীঙ্খোংদা খোংনাংবোট পাম্বী অতুগী

মমাসা নবকিশোর, মমিনী কশিমমনুনা লৈরকে অনুদগী মীখোল
থরা নিম্নরকপা অমসুং লাওনরকপা অরকহনা মখোই অনিগী
মপুক্ষিংদা তঙাই ফদনা থোম্না ফবগী পালন অম্না মাপকৎঅঙুনা
শোঙশ্রবা, উচান পাম্বীহনা করক করক যীমদা হোৎনবা চীংমায়
অদুদা খুৎলে গুনা হায়গৎত্রে। মতম অগিদা অকোকপা অতুম্বা
লমী সোরোক চংলপা মারকগী তাঙ্গা থোকখিদে।

য়েংবিয়ু—মতাংসিদা মৈরবাকী চেকশিন্না শারবা চংনবীগী
মাংলবা পনবু শাবী-শানৌ অনিগী মথোৎ কারকপগী নুংশি মৈরিনা
মায়হনা চাকশ্রিবা অসে।

---

## ৯শুবা মতাং

নোং ভানগদবা মতম পুং অনিরোমদা মঙাইশিল্লকে। মামিনীগী
পাবুং মাজাওগী খোম্লেন মংলান্দা অচৌবা অৱাংবা লোইবী চীংজাও
অমগী ভমগ্রবা চীংমায় নাপোম অমদা হাও পাথও অমগা হাও
লৈশাবী অমগা মখোয় অনিতা পাম মান্দুনা লৈবা উরম্মী। মতম
অদু শাগ্রবা কালেন থাগী অয়ুক্কী চাক—ঈশিং চান-থরুবা মতম
অদুম ওইনা থোরুম্মী। মখোয় অনি অদু মমিত্তা মপি চহুম চদুম
তারহনা মরক মরক্তা মৈতে তম্পাকলোমদা হেক হেক য়েংথো—
রক্লম্মী। অদুগা হাও লৈশাবী অদুনা ঈশৈপাসু মপুক্লিং মাম্না

নুংশি নুংশিনা শরুকই। মহাক্কী ঈশৈ অদুদা হাও পাখও অদুসু মমিত্তা মপি ঈরা চেন্নদুনা য়াম্না থম্মোই শোক্কা লেপত্নুনা তারম্মী। ঈশৈ অত্নুদি মরোল অসুম হায়না শরুম্মী।

ঈশৈ

চাত্তারিদো লোইবী চীংদা,
পাইরক্‌তুনা লমদম তান্না।
খনখ্রেদো পোকফম লমদম,
অরাংবা চীংদোল অমনা
উখিদ্রে অমুক পোকফম,
লোয়রেকো পুন্সি'সিমগী।

অত্নুদগী অমুক মখোয় অনি অত্নু কন্না "হোই" লাওত্নুনা মথৌদা মমায় ওন্সিনখিরম্মী। মতম অত্নুদা ঘামিনীগী পাবুং স্নাজাওসু খওহৌদনা মমিত্তগী মপি চদুম চত্নুম শিন্থুরম্মী অমসুং মহাক্কী থম্মোইদা মখোয় অনিবু য়াম্না মুংশিবসু পোকখিরম্মী। অত্নুদগী ভাইহাক্তং লৈরগা হাও লৈশাবী অদুনা মনঙন্দা হাওসন অমা পোশিল্লে; অত্নুগা হাও পাখং অত্নুনা মখোয় অনিনা থবক শুবগী য়োৎ-থাং অদু মরেংবান্দা হাপকৎলে; অদুগা মখোয় অনিমক লোইবী চীংদোল লোন্না কাখৎখ্রে। অত্নুদগী অমুক অতোপ্পা চীংচেপ্পা হায়থখিত্নুনা মখোয় অনিবু হাম্নগী চীংমায় নাপোম অত্নুনা খনখিত্নুনা অমুক উবা ফংখিদ্রে। মতম অত্নুদা ঘামিনীগী মমা রাধেনা হৌদোক্লত্নুনা স্নাজাও অসি মিকপ খওথোক থোকখিরম্মী।

স্নাজাওনা করি তৌরবগে হায়না রাখেদা হংলম্মী। রাখেনা "অমুক্তা হৌগৎপিয়ু, নমোম যাম্মিনী লৈতে। কদাইদা চৎল্লবগে খঙদ্রে। মপাল ইপাল থোক্তুনা কৌবসু তাদ্রে; মহাক্কী কমুংদা থাওমৈ পোদোলসু চুখৎতুনা থম্লম্মী" হায়না খুম্লকই। তাঞ্জা অদুদা যাম্মিনীগী মবুংশিং ওয়া মিকপ থোক্লরক্তুনা মহৈ মহৈ হৌগৎ-নরক্লে। অদুদগী "যাম্মিনী!" 'যাম্মিনী!" হায়না কৌরতুনা কোইথি কোইথি থিনরক্লে! অদুদগী থিবা খঙলকত্রতুনা কৈ:রাই লৈকাইগী মীসু য়াওনা অহিং অদুদা "কদাইদা চৎলমগদগে? কনাগীদা লৈরমগদগে মহাক্কী (যাম্মিনীগী) মরমদা কনা কনা করি করি খঙনবগে? হায়না হংনরকপদা মখোয় ময়াম অদুগী মরক্তা কনা অমত্তসু করিমতা খঙনবা য়াওরমদে। অতুদগী ময়াম চঙতুনা ইখোল-শংবন চৎতুনা, উখোং-রাখোঙ চঙদুনা, অদুগা খোংবান-লুকলাং, পুখ্রি অমসুং তুরেলনচিংবা কুমতুনা থিবদা নোংঙানবা ফাওবা ফংবা লৈখিদ্রে। ময়ামগী মপুক্লিংদা চিংনবা পোকলকলে—"মতোমতা শিজরম্লগদ্রা নত্রগা মহাক্কী নুংশিনবা কনাগুম্না অতৈনা খঙনদ্রবা অমদা চৎলমগদ্রা? হান্নবা লেপ্লবা ওম্লদ্রে! অতুগা মমা মপা অমসুং মবুংশিংতনদি লুহোংবগী রা অসি মহাক মছানা কয়া য়ানিংবা উৎখিদে। অতুগা মদুনা খোইনা অকায়বা লাক্কনি হায়বসু খল্লুদে। অসি মখৈতদি খঙলম্মী।

অতুদগী তৌকম খঙনরকত্রদুনা লৈকাইগী মী ময়াম অদু খরা অমা ময়ুম ময়ুমদা হয়ত্রে। খরা অমনা যাম্মিনীগী মমা মপাগা লোয়ননা থানা তান্না চৎমিন্নখিদুনা "লুহোংগদবা নুমিৎ হয়েংনি অতুগা হৌখিবা অহিং অসিদগী নুপী মছা মাঙম্রে; থিবা ফংদ্রে।

নাখিরয়গদ্রা নত্রগা মহাক্কী মুংশিনবা কনাগুম্বা অমদা চৎলম্নগদ্রা হায়বসু করি অমতা খুওনবা লৈখিদ্রে" হায়না থানাদা তাকলুরে। মতম অতুদা থানাগী বাবুশিংনা "নুপী মছাদি য়াদনা নমদুনা লুহোংগনি হায়না হোৎনরুরবরা ? নত্রগা মহাক্কী নুংশিনবা কনগুম্বা অমদি শোয়দনা লৈরমগনি। মদুদি খুওফম থোকই; কনানো হায়য়ু। ঐখোয় পুলিসকী করি ইতেং পিবা ওয়গে য়েংগে" হায়না হংলম্মী।

যামিনীগী মপা মমানা খুম্লম্মী। "থোইদোকপা নুপী মছানা য়াদবা তৌখিদ্রে; অতুগা মহাক্কী নুংশিনবা কনাগুম্বা অমা লৈ হায়বসু করি অমতা খুওজদে। অতুনা ননাই ঐখোই তৌফম খুওদ্রতুনা লাকচরিবা অসিনি।" মতম অসিদা, "থাওেম্বম নবকিশোরসু হায়নরিবা হৌখিবা অহিং অসিদগী ময়ুমদা হল্লকদ্রে; হৌজিক ফাওবসু হল্লকহৌদ্রি; মমা মপাদসু তাক্লমদে। অদুগা মরুপ—মপাং খুওন-চায়বা কনাদসু খুওহল্লমদে। মহাক্কী মমা মপানসু মহাক্কী মরমদা করি অমতা খুওবা লৈতে। মহাক হল্লকদ্রে হায়বসু নোং ওাল্লগা খুওলকপনি। করম্বা মতমদা ময়ুমদগী থোকখিবনো হায়বা অদুসু খুওহৌদ্রে" হায়না থাজবা য়াবা মখোইগী লৈকাইগী মী অমনা অমুকসু পাউ পিররে। অদুদগী থীন্দনা থানানা নবকিশোরগী মপা মুগোল অমসুং মমা কবোক্রে অনিবু কৌদ্রুনা অসুয়া বা হংলম্মী।

থানাগী ও: সিং। — খুড়া ! ইম্মোন ! নচা নুপা নবকিশোরনা হৌখিবা অহিং অসিদা যামিনী পুতুনা চৎখ্রে, হায়বা অসিদা য়ানিংদবা করি লৈরি ? করি অমুক হায়নিংলি ? মসি চুমব্রা ?

যুগোল—ইবুংঙো! ননাই ঐগী ইচা মুপা অদুসু ননাই যামিনীগুম হৌখিবা অহিং অসিদগী হৌজিক ফাওবা য়ুমদা হল্লকহৌদ্রি। মহাক্না চৎখিরসু ঐখোয় খঙজহৌদ্রে। অদুগা মমানি মপানি হায়দুনা লৈজরিবা ননাই ঐখোয়দসু মহাক্না মরমদা কদ্রি অমতা তাক্লম্বা লৈতে। মমাম্নবা মরুপ-মপাং কনাদস্তু খঙহল্লমদে। অমাহিকসুং মহাকপু হল্লকত্রে হায়না ইবুংঙোখোইদা পাউ হেক পীরগদবস্তু মহাক নুপা মচা অমনি, ওসি, হয়েং অসিগী মনুংদা হল্লকপা য়াই। নত্রগা মওং অসুম অসুম তৌরে হায়বা মরোল অমতস্তু খঙহল্লকপা য়াই; হায়না খঙহুনা লৈরম্লিবনি অদুনা হায়বিরিবা ব্রারম অসি থাজবা ওমদে। পুক্রিংদা খজিক চিংনবা পোকচরি।

ওঃ সিঃ—ইন্দোন! নহাক্না ব্রানা কদ্রি? শেংনা খুম্নিয়ু মমাদি শোয়দনা খঙফম থোকই। মসি লৈবাক্না হায়নরিবা ব্রাকম্নি।

কবোক্লে—ইবুংঙো বাবু! ইন্দোনস্তু অঙ্গানি। থোইদোকপা খঙজবা লৈতে। খঙলবদবু অমুক থুপতুনা থমলুবগী কদ্রি কারণনি।

মতম অসিদা থানাগী ওঃ সিঃ না নবকিশোরগী মমা মপা অনিগী পাউথুম অসি তাবদা মপুক্রিং খজিক চিংনরদুনা "কৈরোই লৈকাইগী মরেং মমান্নবা; মখোয়গা লাইরিক তম্মিন্নরকপা অতে ছাত্র-ছাত্রিগদি, লৈ-লাকপ্রা?" হায়না ময়ামদা হংলম্মী।

অতম অদুদা যামিনীগী পাবুং য়াজাওনা — মখোয় অমা অনিদং কৈ হায়না খুমজম্মী। অদুদগীদি থানানা খুড়াঙা ইন্দোনগা

ভাইহাক্তা লৈবিরমখো হায়রম্লগা ছাত্র-ছাত্রীশিং অদুগী ময়ুম ময়ুমদা য়াজাওগা লোইমনা চৎমিন্নখিদুনা "থোক্লিবা থৌদোক অসিদা নবকিশোর, অমসুং যামিনী অনিগী মরমদা কন্নি কন্নি খঙবা উবা অমসুং তাবা লৈবগে ?" হায়না হংলুরে। মতম অদুদা মখোয় কনা অমতা খঙই, উই, অমসুং তাই হায়নরকত্রে! অদুমকপু মতাং অসিদা থানাগী ওঃ সিঃ না শোয়দনা নবকিশোর ওইনি। মহাক্না মীগী মচা নিঙোল মাঙহনগে থৌরাংবনি হায়না মপুক্লিংদা য়াম্না থাজনা লৈরম্মী।

অদুদগী হন্নকপগা য়ুগোলবু মীনম্বা ত্রা ভাংইঃ করিগী মচাগী মওং খঙলোইদৌরিবনো হায়দুনা ফাজিন্দুনা থম্মখ্রে। অতুগা খুদক অতুমক্তদা মৈত্রবাক মণিপুরগী থানানা লৈবা লৈবা মফমদা নবকিশোর অমসুং যামিনী মংশোয় অনিবু ফাননবা হায়তুনা মখোয় অনিগী মশক-মতৌ, ছাওং ছাদা, কুচু-কুমেন অমসুং চহিগী মতাংনচিংবা ওয়া হায়তুনা টেলিগ্রাম তৌখ্রে। অতুদগী ভাইহাক্তংদা ঈ-পাউ অসি থানা থানাদগী শন্দোরক্তুনা মৈত্রবাক মণিপুরগী মফম অয়াম্বদা ফংনখিরম্মী। মতম অসিদা যামিনীগী মমা মপানা থৌদোক অসি নুপা ময়ুমদস্থ খঙহনখিরম্মী। অতুদগী থানানা যামিনিগী মপা মমা অমসুং মবুং তরেৎকা লোয়নতুনা নবকিশোর, যামিনী অনিবু খঙনবা থিগনি হায়তুনা খিবা হৌখ্রে। অদুগা নুংথিল নুমিৎ তারমদাইদা যামিনীগী মোন মথাদগী মহাক্কী মবুংশিংগী মরক্তগী অমনা যামিনীনা চৎলমদাইদা ইদুনা থম্লবা চিঠী অমা ফংখিরম্মী।

চিঠীগী মরোলদি অসুম্না ইরম্মী ঃ—

ইমা! পাবুং! নমোমদি ওসি পুন্সিগী অরোয়বা ওইনা খোইয়ুমগী খোজাল ফংজদুনা নুংশি মগুং লাক্সি মৈত্রবাঙ্কী চৎনবীগী ঈরাংমদা চক্তরে। ইমা, পাবুং অমদি ইবুং তরেৎকী লমন শিংজরমগ্রে। নমোম্মু হ্বারৌবিগনুকো! হয়েংমুক্কী মপোক লাংওন অমদা অমুক........।

নমোম

যামিনী।

চিঠীগী মরোল তারগা যামিনীগী মমা রাংনো "কদাইদনো ইচাখু? করি মতৌনো তৌরিবসিবু!" হায়না মথবাক য়েদুনা ক্রুং ক্রুং চোংদুনা কপ্লম্মী।

মতম অসিদা অমরোমদা নবকিশোরগী মমানা করম তৌরি। মপুরোইববু অরেপ্পা মরম ইখও খওদনা থানানা কৌরগা হেক্তা ফাজিন্দুনা থমখিবগী মথল্লাই নুংঙাইতবা; অদুগা অমলা মপারি নবকিশোরগী ঈ-পাউ ফংদবগী হ্বাবা; মরম অনি অসিনা মহাকপু লৈফম চাফম খওদনা লৈহল্লি। অতুদগী অমুকসু মমোম দগুমতিনা মবুংগী লাইরিক পাফম কাদা চওল্লুবদা টেবল মথক্তা তাদুনা লৈরম্মী হায়রতুনা চিঠী অমসু পুথোক্লকতুনা মমাগী মনাক্তা হিক্রা হিক্রা কপ্লরতুনা পারম্মী।

ইরম্লিবা চিঠীগী মরোল্দি অসিনি ঃ—

ইবুংগী ইবেম্মা; নুংশিরবী দগুমতি ! ইবুংদি ভাওদুনা চৎলবনি । অদুনা নহাক্না ইমা বাজীদা পুন্সি অসিমগী লোইরবনি; নবুংবু ভাকপীয়ু হায়য়ু । মপোকসিমগী ইমা বাজীখোইগী য়াথং ইয়ু তমখিদ্রমাম্লে । মসি নবুংনা নহালমুক্কী মপোক্তা তৌজরকপন্না হুন্দক্নী মপোকসিদা ফংলরিবনি । অদুগা অরোয়বদা ইচন নংভোন্দা হায়রমগদবা হায়ববু—মতম লৈবা খিবিক্তা "ইমা বাজীখোইগী য়াথং পাউতাক হিক্তোক্কনু অমসুং নহে তম্না কায়দনবা হোৎনৌ !"

নবুং—

নবকিশোর

অদুদগী কবোক্লে অসি মপাম্নি নবকিশোরনা খোঙশাল্লমদাইদা ইদুনা থম্লম্বা চিঠীগী মরোল অসি অমুক্না তাবদগী চাংজৌ নাইদ্রবা অৱাবগী ঈপাক্তা তাউবগুম তৌক্রম খঙদনা লেপ্লি । আঃ কবোক্লে রাধে ! নপারী নমোমগী মৈচাক্না মতম চাদনা নপুন্সিগী য়েক্লবা ওইদৌরি ! কনানা তমম্রবা; অসিগুম্বা খোইয়ুম লাইগী নোংদমু অমুক কায়হনখিগদগে । কনম্বা কনানা য়েংবা ওমগনি মমা অনিগী অৱাবা ! হৌরকপদা মঙাইরিদো মৈচাক্তি ।

মথংগী নোংঙাক্লগা যুগোল সিংহবু খ্যদাকতুনা অমুকসু মাজিষ্ট্রেটকী ওর্ডর মতুংইন্না মতম খরগা অমুক থম্লখিরম্মী ।

# ১০শুবা মতাং

শোঙলবা তাংজেংগী ঊচান পোকপী চীংমান্নদা নবকিশোর অমসুং যামিনী মখোয় অনিমক অহিংগী শরুক খরা-জকিবা ফংনা য়াওন য়াতামিন্নরম্নদগী চীংখ্রে হেক হুন্নকপদা চীংমায় নাগোম লাইরেম্বীগী পাউতাক ন্নাহে ওইবা মথাগী ঈশৈ অসি তশেং তশেংনা ঈংনা নুংশিনা তাহনবিখি।

ঈশৈ

ইনুং শোরা ঙাল্লক্লে।
পোম্বী চেক্লা য়াকায়রে
'পারী ইমোম মীকপ্লো
তাইবং য়াব্রা তাপ্রিঙৈ
লোইবী চীখাং সমদুনা
লাপ্না খোঙদোই হুলখরো
অচীকপা লমদম য়েংদুনা
পোইরে নরম' ন্নাংমদা।

অদুদগী নবকিশোর, যামিনী অনিমক ফুক ফুক হৌগৎতুনা খুৎলৈ থুনা ন্নাইথৌ চীঙ্গোল পরেংদা, নোংচুপ থংবা চীংমায়দা চীংদোন্দগী থজিক্তং লৈথরগা চৎখিতুনা ন্নাংলেন পুংজা অমরোমগী মনুংদা ফুনান মরীংগী চীংছো য়োৌখিরম্মী। মতম অসি কনা কনাওম্না য়াহৌ ঙনবা মীশিংদি হৌনবা য়াওরক্লে। অতুদগী অমুক নোংপোক ওন্দুনা চীংদোন্দা খরা চৎলগা খিয়াম চীংজিন্দা ছাইথরে;

থিয়াম চীংজিন্দগী অমুক চীংখাদা অৱাং পাংনা সনবোক লম্মীদা মথং মথং চানম ছল্লোক অমসুং কৈরাও লংতুম খুলনচিংবা চৎখিদুনা অয়ুক্কী চাক-ঈশিং চান-থক্কবা মতমদা ঈরিনবুং কৈথেল য়ৌখিরম্মী। অদুদগী ভাইহাকৃতং ফাওবা পোখ্‌ৎরমদনা অমুক নোংপোক চীংখৈ গাংনা খরা চৎথ্রগা ভারিয়ান চীংখোং ফংখিরম্মী। মতম অদুদা মী খরা চীকৃতুনা নীংথিরবা ভারিয়ান চীংগী দৃশ্য অতু য়েংতুনা ভাইহাক ভাইহাক অৱাক থানরম্মী। অতুদগী অমুকন্তু ভারিয়ান চীঙ্গোল মশাংদা অদুম পংচত্তা চৎখিদুনা নুংথিল পুং মঙারোম তাবগী মতমদা য়াইরিপোক কৈথেল থুংখিরম্মী। মতম অসিদা নবকিশোর অমসুং যামিনী অনি অসি পঙনা চথোকতনা চৎলক-পগী হৌনবা ৱাবনা মফৈ তানরতুনা মখোঙ থাঙবা খোক্লরকল্লে। অদুগা অমরোমদা করি অমুক হায়গনি। খোঙচৎ অসিদা পাম্মু নুংশি মঙুং লাক্তি নুজা যামিনীদি অরোয়বা খোঙথাংদা তুংইঙ্গ-রিবীনি। অদুমকপু মতাং অসিদা ৱায় হায়তুনস্তু মতম খরা কুইনা পোখ্‌ৎনবগী তাঙ্গাদি লৈরমদবনা য়াইরিপোক কৈথেন্দগী অচা-অথক কবোক-হৈবোক্লচিংবা খরদং লৈতুনা চামিম্নরগা অমুক তম্না নোংপোক চীংখৈ পাংনা খোংনাংপল অমসুং শিখোঙ; নিঙেল তাবা লম্মী, খোইরোম য়াম্নেমগী অশাংবা শোরোক্কী মতুং ইন্না চৎমিন্নখ্রে। অদুদগী খোংনাংপল লম্মী হাইজিনবগী অতুৱাইদা অমুকতা মপোকঙৈগী চথ্রিবগী হৌনবা লম্মী লম্মুক্লখ্রে। মতমদি মুমিৎ তাথ্রদুনা য়াচংবগী মল্লি মল্লি তৌরকপা অতুম ওইনা থোকউরে। অৱাবনি মতাংসি মী অচৎ-অওকস্তু কনা অমতা থেংনখিদ্রে। য়েংখিবদস্তু মাংলোমদা অমুবা চীংশাংগী পরেংতমক

উখিরম্মী। মতম অদুদা যামিনীনা ব্রামল্লক্তুনা অমসুং মপুক্লিংদা তুচুং-মানচুং অকিবগী শরুকসু য়াওনা "ইবুংঙো! ঐখোয়গী লম্মী মাংখ্রবরা? কদোমদা, লমদম কদাই তান্না চৎকদৌরিবনো?" হায়না নবকিশোরদা হংলম্মী। নবকিশোরনা যামিনীগী অব্রাবা মতৌ অতু য়েংবা ঙমলকত্রে। অদুমকপু "যামিনী! নহাক খবা ব্রারবরা? ঐনা নংবু নুংশিবদিনে, শিদ্রিফাও থাদোকপা ঙল্লরোই। অদুবু নহালঙৈদা অব্রাবা অমসুং অকিবা থোইনা য়াওরকত্রবা, হরাওবা অমদি নুংঙাইবগী শক্তম অদু মতম অসিদদি লৈররোই! খজিক অব্রাবা পুন্সিগী খোঙহৌ মতাং ওইগনি। অদুগা করিগীদি মাঙগনি, নং ঐগী লম্মীবু। থোক্লরবনি হায়না খন্দুনা অচীকপা লমদম য়েংদুনা চৎখিবা মাইকৈ অময়োমদা ব্রারবসু নুংশিনবগী শক্তম অদুনা ঐখোয় অনিবু অমুক শেৎন-খাইনদনা লৈমিন্নরুরবদি মপুগী থৌজাল পীনবীরমসনু। মতম অতুদা নং, ঐগী পুন্সিগী অব্রাবা কোক্লনি। অতুনা অসুম খরা খরা তপ্না তপ্না অমুক চৎলসি যামিনী!" হায়না যামিনীবু খুৎ শম্নীরদুনা নোংপোক চীংখ্ম পাংনা লম্মী অমগী মতুং ইন্না চৎমিন্নখিরম্মী। খরা চৎলগা অতুম য়াচংবা মতুং খরা চোক্লনা চীংলক্কী লমদম নিঙেল কৈথেল ফংখিরম্মী! মতম অতুদা নিঙেল কৈথেলসু খমখিরমতুনা মী পুম্নমক ময়ুম ময়ুমদা ঙম্না কুম্নখিরম্লে।

ওল্লোকপনি! অব্রাবগী মখক্তা অমুক চীংলক অদুদা থোইনা অকিবসু পোকখিরম্মী। 'থাজগী মঙালসু লোইবী চীংশিংনো খনখিবনা করি অমতা লৈরমনে। মুমিৎ অসি পুর্ণিমা মতুং নোংমা কোনবা ওইরম্বনা থাজসু য়াচংবা মতুং খরা চোক্লনা খজিক

থেওনা থোক্লম্মী। অদুদগী যুম মওা তরাদং তারিবা নিঙেল খুল মচা অদুদা চওদুনা অহিং অতুমা পনবা তারম্মী। অদুনা নবকিশোর অমসুং যামিনী মখোয় অনিমক যুম অক্সয় খুংখিরম্মী। মতম অতুদা মখোয়না খুংলুরিবদুগী যুমু অতুনা খরা ওক্লা থোক্লম্মী। "মতম চাদনা পাখঙ লৈশাবী অনি অসিনা লাক্লিবা খোঙফম অসিবু করম তৌবা মওং:না? ম:খায় অনি অসিবু অসিব্রাইদগী মীসু মান্দে" হায়রতুনা "ইবুংঙো, ই:বম্মা! নখোয় অনিবু করি লমদগীনো? য়াম্মা য়ানা লখী নমশাং লাকপগী মতৌ মাল্লি। করম্মা মওংদা কদাই ডান্না চৎকে হায়দুনা লাকম্মিন্নবিবনো?" হায়না হংলম্মী। মতম অতুদা নবকিশোর অমসুং যামিনী মখোয় অনিসু অতুম ইশেং শেংনা খুড়া, ঐ:খোয় অনিমক "থৌবাল কিয়াম সিক্ষাইদগীনি! মা, ঐ চুম্না নুংশিনতুনা লাকমিন্নবনি; অতুনা ওসি অহিং অসিদদি খরা পঞ্জখিগে, ঐখোয় যোইদোকপা চচ্চরোই" হায়না খুম্নম্মী। অতুদগী যুমু অদুনা "ফ:র ফ:র অদু ওইরবদি" হায়তুনা হরাও হরাওনা মখোয় অনিবু নুংশিবীদুনা লেহনখিরম্মী। অতুগা নুমিদাং অদুগী চাক্তি যুমু অতুগী নুপীমচা অমনা থোংবীতুনা মখোয় অনিবু পিজরম্মী। অতুদগী মখোয় অনিসু চাক-ঈশিং অদু চাগগা অতুম তুমখ্রে।

নোং ভাল্লগা নবকিশোর অমসুং যামিনী মখোয় অনিনা "চচ্চ গে খুড়া, ইন্দোন! খরা য়াবীরেদো য়াৌবিবা য়াদে" হায়দুনা শেল লুপা অমতং লৌথোকতুনা নবকিশোয়না যুমু অতুদা পীরম্মী। মতম অতুদা যুমু অতুনা 'করিনোনে ইচাশা! নখোই অনিনা নোংমতং ঐগীদা লাকতুনা চাক চথা অমতং চারবনীদমকপু

করিগী পৈশা অমুক লৌগদৌরিব.না ? পুখো পুখো পীরমগনু হোরেল লম্বীদা করি করি অচাগোৎ লৈদুনা চাখিনবদুম খাকচৌ" হায়তুনা শেল সুপা অদু লৌহৌ হায়বা য়ারমদে। মতাং অদুদা নবকিশোর অমসুং যামিনী মখোয় অনিসু "করিনা তৌবিমল লমন শিংজনি তৌবিরীবা অসিদি! খুড়া, ইন্দোন। ঐখোয় য়ায়া নুংঙাইজরে। কাওজরোইকো। হয়েং মতম অমদা ইব্রাহৈতনা ওইরবসু অমুত্তদি পেন্ননবা লমন শিংজরখিনি; নত্রগা ইপুন্সিদা কাউবদদি কাউজররোই" হায়রল্লগা চৎখ্রে।

অদুদগী খরা চৎলগা লম্বীদা অচৎ-অওক্না "মখোয় অনিবু ফাননবগী মৈত্রবাক মণিপুরগী থানানা লৈবা লৈবা মফমদা টৈলিগ্রাম তৌখ্রে, অমসুং পাউজেল টেলস্ হাপতুনা ফংননবা কোইথি খিরি; অদুগা নবকিশোরগী মপা যুগোলবুনা হাজত্রা থমখ্রে" হায়না ঙাংনবা পাউ অসি ফংখিরম্মী। মতম অদুদা নবকিশোর অমসুং যামিনী মখোয় অনিনা করম তৌনি হায়না খঃখ্রে। অদুদগী নবকিশোরনা মহাক্কী ফুরিৎখাউদগী কলম অমসুং চে লৌথোকতুনা চিঠী অমা ইরে। অদুগা থৌবাল নত্রগা ইম্ফাল তান্না চৎকদবা কনাগুম্বা মী অমতং লাক্লবদিকো হায়না লম্বীদগী খজিক চখোক্লগা উরুম উখা অমদা মখোয় অনি ফম্মিন্নদুনা ঙইহাক মী ঙাইদুনা লৈরম্মী।

নবকিশোর অমসুং যামিনীগী মরাইবক ফবদগী মতম অদুদা অহল ওইরপ তৌবা মীয়াই চল্লবা নুপা অমখক লম্বীদা লেংকোৎ পোলাং অমা পুরদুনা লাক্লম্মী। মতম অদুদা নবকিশোরনা লম্বী ফাওবা থোরক্লগা "খুড়াবু করিগুমবা য়ারম অমতা হংজগে।

লেঙবিরীবা অসিবু লমদম কদাই য়ৌবিগদৌবা ওইরবনো ?" হায়না হংলম্মী। অহল অদুনা "করি হায়নিংবা লৈবগে ইবুংঙো! খুড়াদি খৌবাল কিয়াম সিফাই তান্না চৎচগদবনি" হায়না খুল্লম্মী। মতম অদুদা নবকিশোরনা য়াম্না হরাওনা "অদুদি, ফরেদা। য়াম্না নুংঙাইজয়ে! খুড়াবু অসুম লেঙবিখিবদা থৌবাল ডাকঘরদা চিঠী অসিমতং থাদবীরম্লবদি ওয়্রোক্লা নুংঙাইজগ্রনিদা! অদুবু — ঐনা খুড়াগী অৱামল করি কচ্চগনি" হায়রম্মী। অহল অতুনা 'ফৈ, ফৈ ইবুংঙো! থাদরমগে। করিগী অৱামম্নো ইচাসিদি কদাই কদাই খুড়া পুবিখিগে' হায়রম্মী, অতুদা নবকিশোরনা য়াম্না হরাও হরাওনা চিঠী অদু মহাক্কী ফুরিৎখাওদগী লৌথোকতুনা খুড়া ৱাবৌবিগনুকো" হায়রুনা অহল অদুদা পিরম্মী। অতুদগী অহল অদুসু 'ফয়ে ফয়ে ইবুংঙো! করিগী ৱাম্নৌগদগে ইচাসিদি!" হায়তুনা নবকিশোরদগী চিঠী অতু লৌরগা অতুম চৎখ্রে! অদুগা নবকিশোর অমসুং যামিনী মখোয় অনিস্তু অৱাং চীংথ্রে পাংনা চীংনুং মানুং তন্না চীংলক্তা লম্বী মচা অমগী মতুং ইন্না পংচৎতা অদুম চৎমিন্নখ্রে।

লেংকোৎ পোলাং পুবা নিপা অহল অসি নবকিশোরগীদি মপাগা হেক পোকমিন্নবা মখুড়ানি। মতম কুইনা কবো মীরৈবাক্তা লৈরুবনি। নবকিশোরনা অঙাং ওইরিঙৈ, চহি মঙা তরুক্তা গুরকপা মতমদগী হৌনা চৎখিবনি! অতুদগী কবো মীরৈবাক্তা লৈবা নুংঙাইরকত্ৰতুনা মণিপুর মরৈবাক্তা অমুক হন্নরুবনি মরম অতুনা মতম অসিদা মখোয় মপা-মতোন উনতুনস্তু জমনা জমবু অমুক শক খঙনখিৱে।

# ১১শুবা মতাং

যামিনীগা নবকিশোরগা মাঙখিবা নুমিৎ হুম্নি শুজিল্লক্লে। যামিনীগী লুহোংবা কায়রে। অদুগা মহাক্কী মপা মমা অমসুং মবুং তরেৎনা মরুপ-মপাং অমদি থানাগী মীগা লোয়নননা অহিং নুংথিল নাইদনা যামিনীবু কোয়থি থিমিন্নবদা ফংবা লৈখিদ্রে। অহুদগী হায়রিবা হুম্নি শুবা নুমিৎ অসিগী নুংথিল পুং মঙারোম তাবা মতমদা খৌবাল ডাকঘরদগী চিঠী অমথক ডাকপিয়ন অমনা পুরকৃতুনা থৌবালগী পুলিশ স্টেসন্দা থুংলরে। থানাগী মীশিংনা করিগী চিঠীনো হায়দুনা ফাস্তোক্তুনা য়েংনবদা কনানা কমদৌনা কদাইদগী থারক্লিবনো হায়বাদি করি অমতা ইরমদে। অদুগা মখাগী য়াহে খরা অসিত্মক মইরন্মী।

চিঠীগী মরোল ঃ—

"ফংলরোই, ফংলরোই! থিম্নিবদো লোৎখ্রবনি ফংলরোই। মখোয় অনিগী লৈফম খঙলরোই। মতম চানা তাক্লকখিনি। য়াদনা মতম অদুদা খঙগনি। অদুগা খাদোকপীয়ু। মরাল লৈতবা মহাকপু হাজত্তুগী খাদোকপীয়ু।"

চিঠীগী মরাল অসি মতম চানা দারোগা বাবুনা মাজিস্ট্রেট সাহেবতা রিপোর্ট থাগৎখ্রে। অহুগা যামিনীগী মপা মমা অমসুং মবুংশিংদসু খঙহনখি। মতম অদুদা নবকিশোর অমসুং যামিনী মখোয় অনি অসি চৎমিন্নখ্রবনি হায়না চিংনবা লৈতমা লৈবাক

মীয়াম্না অমদি মখোয়গী মমা মপানা থাজৈশেংনা লৌনখ্রে। অতুদগী মাজিষ্ট্রেট সাহেবকী ওর্ডর মতুং ইন্না নবকিশোরগী মপা খুঁগোল সিংহবু মহাক্কী মরান্দি করি থোইনা লৈত্রে, অদুগা শোয়দনগী মচা নিপা নবকিশোরনা যামিনীবু পুখিবনি হায়বগী অওইবা পান্দমদি পীরদুনা যামিনীগা মচানিপা নবকিশোরগবু ফংনবা থীরু হায়তুনা জামিন্দা অতুম মতম খরা খাদোকপিখ্রে। অদুগা মতম অদুদা মযুম ময়ুমদা নবকিশোরগী মমা অমসুং যামিনীগী মমা অনি অসিনা থোইদোক্না তাওনা তাওনা পোক্তজরবা মপারী অমসুং মমোমগীদমক লৈফম চাফম খঙদবমখৈ হায়নিংঙাই লৈতনা ন্নানরি অমসুং কপ্পবতনা অৱা-পোখানবা ওইনরি।

মসি পুন্নমক নুংশি-তীন্না থোকহনবা ঙাক্তনি! মহাক্না চঙদবা য়ৌদবা লৈতে। লাপ্পা নকপা থিদে। শাগে জাৎ খারদে। অচৌ পিশকসু য়েংদে। মতম মতমগী খোঙচৎ য়েংদুনা ( মতুং ইন্না ) পংচিন্না মচিকই। মসিগী তীল অসিবু শিননবা করম্না হিদাক লৈবগে? করম্বা আইন্না মসিবু ফাগদগে। মহাক্না অকায়বা তোয়না তোয়না থোকহল্লি। চৎনবীগী পন্নস্ কান্নদ্রে। মনিং তম্বা হে-নুংশি তীল! মসিবু কদাইদগী লাকপনো? করিনা শারক-পনো? মথোৎ কারকপা মতমদা হেক্তা ময়ৌরকপসিনু। মশকসু উদে। মখোলসু তাহদে। তুমিন্না মথৌনা করিবা! ওকতনিংঙাই লৈতে হে নুংশি তীল! তায়বঙপান অসিদা অসি লৈরম্বনা করি করিগুম্বা মতমদা লৈবাক্কী অথিংবদা কন্না কন্না অন্নাবা থোকহল্লিবা

অদুগা মমরোমদা নবকিশোর অমসুং যামিনী মখোয় অনিনা হুয়ি শুবগী অয়ুক্কী চাক-ঈশিং চান—থকবা মতমদা ফাগুংখোও শূল য়ৌখিরম্মী। হায়রিবা শূল অসি চীংনুংদা তাম্না মৈতৈনি। অদুগু মখোয় অনিগী তাঙ্গানদি, শাতানবশিংনা তুংলোমদা অরেপ্পা লৈতনা তানশিল্লকুনা য়ৌশিল্লকপা মতম; অদুগা য়ারৌ শাশিংনা মখোয়গী য়াইবী মাঙনিংদবদগী মমাংলোমদা লৈবা অশোও অশোওবা নারক মোংশোং তম্না মনুংশ। থবেৎ থবেং হোন্দুনা চেল্লগা লোৎফম থিজবগুম খোকখিরম্লনা নবকিশোর অমসুং যামিনী মখোয় অনিমক চাক-ঈশিং চাবা থকপগী য়াখল করি অমতা তৌনখিদ্রে। ভাইহাক্তং ফাওবা পনব৷ লৈতনা মথং মথং পংচত্তা চৎখিদুনা চীংমুং অদুদা তারিবা শূল মচা মচা মনুং খোংনচিংবা থরদং লাম্থোক্তুনা চৎগ্রগা জিতান তুমে-া অ:চীবা অমুক লাল্লুরে। মতম অদুদা ভাইহাক ভাইহাক্তংদদি পোথানরম্মী। অদুনগী য়াং চাউগ্রবা ওম্লবা চীংমায় নাপোম অমদা অমুক হাইগৎপা হৌগ্রে। হায়রিবা ওম্লবা লোইবী চীংজাও অসিগী কোলোয় মীংলেন্দি "কসোম" চীংজাও হায়না কৌই।

নবকিশোর অমসুং যামিনী মখোয় অনিনা লোইবী কসোম চীংজাওগী য়াংলবা চীংমায় নাপোম অদুদা হায়গৎখিবা মতম অদু নুমিৎনা নোংচুপ চীংশাংগী মরমদা হাইথগ্রে। নবকিশোরনা মশা'গী নুংশিজরবী মপাঙ্গল শোম্লবী নুজা যামিনীবু মখুৎ শুজেং পায়রগা ওমগ্রবা চীংমায় নাপোম অদুদা চিংখৎশিদুনা লামিয়জরি। নমীসু নৌংখি মুংওাইনা লৈবা নতে। শুরবা চীংজমীনি মতম অদুদা শাবী—শানৌ অনিগী অরাবা করিদা হায়রুনি। মপোকওগী

অঙম্বা অৱাংবা চীংজাও থক কানরকখ্রি। অচৌবা অপাকপা অককবা পাৎ তুমেল লাম্মরকখ্রি। অদুবু মুংশি মশুংলাক্লি অৱাবা অমসুং অকিবা অমদি অরাম-খ্বৌরাংবা পুন্নমক থাদোক্তুনা ৱাং চাউখ্রবা লোইৱী কসোম চীংজাওগী চীংদোল উচিন-নাচিন্না লোমিন্নখ্রে।

অৱাবগী মথক্তা অমুকস্তু হেন্না অৱাবনি। মতম অতু য়াচংবা মতুং থরা ওইনা থোকলুরে। মমখিবনস্তু হায়নিংঙাই লৈখিদ্রে অতুগা কসোম হাওখুলগী পম্বোংস্তু হেক থিংলম্নে। অয়ুক মুংথিল ফাওবদা নামুংই হায়দুনা মী অতৈ লমলানবা কনা অমতস্তু চঙবা মায়মদ্রে। কমন চৌগদগে হায়দুনা কসোম হাওগী পম্বোং অতুদা লোপখুন. থংনিঙৈগী মচন অতুদা ফুইনা হৌরকপা কুমগী নোংসু য়াম্না কুংনা থানা হেক লাকতুনা অকনবা নুংশিৎ নোংলৈ অমদি থাক লাওবগা ম্নোয়ননা নোংলিক চাউনা চাউনা ৱা-ৱা হেক চুথরক্লম্মী। থোইদোক্কস্তু মহৌশানি, চীংজাওদা নুংশিৎ নোংলৈ নোংজু কনবা হায়বসে। মতুদা নবকিশোর যামিনী মখোয় অনিগী মছা-মছাদা পক্লিবা মফি মরোল অদুস্তু পুমচোৎ চোৎ-থোকখ্রে। অদুদগী নিংথম্বনস্তু হায়নিংঙাই লৈশিল্লকখ্রে। চৎফমসু খঙজিল্লকখ্রে! অহিং অদু ইচোৎ চোৎনা মফম অতুদা অদুম লেনমিন্নবা তারে হায়না খন্নরম্মী। অদুগা মরক মরক্তসু নোংথাং তোয়না তোয়না কুপ্লম্মী। নোংথাং কুপ্লকপগী হেক হেক ঙাম্বোক-লকপা অতুদা নবকিশোর অমসুং যামিনী মখোয় অনিনা মফি মরোল ইচোৎ চোৎলদুনা মতু মমান ইগোন পোন্না লৈবা অতু হাও খরনা হেক উথোকখ্রে। মতম অতুদা নোংদি খরা খরা হাংখ্রে।

অতুদগী থিন্দনা হুইয়াম অমগা লোয়ননা হাও নুপা মুপী কয়ামুক মখুৎ মখুত্তা তা অমমম পায়দুনা "কনা কনানো? ওসিদি লৈরমউ খুঙগনি। নামুংলবা মতম অসিদা ঐখোয়গী কসোম চীংজাওগী পম্মোংদা মতম চাদনা লৈখিবা" খঙগনি শরিশো হায়তুনা তা খৌশাদুনা নবকিশোর অমসুং যামিনী মখোয় অনিবু তম্না চেনশিন্নরক্লম্মী। চেনশিন্নক্লিবা হাওশিং অতু তাংখুল হাও ঙাক্তনি।

মতম অদুদা পাখং-চাওবী মীপাই থিরবী নুজা যামিনীনা অকিবা অমসুং অন্নাবগী খোল্লাউনা "মাঙলে ইবুংঙো!! কমদৌনি" হায়দুনা নবকিশোরদা খুঙকোন কোনশিঞ্জরম্মী। নবকিশোরসু "যামিনী!" হায়না কোনবীরম্মী। তাঙ্গা অতুদা করি উপাই লৈরি? মরোল লোনবা চীংজাওগী তাংখুল হাওনি। মতম অতুদা নবকিশোরসু অকীবা অমসুং অন্নাবগা লোয়ননা ঙাইহাক্তি ন্নাখল লৌশিং মাঙলখী। অতুদগী হাওশিং অতুনা মখোয় অনিগী মনাক য়ৌশিন্নরুবা মতম অতুদা "ইপা হাওবখোই! থন্নাইদদি কনবিয়ু। অমুক্তা ঙাইবিখো। ঐখোয় অনিবু ওসি চঙজফম থিরকপদা চৎফম খুঙখিদ্রগুনা মফম অসিদা পঞ্জরক্লিবনি। ঐখোয় অনিবু ঙাকপীয়ু। নচাশিংগী পান্দম ঙাক্লি" হায়না নবকিশোরনা হায়জরম্মী। মতম অতুদা হাওশিং অতুসু নবকিশোরগী থোৎলবা মুংশিরবা মন্নাহৈ খন্না অসি তাবদগী অশাওবা খজিক হন্নরকতুনা ঙাইহাক লেপকক লেপকক তৌনরগা চংশিন্নকতুনা তঙক তঙক মখোই অনিবু পুমকোই কোইশিন্নগা য়ান্না মুন্না য়েংলম্মী। অতুগা মখোয়গী মরুক্তগী অহল ওইরবা কসোম হাওখুল অতুগী খুল্লাকপা অমনা

"নখোয় অনি অসি মৈতৈ মচা নত্রা? লমদম কৈদগী লাকপনো? থেঙলবা অহিংগী মতম অসিদ! তম্নথিরবা শা-কৈগী মরক্তা অকী অথঙ নৈতনা অশোঙবা অঙম্বা লোইবী কসোম চীংজাও অসি কাখৎলকতুনা মরম করিদগী কদাই তাম্না চৎকে হায়দুনা লাক্লি-বনো? করিমতা অথুপ্পা নৈতনা ইপাখোইদা অশেংবা নপাউ তমউ" হায়না হংলম্মী। অদুগা অতৈ হাওয়াম নুপা নুপীশিং অদুসু লেপতুনা ঙাওনম্লিবা ব্রাহ্মেশিং অতু তারম্মী। মতম অদুদা যামিনী অসি খজিক ব্রাখল লৌশিং তারক্লম্মী। অদুমক্তি ওইরগা হাওশিং অতুগী মমিৎ মনা অমসুং শকওইশিং অদু উবদগী অকিবদি করি অমতা কোক্লমদে। অতুদগী নবকিশোরনা "মাম্নি ইপা! ঐ:খোয় অনিমক মৈতৈ মচা ঙাক্লি; ঐ:খোয় অনিগী পোইরৈ লমনমদি য়াম্না তামখ্রে। মা, ঐ য়াম্না নুংশিনঃখ্রে। অতুনা ঐখোয় অনিগী ইমা, ইপা অমসুং মরুপ মপাং কনা অমতা খঙহন্নিংদবদগী মতম খরদং লোৎখিগে হায়তুনা মখোয় কনা অমতা উররোইদবা অতুগা থিরক্লবসু পাক হেক খঙনরোইদবা মফম অসি তাম্না লাকচরিবনি। মরম অসিনা নচাশিংগী পান্দমগুম নুংশিবীবুনা নোংমা নিনিদদি ভোয়বা নচা অনিবু থুপতুনা কনা খঙহন্দনা ইপাখোইগী অসিদা থম্মীয়ু। অদুগা ইপা। ঙসিগী চুমিত্তা নচা অনিদি লম শাংনা লম্মী অচুম্বা চৎলকতবনা হকচাং অসি য়াম্না চোকখ:র। ইখোঙ থাংবা থোক্লখিগ্রে। হায়নিংঙাই নৈতনা বানরে। পোকাওদগী অসুম্না খকসু চৎনজরকল্লি" হায়না খুম্লম্মী।

নবকিশোর অমসুং যাম্মিনী মখোয় অনিগী ব্রাওাং তাঃগী কসোম খুল্লাকপনা অমুক "কর্মিগী নখোয় অনি অদুক য়াম্না নুংশি- নরগা নমা মগা অমদি নরূপ নপিজা খঙহল্লিংব্রি" হায়না হংলম্মী মতম অদুদা নবকিশোর অমসুং যামিনী অনিসু অশেংবদা অতুম খুমম্মী। —"ইপা! ঐখোয় অনি অসে, মহাক্কা ব্রাম্মণ চংদুম্মি। অদুগা ঐনা মৈতৈ মচানি। ঐখোয়গী মৈত্রবাক্তা অা পারম পুরমদগী জাৎ অনি অসি লৌন লৈনবা য়াদে। অদুবু মা, ঐ য়াম্না নুংশি- নখিবদগী কায়নবা ওমপ্রদুনা ঐখোয়গী মৈত্রবাক্তা অমুক লৈরগনুসি হায়দুম্মা অসুম লোম্না লাকমিন্নরবনি! মখোয়না ঐখোয় অনি অসিবু ফাগদবগী পুলিশকা লোয়ননা কন্না কোইথি থিরি।"

মতম অদুদা খুল্লাকপা অদু নত্তনা অতৈ হাওয়াম অদুদি মৈতৈলোন শেংনা খঙবা থোইনা য়াওরম.দ। অদুনা কন্নি হায়রিবঃনা হায়না হাওয়াম অদুনা মখোয়গী হাওরোল ওাংদুনা খুল্লাকপদা হংলম্মী। খুল্লাকপনা মতাং অদুদা ব্রারম পুন্নমক ময়ামদা নীংথিনা খওননবা মরোম্না শুগায়না ব্রাগী-ব্রাখোং লীরম্মী অমসুং অহিং অতুম্না মহাক্কীদা থম্বীরগেসু হায়রম্মী। মতম অদুদা ময়াম অতুম্সু নবকিশোর অমসুং যাম্মিনী মখোয় অনিবু মখোয়গী থম্খোয় অদুদা য়াম্না নুংশিবীবা পোক্লম্মী। অতুগা খুল্লাকপনা "ইচা নুপী! নহাক হৌজিক ফাওবা কীবা ফত্রিমাল্লে। কীরুনু করি অমতা তৌররোই। লাকও নখোয় অনিমক ওসি অহিং অসিমা ইপাগীদা লৈরুরসি। নখোয়না অতৈদা অমুক চৎনিংবা লৈরবসু হল্লেং ইনুং ওাল্লগা চৎনুকো" হায়দুনা নবকিশোর যাম্মিনীবু কসোম খুল্লাকপনা

মহাক্কী মযুম তান্না মর্মাং থানা পুশিনবীব্রে। অদুগা হাও মুপা মুপী মন্নাম অদুস্থ খুল্লাকপগী মযুম ময়ৌনা মখোয় অনিবু খিজিন-বিরম্লগা মহে মহে অমুক মযুম মযুমদা ভয়া হম্লব্রে। মতম অদুদা যামিনী অসি ফিরম্মছু খরদি কোকম্রে। অদুগা নবকিশোরসু তুংদা ফত্ত-নুংদগী মরমদা করি অমুক তৌরকখিগদগে হায়বা মপুক্লিংদা খোইনা চিংনখিদ্রে।

খুল্লাকপগী মযুম ময়ৌরগা মৈ ভুং ভুং থাগৎপিরে, অদুগা ইচাশা! মখোয় অনিগী অচোৎপা নফি নরোলশিং অদু হোংদোক-চরো; অদুগা নুংভাইনা মৈ তিক্তুনা ভাইহাক ভাইহাক পোথাজো" হায়তুনা নবকিশোর অমসুং যামিনী মখোয় অনিগী হোংদোক্লবা তরু-তরুবা ফি অকংবা অমমম পিবিরম্মী। মখোয় অনিস্থ ফি অদু লৌতুনা হোংদোক্লগা মৈ তিক্লম্মী। অদুদগী খুল্লাকপগী হাওনুবী খুল্লাকপী অদুনা মখোয় অনিগী অচোৎপা মফি মরোলশিং অদু কংননবা মৈ য়াইবীতুনা ফৌবিরম্মী। অদুগা খুল্লাকপা অদুনা "ইচাশা! চাক-ঈশিংদি মখোয় অনিনা অদুম হোৎনজবা তারে। ভসি মুমিদাংগী পাভনবা হাওরবস্থ হাওক্লবসু খরদং চাননবা তৌরসি। চেং-চাং ভা-থুম অদুগা থোংননবা কোল লিকসু ভয়া হৌ্রে লৈ" হায়রম্মী। মতম অদুদা নবকিশোর যামিনী মখোয় অনিনা "ইপা! ঐখোই ভসি মুমিদাংদি চাক চাজররোই। হয়েং নোংভালগা মচাজরগে! য়াম্মা য়ারে, তুম্নবদুম হোৎনজরগে" হায়দুনা চাক থোংলুরো হায়বা য়ারমদে। মতম অদুদা খুল্লাকপা অদুদি করম্লো ইচাশা! মখোয় অনি য়াম্মা য়াররনি। অদু ময়ৌনা য়ারক্লবদা চাকসু

চাদ্রবদি তুম্না য়াররোই। ইপা পান্দুম অমতংগা মঙ্গা অমতংগা লৌবিগে; মত্থতং চারগা তুম্নসিকো; য়াম্না থুনা মুম্নি" হায়দুনা পান্দুম অমগা মঙ্গা অচৌবা অমগা প্রপ প্রপ লৌবিখ্রে।

খুল্লাকপগী হাওনুবী খুল্লাকপীনা ইমুংদা নবকিশোর অমসুং যামিনী মখোয় অনিনা তুম্ননবা হায়দুনা লিফক অমা অনিদং লোন্দুনা থাবিরে; অদুগা ফিরোলসু খরদং পুখোকতুনা খরা অমা মাইথা থাবিরে; খরা অমনা ফৈজুপকী থাকপীরে। অদুদগী ভাইহাক্তং লৈরগা পান মঙ্গা মুম্লে চারো হায়দুনা নবকিশোর যামিনী মখোয় অনিদা খুল্লাকপী খুল্লাকপনা পীরম্মী। অদুগা ঈশিং খরসু কোল মচা অমদা হৈদুনা লানশিনবিরম্মী। মখোয় অনিসু মতম অদুদা হরাও হরাওনা পান মঙ্গা অদু খরা খরদং চারে। অদুগা ঈশিং য়াউম অমমমদং থকচিন্নগা অদুম ইমুং চংদুনা তুমখ্রে। অসুম্না নবকিশোর অমসুং যামিনী অহিং অদু লেনখিরম্মী।

খুল্লাকপা অমসুং খুল্লাকপী অনিনা নবকিশোর অমসুং যামিনী মখোয় অনিবু য়াম্না নুংশিনা মচাদা মচাগুম লুনা হোৎনবীরম্মী। অদুগা মমাংভৈগীসু ময়ুমদা মী থুংলবা মতমদা হাওমক ওইরবসু খুল্লাকপা খুল্লাকপী অনি অসি, থুংলরিবা মীশিংবু য়াম্না তরাম তরাম তৌজরিবা মীশক ওাক্লি। অদুগা ইনাক-কৈরাকসু কাবক মখুজরিবা ইমুং অমনি।

# ১২শুবা মতাং

কয়সাম হাওখুন্দা, খুল্লাকপগীদা নোংঙাল্লগা নবকিশোরগা যামিনীগা মখোয় অনিনা খুল্লাকপন্দা "ইপা! নহাক্কীদা নচা অনিবু মতম কয়াম কুইনা থম্বীদগে? ঐখোয়দি চান-থক্কবসু করি অমত্তা য়াওজররুকপা নত্তে। শৈশাসু লুপা তরামুক্তা ময়াওজররকই। অদুগা শেংন-ইন্নবা ইঁফি-ইঁরালগসু ইছা-ইছাদা পক্কিবা অসি মখেনা লোইজরে" হায়না হংজরম্মী। অতুগা খুল্লাকপনসু "ইচাশা! নখোয় অনিবু কয়া কুইনা লৈনিংবগে? লৈনিংলিবা মতম মখে অদুম ইপাগীসিদা লৈজবা য়ানি। অদুগা চান-থক্কবা চেং-চাক শেংনা ইন্নবা ফি-ইরোল পুম্নমক ইপানা শোইদনা পিনি। অদুনা শেল থুম অমসুং ফি-ইরোলগী মরমদা কন্নিমতা ৱাক্কনু। অদুগা হয়েং মতম অমদা ইপাখোয়গী অসিদা অহুম কন্নিগুম্বা লৈবা য়ারক্তবা থোক্কবসু ইচা অনিগীদমক অতোপ্পা মফম অমা য়েংদুনা ইপানা নুংঙাইনবা শিনবীনি" হায়না খুম্নম্মী। খুল্লাকপগী ৱা তাবদা নবকিশোর অমসুং যামিনী ওমখে লৈতনা হরাওরম্মী। অতুগা "অহ্নদি, কয়া য়াম্না নুংঙাইজরে ইপা! ঙসিদগী হৌনা নচা অনিমক হাওফি শেংজুনা ইসাগী থবক শুবদা খক্তিক মতেং ওইনবা নোমজরগে অমসুং মতুনা ইমা-ইপা অনিগী লমন শিংবা ওইজগে। নচা অনিগী ইথৌ পিবীয়ু" হায়না খুল্লাকপা খুল্লাকপীদা হায়জরম্মী।

নবকিশোর, যামিনী অনিনা মপুক্লিং ওল্লক্তুনা হাওফি নিরকপা অমদি লোইবী চীংজাওদা থবক শুরগে হায়রকপা ব্রাহ্ অসি তাবদা কসোমগী খুল্লাকপা খুল্লাকপী অনি অতু মমিৎ মমিত্তগী মপি তাখিবা খঙহৌদে। অতুদগী খুল্লাকপনা "ইচাশা! নখোয় অনিবু কনাগুম্বনা উরগা নশক খঙদনবা ইপাখোয়গী হাওফি শেংকে হায়বদি মশেৎনু। অদুগা থবক শুগে হায়বা অতুদি ওনুদা, মুংঙাইনা লৈজো ননাৎ নত্তে ব্রাহ্নিং; ইপাখোয়দি ওমল্লবা চীংমায়দা অয়াম্বা মতমদা চৎতুনা শুরুই" হায়রকই। মতম অতুদা নবকিশোর অমসুং যামিনী মখোয় অনিনা খুম্নকই। — "মতুনা থোইনা পামজগ্রে ইপা! নচা অনিগী পুন্সি অসি য়ারবদি ইপাখোয়গী নরক্তা তিন্দুনা অসুম লেঞ্জরগে খঞ্জরবনি।" অতুদগী "হোয়, হোয় ফরে, ফরে। ইচা অনিনা পামতা তৌজো" হায়রদুনা খুল্লাকপা অমসুং খুল্লাকপী অনিনা মখোয়গী ফিরুবাক্তগী তরু তরুবা হাওফি থরা পুথোক্লক্তুনা নবকিশোর অমসুং যামিনী মখোয় অনিদা "সে, সে, ইচাশা! ঙসিদগী হৌনা ইচা অনিনা পামজবগী মতুং ইন্না ইপাখোয়গী হাওফি অসি পীরবনি, হরাও হরাও শেজ্জরোকো" পীবিরম্মী! অদুদগী নবকিশোর অমসুং যামিনী মখোয় অনিসু খুল্লাকপা খুল্লাকপী অনিদগী "য়াম্না নুংঙাইজরে ঙসিদি, নচা অনিনা পামজবা থুংজরে" হায়দুনা হাওফি অদু লৌরদুনা মখোয় অনিমক হোংদোক্লখিরম্মী। মতম অদুদা খঙহৌদনা নবকিশোর অমসুং যামিনী অনিমক মপুক্লিংদা অনৌবা য়পোক অমদা অমুক নাংওনলেকো হায়রনা খজুবদা মমিৎ মমিত্তগী মপি চদুম চদুম শিন্নখিরম্মী!

অদুগা চেং-চাক কোল-লিক পুথোক্লজ্জুনা "ইচাশা! নখোয় চাক লায়্রিনি। কোল অসি পুদুনা ঈশিং খোংদগী ঈশিং থরদং শোকলুরসি। ঈশিং খোংসু পংলাপ লাপ্তে, অসিদা উরিবা লোক অচৌবা অসিগী মহাদনি; ইপা তাক্লে হায়্রদুনা অরাং পাংনা অশোওবা উরক অমদা লগী মচা অমগী মতুংইন্না নবকিশোর, যামিনী অমসুং খুল্লাকপা মখোয় অহম অদু কুমথমিন্নখিহ্রুনা চীংখাদা লৈবা ঈশিং খোং অমদগী কোলশিং অদুনা ঈশিং শোক্‌কৎহুনা নবকিশোর যামিনী অনিমক ঈরু-মাইথজরে। অদুগা অমুক কোলশিং অহু ঈশিং থন্না থন্না শোক্লহলগা কাখৎমিন্নরকই। অসুম কাখৎমিন্নরকপদা খুল্লাকপনা নবকিশোর অমসুং যামিনী মখোয় অনিদা "ইচাশা! অহুগনে করিগুম্বা মতমদা ঈশিং খোংদা চাকথোং-কোল অমু-অরাক্লচিংবা থক লুপশিন লাকশিন্নুকো। লাইগী ব্রায়েনগী মতুং ইন্না ইপাখোয়গী চীংজাওগী লমদম অসে শা লাক্লনি। অদুগা উশা য়াম্লগা চিংদুনা পুবগাসু য়াদেকো হায়্রনা তাকপীরম্মী। মতম অহুদা নবকিশোর যামিনীসু "হোয় হোয় ইপা! নচা অনিদি করিসু খওজবা নত্তে। ইপাখোয়গী অসিদা তৌহৈদবা য়াদবা মরম পুম্নমক নচা অনিদা হেক হেক তাকগীয়ুকো ইপা" হায়রম্মী।

অদুদগী নবকিশোর, যামিনী মখোয় অনিগী চাক তোওাম্না থোংজহুনা ওস্তানা নুমিৎ মাল্লোল মম্নাই য়ৌবা মতমদা অয়ুক্সী চাক চামিন্নখ্রে। অহুগা অমুক মখোয় অনিনা থোংন-খাক্লরুবা কোল অমু-অরাক অমসুং পুখম তেল্লোংনচিংবা অদু নিংথিনা ফেংদোক-চামখোজুনা তরু তরুনা থম্লম্মী। অহুদগী ভাইহাক

তাইহাক পোত্থারগা খুল্লাকপগী য়ুমগী থবক অকুপ-অতা নোম্বদা মতেং পাংলম্মী। অহুদগী নুম্নিদাংব্রাই য়ৌশিল্লক্লতুনা নবকিশোর অমস্তুং যামিনী মখোয় অনিনা মখুৎতা কোল অমমম পাইনরতুনা ঈশিং খোংদগী নুংদাংগী চাক-ঈশিংগীদমক অমুক ঈশিং শোকমিন্ন-রুক্তুনা থম্লম্মী। অদুগা নুমিৎ তাশিল্লক্লবা মতম অহুদা থোইদোক্লা যামিনী অসি মপুক্লিং নুংশি—মুংওনবা পোকখিরম্মী। মরমদি ঃ— মহাক্কী ময়ুমদা মুমিৎ খুদিংগী য়াচংবগী ধুপ থাওমৈ কৎপা মতম অহু নিংশিংলম্মী।

অসুম্না নবকিশোর অমস্তুং যামিনী মখোয় অনি অসি নুমিৎ অসিদগী হৌনা হাওফি শেৎতুনা কসোম চীংজাওগী হাওখুন্দা লৈবা হৌদ্রে। অওকপনি! কয়াদা নিংথিগ্রবা! তমগী পোম্বী চেক্লানা অৱাংবা লোইবী কসোম চীংজাওদা মতু শোন্না কায়দোংগ্রিবসে।

অহুদগী অমুক মতম থরা লৈরগা, নোংমদি নুমিৎ তারমদাইগী মতমদা কসোমগী নোংচুপ থংবা চীংমায় নাপোম অমদা যামিনীনা মতোমতা মহাক্কী পোক্লফম লমদম তম্পাক্লোমদা মমায় ওন্দুনা ফম্লগা মমিত্তা মপি ঈরা তরং তরং চেন্না, জিরি শিংজিবা মালংবা মুংশিৎ মরক্তা মহাক্কী শম্লাং ময়াম অদুসু ইফা-ফানা চোইরদুনা ঈশৈ শক্লম্মী!

ঈশৈ

কায়নরেদো হন্দক 'পোক্কী
মুংশিরবা ইমা ইপা,
নুংশিরবা ইবুং তরেৎ,
চৎনবী পম্না খনখিবনা!
শেৎনরেদো পুন্সি 'সিগী

চান্নরবা খোইনৌ' মরুপ।
তামথ্রেদো ইনক নক্না
পোইরৈ মৈতৈগী লমদমসু
অসিরা, নুংশিগী লৌচিং ?
অব্রাংবা লোইবী কসোমদা।
কোনবীয়ু চেৎনা নচাওম
নুংশিবী ইমা কসোমও !

নবকিশোরসু যামিনীগী ঈশৈ অসি খজিত্তং লাপ্তুক্না উপাল অমগী মখাওদা ফমদুনা তারম্মী। অদুদগী খওহৌদনা মহাক্কী মমিৎতগী মপি শিন্থখিরম্মী। অদুগা ঈশৈ হেক লোয়রকপদা মপুক্কিং য়াম্না নুংশি নুংওয়া "যামিনী ! ওসিদি, কসোম চীংজাওগী নোংচুপ থংবা চীংমায় নাপোমগী দৃশ্য অসি ফজব্রা ? ঐসু ওসাই মখৈ দৃশ্য অসি য়েংদুনা লৈরিবনি। য়েংউ, চীংমায়সিদা নিংথিরবা তাওজিং হৈরাং কয়ামুক পাল্লিবা; শীঙেল লৈরাং কয়ামুক শাৎলিবা; মনা পুংনা ব্রাংলবা পামেল উজাও কয়ামুকসু হৌরিবা অমসুং লোকপানদা ব্রাপল–উপম্না শুক্লিবা, অদুগা লূরবা চীংজুম লাইজনা নাপোম লোকশা খুদিংদা চেল্লিবা ! হায়নিংঙাই লৈতনা ফজবা, নিংথিবা পুম্নমক্না তিনথ্রে" হায়রকই।

মতাংসিদা যামিনীসু "অহোই, য়াম্না পুক্কিং শুম্মৎনা ফজৈ। মহৌশা লাইরেম্বীগী খুৎশেম অসিদা করি অমতা অব্রাৎপা অমসুং পেন্দবা লৈতে ! অতুগা মতমসিদা ইবুংঙো ! অমুক নিংথিব্রবা, ফজব্রবা দৃশ্য পুম্নমক অসিনা ওসিদি পুক্কিংদা অব্রা নুংশিগী মৈচাক অমতংদি খওহাপ হাপকৎলকই" হায়না খুম্লম্মী।

য়েংবীয়ু! যামিনী হায়বী নুপীমচা অসি ঈশৈ শকপী অমদি নত্তে। অদুবু মতম অসিদা মপুক্কিং নুংশিরকপা অমদি ৱারকপগী মতুংইন্না হেক্তা ইথও খওহৌদনা ৱাহৈ অমা অনিদং ঈশৈ ওইনা মখোল থোক্লা শক্তোকল্লে। শক্তোকখিবা ঈশৈগী ঈপোম অতুসু অতুম লোইবী কসোম চীংজাওগী নোংচুপ থংবা চীংশাং নাপোমগী নীংথিরবা চীংমায়গী ফজত্রবা দৃশ্য অদুদা তিনখিরম্মী।

---

# ১৩ শুবা মতাং

নবকিশোরগী অমসুং যামিনী মখোয় অনিগী ঈ-পাও তাখিদবা মতম চহি অনা ফাজিল্লে। মখোয়গী মমা মপানা মচা মচাগীদমক খল্লুবদা অৱাবগী শকত্তা ওইদুনা য়াম্না ৱানা মতম লেপ্লি। মতম অসিদা কবি অমুক হায়গনি; থৌদোক অসিদা থোইদোক্লসু যামিনী হায়বী নুপী মচা অসিদি মবুং তংরেংকী অরোইবদা মতোমতা তাওনা পোকচবী মমোম অমনি। নুংশিরবা মথোৎ কারকপা মতমদা মরুম মরাং খওদনা মাওত্রবদা মমা মপাগী কবি ওইফম থোকপগে। শেৎ চাবসু লায়রবনিনা মনীং থুংহনখিদ্রে। অমরোমদা নবকিশোরসু মচন অমগা মহাক্তগনা লোইজরবনি! মতম অসি ফাওবা যামিনীগী মমা রাধেনা মীকপ থোক্লকপা খুদিংদা হেক

হেক হৌগৎতুনা নিঙোল কাদা থারিবা ফমুংদা মমোম যামিনী লৈরা হায়দুনা ইতভত্তনা মাদুনা থিজবা তোকক্লিবনি। নবকিশোরগী মমা কবোক্লেসু অসি মঙাই। অদুগা অউ অউবা মী পুম্নমক্তা মপারী মমোমগী ঈ-পাও হংতুনতা লৈরিবনি।

---

নোংমদি কনাগুম্বা লৈত লায়রগী হঙৎ-হন্দা কসোম হাওখুলদা চৎপা নিপা অমনা "চহিমুক্কী মমাংদা পাখঙ অমগা লৈশাবী অমগা কসোম চীঙ্খোঙলোমদা নুংখিল কৈথেল কানবা মতম পুং অহুম মরিরোম তাবগী অদুব্রাইদা চৎমিন্নখিবা উহৌই" হায়না নবকিশো… অমসুং যামিনীগী মমা মপাদা পাউ তম্লম্মী। খুদক অদুমক্তদা যামিনীগী পাবুং স্নাজাওসু নোংমা নোংঙানগদবা মতম পুং অনি-রোমদমক মঙাইশিল্লক্লবা; মচা নুপী যামিনীনা মংখায় পুন্নমকপু থাদোক্তুনা চৎখিবগী অহিংদা মহাক্কী মঙলান্দা ব্রাংগ্রবা চীংজাও অমগী ভমখ্রবা চীংমায় নাপোম অমদা হাও পাখঙ অমগা হাও লৈশাবী অমগনা পাম য়ানবা; মরক মরক্তা গমিত্তগী মপি চতুম চদুগ তারতুনা মৈতৈ তম্পাক্লোমদা য়েংথরকপা; অতুগা মপুক্লিং য়ায়া নুংশি-নুংশিনা থম্মোয় শোকপা ঈশৈগাসু "চাক্তারিদো লোইবী চীংদা পাইরক্তুনা লমদম তাম্না" অসিনচিংবা ব্রাহে খরদং হায়দুনা হেক শক্লকপা, মতম কুইগ্রবা হৌগ্রবা মঙগী ব্রাবু ইনৌ নৌনা নিংশিং-লক্তুনা ময়ামদা লীরম্মী অদুদগী থাজবগা লোয়ননা থীন্দনা নবকি-শোর অমসুং যামিনী মখোয় অনিগী খোঙ্গুল লীবা কসোম হাওখুল তম্না চৎনখিরম্মী।

কসোম হাওখুন্দা নবকিশোরগা যামিনীগা মখোয় অনিগী খোঙ্গুল লীরক্লে হায়বা পাউ অসি তারদুনা কসোমগী খুল্লাকপনা মহাক্কীদা অদুম থম্লবদি খওলকপসু য়াই হায়না খল্লদুনা নবকিশোর যামিনী অনিদা "ইচা মুপা! ইচা নুপী! করম্নো ইচাশিংগী খোঙ্গুল লিরক্লে হায়বা পাউ অমা ফংলে। অদুনা থম্লাংদা থৈবা তারক্লেনা" হায়না হায়রকই। মতমসিদা নবকিশোর যামিনী অনিনা কসোমগী খুল্লাকপা খুল্লাকপীদা "ফরে ইপা ইমা! চৎপা তারেদনা। নচা অনিবু ফংহনবা য়াবা মতাং নত্রি" হায়না হায়জরম্মী! অদুগা "আঃ কসোম কৌবী লমনুংশি! হো পলেম শক্লা নাওকোনবীরক্কবী চীংনুংশি! ওসি, নচা অনিবু মতম থরগী কায়নবা তারে" হায়না হিক্লা হিক্লা কপ্লদুনা কসোমদগী কায়না য়াথং লৌজখি। অদুদগী খুল্লাকপনা লোইবী চীংশাং লাকপগী য়াথং লৌরগা অমুক অদুম চীংনুং অদুদা খোংজাই হাওখুল কয়ামুক লাম্থোক্তুনা অয়ুক চাকচামাও অমগী লম্মী চৎলগা লৈবা "থম্লাং" হাওখুন্দা নবকিশোর অমসুং যামিনী মখোয় অনিবু পুদুনা মহাক্কী মরুপ, থম্লাংগী খুল্লাকপা তাংখুল হাওবা অমদা মখোয় অনিগী য়ারী-য়াখোং নীংথিনা লীরগা "নচাশিংগী পান্দমগুম য়াম্না নুংশিনা থম্মীয়ু, ইতাও! ঐসু মরক মরক্তা হেক হেক লাকচগে" হায়না শিন্নবিরম্মী। অদুগা থম্লাং হাওখুলগী খুল্লাকপা অদুসু হরাও হরাও য়াম্বিদুনা মচাশিংগী পান্দমগুম য়াম্না নুংশিনা নবকিশোর, যামিনী অনিবু থম্মিল্লে। অদুগা ওসিগা মওনি গুবা নুমিত্তা থম্লাংসু হরাওগনি। ইতাওগা ইচলগসু লাকপীয়ুকো। ওসি শিন্নরিবা ইচানুপা, ইচানুপী অনি-মকসু ঐখোয়গী থম্লাং হরাওবা য়াওহনগনি" হায়রকই। কসোমগী

খুল্লাকপস্ু "ক্ষগনি ইতাও ! য়াম্না নুংঙাইজরে ! নচনস্ু পুরক্কনি। ইচা অনিবু হয়াওবা শোয়দনা য়াওহনবীয়ুকো" হায়রম্লগা অহুম তম্না হনগ্রে। অহুদগী মঙানি গুবা নুমিত্তা খয়াংগী খুল্লাকপা অমস্ুং খুল্লাকপীনা লমজিংহুনা অতে ফম্নাইবা-ফম্নাইবী চীংশাং লাকপা, পাখঙ লাকপা, নিঙোল লাকপীনচিংবী কয়ামুক্ক। লোম্ননা ক্ষজনা খয়াং হয়াওখি। মদুদা নবকিশোর, যামিনী অনিস্ু হয়াও জগোই, ঈশৈ নিংখিনা থোকখি।

মতমদুদা যামিনীনা মখাগী য়াহৈ খরসি মপুক্লিং য়াম্না মুংশি নুংঙম্না পিরাং পিরোইননা শকখি। মহুদা খয়াংগী খুল্লাকপা খুল্লাকপীনচিংবী ফমনাইবা, ফমনাইবী ময়ামনা পেল্লহুনা হয়াও নুংশি য়াম্নমা মতীক ওকপা খুদোল মনা ওইনা হয়াও হাওফি অমমম পিবীখি।

ঈশৈ

ইপাম লমদম য়েংখিবদি,
লোইবী চীংনবু খনখরে।
অহাংবা লোইবী খম্লাংদ'
নুরাগী পুক্লিং মুংওল্লি।
কসোম খম্লাং চীংমায়দা
পোম্বী চাক্কাও তমম্রবোই।
মপুগী থৌজাল নোংদমনা
হুন্দক মপোক লাংওনগী।

ওন্থোকপনি ! লমদম য়াম্না থাপ্না লোইবী কসোম চীংজাও তান্না মুমিৎ হুম্নি মরিনি চঙনা চৎলে। তৌইগুম্বস্থুং মখোয়গী হাওখুললশিং অদুদা লৈরিবা চীংশাং লাকপনচিংবা হাওন্নাম নুপা মুপী কনা অমতনা নবকিশোর যামিনী মখোয় অনিবু হংলুবদা খঙই উই হায়খিদ্রে। "খঙদে উদে, তাদে লাক্তে" হান্নন্না ঙাক্তা পাউখুম পীরকই। অদুদগী তৌনিংঙাই লৈরদুনা খোঙ্গুল লীবা চৎলুরিবা মখোয় খরা অদুসু নিঙবা কায়না অদুম হল্লক্লে।

---

# ১৪শুবা মতাং

লোইবী থম্লাং হাওখুন্দা মতম চহি অমা মথাইরাম লৈরগা নবকিশোর অমস্থুং যামিনী মখোয় অনিগী মমিত্তা মুংশিরবা মপারি নাবা অমা উবা ফংজরম্মী। মতম অদুদা লোইবী থম্লাং চীংজাওগী খুল্লাকপা অদুনা মখোয় অনিদা দমক য়ুম মচা অমা তোঙান্না শাবিরে অতুগা অতোপ্পা পাম্লৌ চীংমায় অমসু পিবীরে। অদুদগী নবকিশোর যামিনী মখোয় অনিসু চীংদা তোংবা চীংমী হাওগুম্না অঙমবা চীংমায় পাম্লৌদা পাম য়াম্দুনা থবক শুবা নীংথিনা হৈজরে। মতম অতুদা নবকিশোর অমস্থুং যামিনী মখোয় অনিনা খুমলাংগী খুল্লাকপদা "ইপা ! নচা অনিস্থু নহাক মখে ইপাখোয়গী হাওফি অসি শেৎতুনা অমদি নচেং চাতুনা পুক্নি অসি লেল্লক্লে। অতুগা

হৌজিক্না নচাদ নচাওম থনবিতুনা ইমুম অমা তোঙাম্না শাখিরে। পামলৌ চীংমায় অমসু তোপ্না শরুক তম্বিরে। হৌজিক করি অমুক ভৌরুরনি। নচা অনিগী ইমিং অসিসু ইপাখোয়গী মিংদা হোংদোক-পিরো। পুন্সি অসিমগী ইপাখোয়বু থাদোকতুনা মফম কদায়দা অমুক চৎনিংঙাই লৈজদ্রে। ইপা ইমা শকতুনা অসুম লৈজরঃগ" হায়না হায়জরম্মী।

নবকিশোর অমসুং যামিনী মখোয় অনিগী মপোক অমদা লাংওন দেনি শুরগে হায়বগী মরাহে তাবদা লোইবী থমলাংগী খুল্লাকপা খুস্রাকপী অনিগী মপুক্লিং য়ায়া নুংশিবা পোকখিরম্মী অমসুং খঙহৌদনা মমিত্তনী মপি তাখিরম্মী। অদুগা খাম্বা য়াররোই থমদুনা "ফরে ফরে, ইচা অনিনবু পানন্দি" হায়তুনা লোইবী কসোন চীংজাওগী মতাও খুল্ল কপা কৌরুদুনা "নবকিশোর অমসুং যামিনী মখোয় অনিগী মমিং অসি হোংদোকতুনা করি হায়না থোল্লগা পরুচগদগে" হায়না থম্নরম্মী। অদুদগী ভাইহাক থম্নরগা খুল্লাকপা অনিনা নবকিশোরবুনা "অমেবা" হায়না কৌদ্রে। অদুগা যামিনীবুনা "শঙনু" হায়না থোনম্রে। অসুমনা মুনিৎ অতুদগী হৌনা নবকিশোর যামিনী মখোয় অনিগী কোলোয় মিংজেন হোংতুনা থাঙ্গে শেংনা থমলাং হাওখুনদা থমলাংগী হাও ওনম্রে। অদুগা মখোয় অনিগী চাবা থকপগী মরমদি অতে হাওশিংগুম্না থোইদোক্না চিঞ্জাক কামলমদে। তরু-তরুনা মমাংঙেওম অতুম চা-থরম্মী। তৌইগুমসুং কেথোক-মৌম্নোকপগী লম্মীদা — চেংহি উতিগাদি মহৌশাগুম্না পংতোম্ন তোম্নুনা লুখিদ্রে। মশম-মনা থাও তৈখিদ্রে। মকোক মরু শমজেৎ পংনা হাৎখিদ্রে।

কনানা খুওগনি? নবকিশোর, যামিনী মখোয় অনিগী তায়বওপান অসে। অসুম থোক্লগনি খুওলমা নত্তে অমস্তুং মমৈদা করি অমুক ওইরকখিগদগে হায়বসু খুওদ্রি। অদুগা অওইবমক মখোয় অনি অসি মমা মপাবু নুংশিবা থাদোকখ্রবরা? মরূপ মপাং অমদি পোক্লফম লমদম কাউথোকখ্রবরা। মসি পুম্নমক খল্লুবদা অমম্বনি।

মতম খরা লৈরগদি নবকিশোর যামিনী অযুক্কী চাকওন চারগা থা অহুম মরিতা মগুরিবা, চাওদ্রিবা মপারী নাল্লা অদু হাওশম অমদা হাপচিল্লগা য়োৎ থাং খরগা পুরদুনা মখোয় অনিগী পাম্লৌ চীংমায়দা থবক শুবা চৎমিন্নখিরম্মী। হায়রিবা পাম্লৌ অসি খম্লাং হাওখুলগী খুল্লাকপনা মখোয় অনিগীদমক পীবীবা চীংমায় পাম্লৌ অদুনি। মখোয়না লৈরিবা য়ুম অদুদগী পৌল্লামুক্কী অশাং-বদং চৎলগা অত্তুম মলৈরে। চীংছাস্তু অমতনি। থোইনা পংলাপ লাপ্লবা নত্তে। অত্তুদগী পাম্লৌ য়ৌরগা মনা পুংলবা উ পাম্বী মচা অমগী মকমদা হাওসম অদু থারগা মপারী নাল্লা অদু হাওসমদগী লৌথোক্তুনা যামিনীনা মতম্পাক্তা পমলে; অত্তুগা খোমলাং মবুক থম্না পীথক্লগা অমুক হাওসমদা হাপত্তুনা শুম্বিরম্মী। অত্তুদগী মখোয় অনিমক য়োৎ অমমম পায়রগা "হোই" লাওত্তুনা পামলৌ য়ানবা হৌদ্রে। পামলৌ অসি য়াম্না ওম্না অল্লাংবা চীংমায় পাম্লৌনি। অত্তুবু মরক মরক্তা খুল্লাকপগী মতেং ওইনবা হায়ত্তুনা খরা খরা য়াওরকপা মরম্না অওম্না চীংমায়দা থবক শুবা অসি নবকিশোর যামিনী অনিদা অদুক হাক্লা কোইরমদ্রে। নীংথিনা হৈনম্রবা মনাংতুম ওইদ্রে। হায়রিবা মতম অসি শারবা কালেম্বানি।

ওমগ্রবা চীংমায় নাপোম পাম্লৌ অদুদনা অমুক্কা হেন্না শাগ্রে। অদুবু মতম অদুদা মখোয় অনিমক হুমাং তপ তপ তানা থবক অহৌম শুরম্মী। মরক মরক্তা পাম্লৌ য়াম্না য়াম্না মমায়গী হুমাং অহূ তৈথোক্লগা মখোয় অনিগী পোক্লফম লমদম মৈতৈ তম্পাক-লোমদা মমিত্তগী মপি চহূম চহূম তানা হেক হেক য়েংথরকই। অদুগা যামিনীনা মপুক্লিং য়াম্না নুংশি নুংওন্না থম্মোয় শোকপা ঈশৈগাসু অসুম্না হেক হেক শরুকই।

ঈশৈ

চাকতারিদো লোইবী চীংদা,
পাইরক্তুনা লমদম তাম্না!
থনগ্রেদো পোক্লফম লমদম,
অল্লাংবা চীংদোল অমনা।
উখিদ্রে অমুক পোক্লফম
লোইরেকো পুন্সি 'সিমগী।

যামিনীগী ঈশৈ অসিদা নবকিশোরসু য়াম্না মপুক্লিং চংনা লেপতুনা তারম্মী অমসুং মমিত্তগী মপি চদুম চহূম শিম্থরম্মী। অদুদগী ঈশৈ লেপগ্রবা মতমদা "যামিনী! ওসিদি, নং ঐগী নৌনা মথোৎ কারকপা পুন্সিদা থোকখিবা হৌগ্রবা মতম কুইনগী থৌদোক অমবু ঈনৌ নৌনা নিংশিংলক্কে। নহাক্তি কাওগ্রবরা? অদুত্তৈ শ্রীপঞ্চমী নুমিত্তা 'কাইনা' খুরুম্বা চৎপদা লোইবী লিশম লোক্কী চীংদোন্দা অল্লা পোথানরিত্তৈ; অতোপ্পা পোইরৌগী চীংমায়দা পোইরৌ হাওশিংনা হোই লাওতুনা খুৎলং পাম্লৌ য়ানবা উবদা থওহৌদনা নং ঐগী মিৎতগী পি তাখিবদো!" অরেম্বদা তাখিবা

পি ওইরমদ্রে। তুংদা থোক্লগদবা, মতম অতুদা খুদমগী মশক ওইনা মম্বি তঁমগ্রবনি। মদুবু নং ঐনদি করিসু খওলমদে; মওঙ্গা থোক্লম্মী। চুম্নগী পুক্নিং নুংশিরক্তুনা তাখিবা পিনি হায়না লৌরম্মী। হায়না হায়রকই। যামিনীসু মতাং অদুদা নবকিশোরগী ম্রাহৈশিং অসি তারগা অহোইনদুম মম্নিৎতগী মপি চদুম চদুম অমুকসু ঙমগ্রবা খয়াংগী পাম্লৌ চীংমায় নাপোম অদুদা তাখিরম্মী। অদুগা অসি হায়না খুম্নকই। —ইবুংঙো! য়াম্না চুম্মী; ঙসি ইবুংঙোনা হৌদোক-পিরকপা অসিদা ইনৌ নৌনা নিংশিংজরক্কে। অদুবু করমদি তৌনি চীংভু থোইয়ুম লাইগী খুৎশিননি।” অসুম্না নবকিশোর, যামিনী অনি অসি পাম্লৌ য়াম্লম্মদগী ঙাইহাক ঙাইহাক্তং গোথাবা ওইনা হৌখিবা মমাংঙৈগী য়াবু নীংশিংনরম্মী। অতুদগী উখা উরুমদা চঙতুনা পোথাপোৎ খরা খরদং চানরগা হান্নগুমনা মঃখায় অনিমক মথৌদা অমুক মমায় ওনশিনখিরম্মী।

ও ঃ মতম অতুদা নবকিশোর অমসুং যামিনী অনিসিবু অউবা অমদি অথঙবা কনাগুম্না ম্লাওরবদা নুংশিবিরোইদবা করি লৈবগে? মথোয় অনিগী মরাইবক্তা অসুম থোকউ তমগ্রবোইদো! কালেন থাগী শারবা নুমিৎকী মৈশা খাঙতুনা অঙম্না লোইবী খয়াং চীংজাওগী নাপোমদা।

অতুদগী নুংথিলগী পুং মরিরোম তারকপা মতম অতুরাই ক্ষাওবা খয়াংগী ঙমগ্রবা লোইবী চীংমায়দা থবক য়াম্না য়ানা শুমিম্নরম্লগা মখোয় অনিমক মচা শুম্লিবা মকম অদুদা চঙম্নিম্নগ্রে, অতুগা যামিনীনা ঙাইহাক্তং মচাবু থোয়াং পিথক্লে! অতুগা অমুক মপারী নাম্বা অতুবু হাওসমদা হাপচিল্লগা মনক্লম্না পোম্নহল্লে অমসুং

নবকিশোরস্থ মথোয় অনিনা থবক শুবগী খুৎশু-খুৎলাই য়োৎ-থাংনচিংবা অদু মরেংবান্দা থোক্সংলে; অক্নদগীদি মথোয় অনিমক লোইবী খম্‌লাং চীংদোল লোয়্না কাখৎমিন্নগ্রে; অদুগা অমুক অতোপ্পা চীংমায় নাকল অমদা হায়খখিত্নুনা ময়ুমদা হনখিরম্মী। ময়ুম য়ৌবদা মতম অত্নু, অঙম্বা চীংচেপ্তা য়ায়া থেক্কা কোইনা অকা-অকুমগী লম্বী ওইনা চৎপনা নুমিৎ তাবুম তাবুম তারকপা অত্নুম ওইনা খোকখিরম্মী।

মতাংসিদা নোং-চীং থাংদবা, লৈচিল-নোংফাই শেংবা অয়ুক নুংথিলগী মতমদদি লোইবী চীংলোন মাপলগী য়াং চাউরবা চীংছা ওইরীবা লোইবী কসোম, খম্‌লাং চীংজাওনচিংবগী চীংদোনদগী থা নোংপোক মৈরম পাংনা য়েংলবদি, (য়েংখিবদা) অক্সা লৈবাক্সী (কবো তম্পাক্সী) লমদম পোইরৈদা রেঙ্গুল তান্না চেনখ্রিবা পাক চাউরবা "নিংথি তুরেল" অচৌবা (ইরাবতী) অমসুং য়াং চাউরবা শাংলবা "জঙ্গো চীংছাং" গী পরেং অদুগা "নিংথি তুরেল" তাখ্রিবা তরেৎ লোক, ঈচেল কল্লবা চাউরবা "তরেৎ মাক্লং তুরেল" নচিংবগস্থ থোইনা পংলাপ লাপ্তুনা ইওাল ভান্না অদুম তশেং তশেংনা হেক্তা উখা ফংলম্মী।

অচুম্বা জমরোমদা পোইরৈ মৈতে সনা লৈবাক্সী তম্পাক্সী লমদমদি লোইবী চীংলোন মাপলগী চীংছা নাগোম কয়ামুক্কা অস্তুম মরোল মরোল থনখিবনা উখা তমলমদে। ইনক নক্কা তামখিবা লৈরুবাক লমলেন ওইখিরম্মী হায়থসিস্থ নবকিশোর যামিনী অনিমক মতম ডাহি কুম্মলাং কয়ামুক চুম্না লৈরক্কখনিনা অত্নুম মখণ্ডলম্মী ।

# ১৫ শুবা মতাং

নবকিশোর অমসুং যামিনী মখোয় অনিগী লৈক্ষম চাক্ষম অমদি মওং-মতৌ খংখিদবা মতম চহি তরামুক শুজিল্লক্লে। কৈরোই-লৈকাইগী মী পুম্নমক্না মখোয় অনিবু কাউখ্রে। অদুগা মখোয় অনিগী মমা মপাশিংতনদি কুইর কুইরগা কাওরকপগী মহুৎ নোংমা নোংমগী মথক্লাই চাক্লকপা অসুম অসুম হেল্লংলম্মী। করম্না মতমদা মচাশিংগী মছুক অমুত্তং উবা ফংলখিগদাগ? চীংবুরোই তম্বুরোই মফম থাওদ্রে। শিখি-নাখিরম্লগদ্রা হায়বসু থাওদ্রে; করি মতৌ কৌবগে হায়না মপুক্কিং অমস্তুং রাখল পোথাবা য়াদনা মমিৎকী মপি কংদনা য়াম্না রানা কপতুনা লেপ্লি। অদুগা করিগুম্বা মতমদসু অহলগা ওইশিল্লকপনে, মচাশিংবু অদুম উবা ইফং ফংদনা শিখিবনা হায়লগদ্রা হায়নসু থল্লকই। থোঁদোক অসিদা থোইদোক হেন্দোক্লা যামিনী অমদি নবকিশোর মখোয় অনিগী মমা মপানা মপারী মমোম্বু উখিদবা নুমিৎ অদুদগী হৌনা লৈক্ষম চাক্ষম থওদনা অমস্তুং তুম্বা হিপ্পা চংদনা মপারী মমোমগী থুংশিনবগী মৈচাকনা তাওদুনা কপতুনতা রানা লেপ্লক্লিবা অসি কনানা অমুক তমথুনা থোকপা নত্রে।

ওস্তোকগনি। মপাল নাইদ্রবা তায়বওপাল অসিদা ওস্তবা মচাদি কয়া কয়াসু লৈকো অদুগা মমা ফত্তবদি অমা ফাওরা .লৈতে। ওাওরবা ফাওবদসু মচাবু নুংশিবদি থক থাদোক্তে। মচা মচাশিংনা অদুক্কী মতিক ওক্ষকল্লগা মমা মমাশিংনা অদুক্কী মতীক চাং হেন্না হেন্না মুংশিরকই অমসুং ব্বারকই। অসুম্না মমা খুদিংমক্কা মচা মচাবু মুংশিজবা অসি শিবা ফাওবদা কনানা শরুক অমুক থাইরমক্লে!

মতম অসিদা থওহৌদনা নোংমদি, যামিনীগী মমা রাধে অসি মমোমগী অরা-নুংশিগী মৈচাক্লা লৈফম থওলকল্লদুনা অওাওবিগী পান্দমওম মমোম যামিনী থ্নিরবনি হায়তুনা পংচন্না চৎখিরম্মী। অতুদগী য়াম্না থাপ্পা চৎস্রগা নুমিৎ তারমদাইগী মতমদা অশোওবা চীংমুং মাননুং ওইনা তৌবা নারক মোংশোং অমগী মমুংদা চও-খিরম্মী। মতম অতুদা হাও-নাই ওইনা তৌবী মোক্তাই চুদাইনরবী লাইনিংবী নুপী মৌ নহাওম্বী অমনা অশোওবা নারক মোংশোং অতুগী মনুংদা মশা য়াম্না লোওলবা মনা পুংলবা উথা অমদা ফমদুনা লাই নিওলম্না থেংনরুরে। অতুদগী মনাক্তা চওশিনখিতুনা খজিক ওক্ষপনা "কনানো" হায়বেম্মা নহাকপু? নশক নতৌসু উবদা য়াম্না মুংশিস্রে। মফম অসিদা কল্লি তৌরম্লিবনো? ঐগী ইমোম যামিনী উব্রা? "হা চেংলৌ হেনবী! হায়না হংলুরে। মতম অতুদা হাও—নাই ওইনা তৌবী মোৎতাই চুদাইনরবী নুপী মৌ নহাওম্বী লাইনিংবী অদুনা মহাক্কী লাইনিওবা অদু কায়রতুনা "কনানো?" হায়না হেক য়েংখৎলম্মী। অতুগা "এঃ ইমা নংদি য়াম্না ব্বানা উরেদা! কদাইদগী লাকপনো? শোওলবা নারক

মোংগোংদ অসিদা মরম কারনগী য়োরিক্লিবনো ? হায়রু ইমা ! "ননীং খুৎহৎপা করি লৈরবগে ?" হায়না যামিনীগী ইমা "রাধেনা অহানবদা হংখিবা রাহং অদু নীংথিনা তাহৌদ্রদুনা হংলম্মী। তৌইওমসুং রাধেনা মহাক্কী কাউবা ওমজপ্রবা মখোম" যামিনীবু উত্রা হায়দুনা অমুকসু হংলম্মী। অদুদগী মহা অদু অমখাং চৎ-লকপগী রাবনা চোকথরদুনা "বম" লাওনা লৈমায়খত্তা হায়রথিরম্মী।

যামিনীগী মমা রাধেগী অরাবা মতৌ অদু উবদা "করিনো তৌরিবা অসিবু ! হায়না নুপী লাইনিংবী অদুনা নীংথিনা কোনখৎপি-রদুনা তপনা হৌগৎহল্লম্মী। অদুগা য়ায়া নুংশিনা "সে ইমা, নং য়ায়া রারে ! ঐ রা হায়গে তাও ! নুমিৎসু তাপ্রে, মমশিল্লক্লে। থেওপ্রে অমুক হনবদা রারনি" হায়রম্মী। মতম অদুদা রাধেসু রাখল লৌশিং থজিত্তং তারক্লে। অদুদগী নমোমগী মৈনা ভাওরবী ইমা! ঐ রা হায়রগে" হায়দুনা মথাগী রাহে থরা অসি হায়রকই।—

উবদা হায়ি রারিবদো
থওলকপগী মতম্না কোম্নি।
চৎখিনি অদুম ননাক্তগী
পল্লমোই কুইনদি মখোয়দো।
কেমখিনি ওত্তা মপুন্সিদো।
তৎন—খানবা লৈতনা 'দুমঃ
থয়য়গা 'পারী নরা 'মাঃ
লোইবা চীংজাও'মগী জতোন্দা।

[illegible],
[illegible]।

অসুম্মা লাইনিংবীনা হায়খিবা রাহেশিং অসি লোইবা ফাওবা রাধেসু ফমহনা অহুম তুমিন্না য়ামনা মুম্না তারম্মী। অহুনা "করিনো হায়রিবা অসিবু? ইমাদি করি অমতা খঙবা ওয়ড্রে" হায়রকই। মতম অহুদা লাইনিংবী অহুনা —"খঙলকরিনি ইমা! হয়েং মতম অমদা। থেঙঙনি হল্লো ঙসিদি; য়ুমদা চুংঙাইনা পোখারুরো। অদুগা চুনখিবগী অমীগদি খঙগদ্রা? ঐবু খিন্নুরা?" হায়রিঙৈ তাঙ্গা অদুদা নেংঙাক্কপগী চয়োই রাক্রেচিংবা উচেক রায়া খোংলক্কুনা যাম্মিনীগী মমা রাধে অসি মীকপ খঙথোক হেক থোকখিরম্মী।

অদুদগী ইস, ইস য়াম্না রারুরেদা ঐদি করিনো তৌরম্লিবা অসিদি" হায়দুনা রাধে ফমুংদগী হৌগৎলম্মী। মতম অদুদা মহা অদু য়াম্না চোকথরম্মী। অদুমকপু হপনা তপনা মপান্দা থোরক্কুনা মহাক্কী মংলাম্ন অহু গুমাংগী তুলসিপুংদা অফ—ফত্ত পুমনমক লীথোক্কম্মী। অদুগা মপুরোইবরা মাজাওদসু মমীক চুম্না তমলম্মী। মহুদা মাজাওনা —"মঙগী বাবু কনানা খঙগনি। মহুনা অফবা খুদমগী মশক ওইনি হায়বদি খক খাজদ্রে। হেন্না হেন্না নং ঐগী অরা—নুংশিগী মৈচারু য়াগকৎলকপা, মসি নত্তনা করি ওইনি? অদুনা কান্নদে রাধে! নং ঐগী মাইবক্তা তমথ্রবনি; রাগে হায়বমখে রারবদা শিবা ফাওবা! মতম অদুদা হেক লোইরে। তায়বঙপান অসিদা রানি [illegible] মতম য়ারিঙৈদা খরা কিনে। অদুগা

শিবগীদমক্তি কনাগী মতেং অমুক লৌদুনা শিগদবা নত্তে" হায়রকই মদুদা রাধেসু "খঙত্ত্রেদা করি মতৌনো তৌরিবা অসিবু ।" হায়রগা মথা অমুক তাখিদ্রে ।

*    *    *    *    *

অছুদগীদি অমুক মতম চহি অমা মথাই অনিরোম লৈরগা নোংমা অহলগী মতম ওইররুবা চারিবা অমনা ঈশৈ শরু শরুদুনা যামিনীথোইদা চংলরুম্মী। চারিবা অদুগী ঈশৈ অদু থোরানগী কোম্মোংদগী হৌনা মরোল অসুম্না তারম্মী।

ঈশৈ

ওইশিল্লক্লে অহলগী মতম,
কায়ররোই—'মুক রারুবগী
হৌখিবা মতম্না শাংখরে,
তুংগী লম্বীমা তেনশিন্নক্লে।
চৎখিনি খঙহৌদনা অদুম,
পাম্লম্লগা নোংমতং ময়ুমদা
নীংঙম্মক্লোইকো হৌত্রগা তুংদা,
লেলহৌনি পুন্সি কপতুনা।
তানবা ক্ষংলরোই মপোক'সিমগী
রাতুনা তোক্কনি 'রেম্নদা।
খঙহৌরসনু হে মীওইবা।
লৈহৌরসনু তুংগী কিদম।

চাক্লিবগী ঈশৈ অসি যাম্মিনীগী মমা মখানা য়াম্না পুক্লিং চঙনা তারম্মী ! অদুদগী রাধেনা মীরুক মচা অমদা চেং খরা হাপতুনা পুথোরক্লগা চাক্লিবগী চেংথাউদা হাপ্লম্মী। অদুগা পৈশা মরি লমসু কৎলম্মী। অদুদগী ঈশৈ হেক লোইরকপদা "বাবা! ওসিগী ঈশৈ অসি তাবদা পুক্লিং য়াম্না নুংশিগ্রে। ঈশৈ মনুংগী ঈচেনবু করি হায়রিবনো ? অমুক্তা শেংনা তাকপিরমউ" হায়না হংলম্মী। চাক্লিবা অদুনা—ইমা! করিবু ওইনি; মীওইবা নথোর ঐখোয় অসিবু হায়বনিমা" হায়না খুম্লম্মী। অদুদগী মপুগী মিংলেল শোল্ল শোল্লদুনা অমুক হনখিরম্মী।

---

# ১৬শুবা মতাং

নোংমদি, নবকিশোর অমসুং যামিনী মংগায় অনি অসি লোইবী খম্লাং হাওখুন্দা লৈরকপা মতম চহি তরামাথোই-তরানি-থোইরোম হায়রক্লবদা মপুক্লিং য়াম্না নুংশিনরক্লদুনা—'করি তৌরুরদগে হৌজিক ঐখোয়বু, মতম চহি তরানিথোই ফাজিল্লকলে, লোইবী চীংদা লোৎতুনা লৈমিন্নরক্লিবা। অতুগা মৈতৈ ইরোলসু ওাংথোক্লকপদা ইখোইখোইরে। ফিজেৎসু হাওক্লি চপ চানা শেৎলে। ঐখোয়বু কনা অমতনা অমুক শক খঙবিগদবা লৈত্রে। অতুমা পোইরৈ মৈতৈ তম্পাক অমুক্তং কুমলুসি; পোক্লফম লমদম য়েংলুশি।

অতুনা ময়েক্পা মতখিবা মুংশিরবা ইমা, ইপা অমদি চান্নরবা মরুপ মপাংনচিংবা পুন্নমক উমরুসি; অতুগা ঐখোয় অনিগী অয়েক্পা লৈফম চারুম অমমতুং ইওং ইতৌনচিংবসু ওয়া তাক্রুসি” হায়না লেপ্পরে। অতুদগী নোংমা নিনিদং লৈরগা অদুম লোইবী থম্লাংগী খুল্লাকপা খুল্লাকপীদা—“ইপা! ইমা! নচা অনিবু, মতম কুইনগী পোক্ফম সমদম থাদোক্লমে, মুংশিরবা ইমা ইপা কায়নরক্রে, চান্নরবা মরুপ–মপাং ওন্নমক শেংনরক্নে। অতুনা মতম অসিদা ইপা ইমাগী নয়াথং থৌজাল ফংজরবদি পোক্ফম য়ামেন মৈতৈগী সমদম য়েংবা ওইনা পোইরে মৈতে তম্না অমুক্তং কুমজরুগে। মতম চহি কুম্নাং তরানিথোইরোম ওরক্লে ইপাখোইগীদা শাইদাংদুনা লৈজরক্রিবসে। অতুগা লাইমক থীরবা নচা অনিবু মতমসিদা কনা অনত্তনা ইহুক্সু খঙবিররোই। ওসিগা তরুক্লি ওবা মুনিতা অমুক তম্না হঞ্জরক্লে ইমুম–কৈ অসি ইগানা খরা য়েংশিনবীরমউ” হায়না মপুক্লিং য়ায়া নুংশি–নুংওয়া হায়জরম্মী। মতম অতুদা খুল্লাকপা খুল্লাকপীগী থম্মোই অদু খাওবা ওমলমদে অমসুং মমিত্তগী মপি তাখিরম্মী। অতুগা হরাও হরাওনা চৎচরু চৎচরু হায়না ময়াথং পিবীরম্মী।

খুল্লাকপা খুল্লাকপীগী ময়াথং থৌজাল ফংলদুনা নবকিশোর, যামিনী অনিনা মতুংগী নোংভায়গা হাওসম অমগা লেংকোৎ পোলাং অমগদা লম্মীগী চেংজেন অচা–অথক খরা থরদং হাপচিল্লে। অতুগা যামিনীনা হাওসম অতু মনজন্দা পোশিল্লে অমসুং নবকিশোরসু লেংকোৎ পোলাং অতু থোজংহল্লে, মখুৎতা তা–সু অমা পাইশিল্লে। অতুদগী খুল্লাকপা খুল্লাকপীদা “ইপা ইমা নচা ঐখোয় অমুক্তা চৎচরুখিগে” হায়রম্লগা মপাঙ্গী থোইনা চাওখিবা চহি তরুক

তরেৎতা মঙাইজরিবা অদুবু মমাং থানা পুক্সিরগা মখোয়গী পোক্লফম মৈতৈ তম্পাক লমদম পাংলক্লে। অদুদগী অমুক চাকচামাঙ অমগী লম্মী চৎলগা কসোম খুম্নাকপগী মযুমদা অমুক থুংখিরম্মী। অদুগা খুম্নাকপদা রারমশিং অদু হায়রম্লগা মখোয় অহম্মক অত্তুম তম্না লোইবী কসোম জীংজাওদগী মৈতৈ তম্পাক হায়থরক্লে। অদুদগী পোইরৈ মৈতৈ তম্পাক্কী লমদম হেক য়ৌরকপদা মপুক্সিং শংনুংদা মুংশিনরক্নুনা নবকিশোর অমস্তুং যামিনী মমিৎ মমিত্তগী পিগী ঈরা চেম্নরম্মী। অত্তুগা লম্মীদা অচৎ অওকশিংগী মরক্তা মহৌশাগী মরুপ-মপাং খঙন-চায়বা কয়া কয়াস্তু য়াওরকপা উরক্লে। অত্তুবু কনা অমতনস্তু মখোয় অনিবু ছুক খঙবিখিদ্রে! অস্তুম খঞ্জিন্নুরগা নবকিশোর যামিনী মখোয় অনিগী মমিত্তগী মপি ভাখিবতা মওইরম্মী। অত্তুদগী লম্বী লমথাংদা নোংমা নিনিদং পল্লগা হুমি গুবা নুমিত্তা মখোয় অনিগী পোক্লফম লমদম "কিয়াম সিফাই" য়ৌরক্লে। নুমিৎ অত্তু লমদা থাগী পুর্ণিমা (থাবুম) য়াওশঙ মৈথাবা নমিৎনি। লম্মী সোরোক্কী মপাল মপান্দা মহৌশাগুম লম-লমগী লৈকাইশিংগী য়াওশঙসু অত্তুম শাম্নরম্মী। মতম অত্তুদনা অমুক্কা হেন্না থাম্না য়াদনা মমিৎ মমিত্তগী মপি শিন্থরম্মী। মতাং অসিদা নবকিশোরগী থম্মোয় অত্তু থাঙবা ওম্লকল্লত্নুনা হায়রকই। আঃ যামিনী! য়েংউ! খঙহৌদনা ঙসি, মতম কুইনগী তুংদা ঐখোয়গী পোক্লফম লমদম কিয়াম সিফাই হায়বা লম্লেন পোইরৈ লমনুংশি অসি উরেদো। মতম চহি কুমজা কয়া উখিদ্রবনিকো হে লম-মুংশি!" হায়না হিক্লা হিক্লা কপ্লকই। যামিনীসু—অহোই ইবুংঙো!

ঐসু থম্মোয় অসি পুবা য়ারকল্লে। পুক্নিং অসি য়াম্না নুংশি মুংওনল্লে। লমদম পোইরে তাম্না মতম কুইনগীদমক পাইক্লরবা পোম্বী চেক্লানা মহুম কোন্দা অমুক হল্লক্লবদি, পিরাং পিহৌননা নুংশিবা মহৌশানি” হায়না মমিত্তা মপি ইরা চেল্লদুনা কপ্পা কপ্পা পাউখুমজরকই।

আঃ অরাবনি! হায়নিংঙাই লৈতনা অরাবনি। পোকওমদনা পোক্লরবা মীওইবগী মপোক্তা নবকিশোর অমস্তুং যামিনী নুংশিনবগী অকনবা লিচিংগী পাজম্বা মৈত্রবাক্কী বাংলবা চৎনবী পলগী খুরবা লম্বীদগী লিৎথোকখিদুনা নুংশি ঈপাক লান্নগস্তু, মপুন্সিগী অয়াম্বা মতমদা কপ্পতনা মথৌদাং ওইখ্রে। অসিবু অওকপা মতমগী ঈচেন নত্রা? কনানা খঙবা ঙমগনি।

য়াচংবগী মমাং খরা ওইরপনা, মম্বদি কম্না গমফাল্লিবৈঙে মতম অদুদা নবকিশোর, যামিনী মখোয় অনি অসি মনঙ্গন্দদি হাওসম অমস্তুং লেংকোৎ পোলাং অমমম পোরদুনা মপাল্লী নাল্লা অতুপা লোয়ননা যামিনীথোইগী থোঙ্গানগী কোঙ্গোং অদুদা ঙাইহাক হাওরোল লোম্বতুনা লেপ্পল্মী। মতম অসিদা যামিনীগী মমা মপাস্তু মাঙ্গোনগী উখোক্তেন অমমমদা ঙাতুনা ফংম্নরম্মী। অদুদগী মখোয় অহন্মক মরী মরী চংখিদুনা শুমাং মতোন্দা লেপলুরে। মখোয় অহুম্ন উবদা যামিনীগী পাবুং য়াজাওনা “ইচাশা! নখোয় অহুম্ন করি থবক্কী লাকপনো? করি হায়নিংবগে? করি খুনদগীনো?” হায়না হংলম্মী। পাউখুমম্রিবৈঙে মতম অদুদা যামিনী অমসুং নবকিশোর মমিৎ মমিত্তুগী মপি তাখিবা খঙহৌরমদে। তারক্লিবা মমিৎকী পি অদু লোম্না লোম্বা তৈথোক্লরম্মী। অদুগা “ইপা!

ঐখোয়দি আ লোইবী চীংজাওগী "খয়াং" হায়বা হাওখুল অদুদগীনি ! করিগুম্বা থবক অমগী ইফালদা চচ্চগে হায়দুনা লাকচবনি; অদুবু নুমিৎ তাথোকপ্রে; হৱাগাড়ীসু অমতা লাকখিদ্রে। অদুনা ওসি অহিং অসিতদি য়ারবদি ইপাখোয়গী অসিদা থরা পঞ্জখিগে হায়দুনা চওজরকপনিনে ইপা ! হায়না খুম্লম্মী।

যামিনীগী মমা মপাসু মখোয়গী য়াঙাং-য়াহৈ খোনফম অদু তাবদা চীংমী হাওমক ওইরগসু মপুক্লিংদা য়াম্না নুংশিবিবা পোক্লম্মী। অতুগা "ফৈ ফৈ ইচাশা ! লৈজো লৈজো" হায়দুনা ফৌগু শও মচা অমদা তরু তরুনা শেংদোকপিরগা মতুদা কৌশিন্দুনা লৈহল্লম্মী। অদুগা নখোয়গী চান-থরুবা জবাৎ-অপাগসু করি করিনো হায়য়ু ইপা পিগে" হায়রম্মী। মতম অতুদা নবকিশোরগা যামিনীগনা "ইপা ! ঐখোয়গী চেং-চাক ওা-থুম্নচিংবসু ওম্না য়াওজরকই। ইপাখোয়না নুংশিবীদুনা থোং-থারুবা চফু-উয়াল অমা অনিদং পীনবীরবদি য়াম্না নুংঙাইজগনি" হায়না খুম্লম্মী। অদুদগী যামিনীগী মমা রাধেদা —"চফু উয়াল করম করম্না লৈবগে ? থরা অমুক্তা থিদুনা পুথোকপীরকউ—" হায়রম্মী। রাধেনা "চফু অমগা উয়াল অমগা পুথোক্লজুনা সে সে অসিদা থোংনয়োকো ইচাশা হায়দুনা পিরম্মী। মতম অদু চীংমী হাওগা থুংলবদা কোল লিক্লদি শিজিন্ন-হন্নমদে। মৈতৈ লৈবাক্কী পারি পুরিগী চৎনবীদা অশেং-অমাংগী মরমদা য়াম্না কল্লিউ মতমনি। অদুগা শীং-য়েনগসু থরা পুথোরজুনা থখিরম্মী। অতুদগী "ইচাশা ! নখোয় য়াররিনি চাক থোংনবা হোৎনজরুরো। অদুগা ঈশিংগীদি নখোয়না তুরেন্দগী পোকচরুবা

তারে। ইপাখোয়দি তোর্ব্বান্দা তাবনিনা তুরেলগী ঈশিং চায়! তুরেল কুম্বা লম্বী ইপা তাক্কে" হায়দুনা যামিনীগী মপাবুং য়াজাওনা নবকিশোরবু তুরেল তান্না লমজিংবীরম্মী। নবকিশোরনা তু:রলদগী চক্ষু-উয়া'ল অনিমক ঈশিং শোক্কৎলক্তুনা থম্লম্মী। ঙাইহাক্তং লৈরগা যামিনীনা চাক থোংলম্মী! মতম অদুদা যামিনীগী মমা রাধেনা "ইচাশা" নখোয়বু নমিং করি করি কৌবগে?" হায়না হংলম্মী। নবকিশোরনা ইমা ঐন। অ:মবা কৌই। ! মহাকনা শঙনু কৌই। অতুগা নিপা মচা অসিগীদি মমিং থোঙদ্রি হায়না খুম্লম্মী। অতুদগী ঙাইহাক্তং লৈরগা অদুম চাক লোইরে। চাক লোইরগা "ইমা ইপা! ঐখোয় অমুক চাক চাজরগে" হায়না য়াম্না চৎনরোল খঙনা হঙ্গৎলগা ফজনা চারম্মী। অতুগা চা-থকপগী হৌনবীসু খওনা য়াম্না আলক নাইবা অ:কান অহান খায়না চারম্মী। চাক চাবা তোক্লগা তরু-তরুনা য়াইতৈ-লম:শংনে অমসুং থোং থাক্লরুবগী চক্ষু উয়ান অদুসু নুমিদাং অতুদা থাওমৈ লালটৈন অমা চুখৎলগা তুরেন মপান তান্না পুতুনা চৎলগা হন্দোকলুরে। অতুগা রাধেনা মখোয়না থাতুনা হিপচনবা হায়তুনা ফক অমা অনিসু পীবিরম্মী। অসুম্না হাও ময়াং খিদনা ময়ুমদা থুংলবা মীগীদমক য়ায়া হরাও হরাওনা ঙমজবা মখেদি লুনা চান্না হোৎনবীরম্মী। অতুদগী নবকিশোর যামিনী মখোয় অহুমসু ফক অতু থাতুনা তুম্নম শেম্লম্মী অমসুং "ইমা! ইপা! ঐখোয়সু তুম্নবা তৌজরগে" হায়তুনা অতু1 তুমখ্রে। থোইদোক্লা মতম অতু ফাওবা যামিনী নবকিশোর অনিমক মমিগুগী মপি তাবা লোইখিদে।

নোং ভাল্লগা পেচকারি নুমিৎকী অয়ুক অঙনবদা অমূক ইঙ্কালদা চৎননবা থৌরাং শেম শারম্মী। মতম অদুদা যামিনীগী মমা রাধেনা "ইচাশা! ঙসিদি, ইমা করিগুম্বা ৱারম অমত্তা হংগে।—নখোয়গী অা লোইবী চীংজাওগী খুলশিং অদুদা মতম চহি তরামাথোই-তরানিথোইগী মমাংদগী ঙসি ফাওবদা তমগী যামিনী কৌবী নুপী অমগা নবকিশোর কৌবা নুপা অমগা লাক্তুনা লৈরে হায়বা কবিগুমদা তাখি-লাকখিদেকো" হায়না হংলম্মী। রাহং অসি তাবদা যামিনী অমসুং নবকিশোর পাউখুম পিদ্রিঙৈগী মমাংদা মমিং মমিত্তগী মশি চদুম চদুম শিন্থনফপনা হায়ৈ মাংওইনরকই। অদুগা যামিনীনা "ইমা! মখোয়বু হংবিরিবা ... কনিগীনো? নচা ঐখোয়দি যেঙিংদাকপা তাখি-লাকখিবা লৈজদে" হায়না খুমম্মী। অদুদগী রাধেনা মমিত্তা মপি তানা 'ইবেম্মা! যামিনী হায়বী নুপী অদু ইমাগীদি থুংশিজরবী, মবুং তয়েংকী অপোয়বদা মতোমতা তাওনা পোকচবী ইমোমনি। মপুস্নিগী মথোং করকপা মতমদা নবকিশোর হায়বা নিপাদুগা লোয়ননা চৎমিন্নখ্রবনি। অদুদগী ঙসি ফাওবদা, করিগুম্বা মখোয় অনিগী ঈ-পাও অমতা তাখিদ্রে। অদুগা ভৌবদি মখোয় অনিগী মরমদা ঐখোয়গী মৈত্রবাক্কী ওইনা লৌন লৈনবগী চৎনবীদা চাওনা করিগুম্বা অকায়বা অমা লৈবদগী অদুম খঙহন্দনা থুপখিত্তুনা হল্লকখিদ্রবনি। মরম অদু ইমা হায়গে। নবকিশোর হায়বা অদুনা মৈতৈনি। ইমাখোয়না ব্রাহ্মণনি, হায়রিবা শাগৈ-জাৎ অনি অসি ঐখোয়গী মৈত্রবাক্কী চারোল-গুরোলশিংদা লৌন-লৈনবা য়াদে। অদুমদি ওইরগা মখোয় অনি অসি য়াম্না মুংশিনখিবা ফরম্না মৈতৈ

ইমা লৈবাক্কী থাগ্নিবা ৱাংলবা পল্লোনগী ৱাংমদা চৎগ্রবনি। মতম অদুদগী হৌনা ইমাদি কপতুনতা লৈরবনি” হায়রকই। মতম অতুদা নবকিশোরগা মপা মচাসু অতুম ফমতুনা মুন্না তারম্মী। ওাংনরিবা ৱারম অতু তাবদা নবকিশোর মমিত্তগী মপি শিন্থুরম্মী। অতুদগী যামিনীনা মমিত্তা মপি তরং তরং চেন্নদুনা —“ও ইমা! নহাক্কী নৱাহে অসি তাবদা নচাসু থম্মোয় অসি পুবা য়ারকত্রে” “চুমই মতম চহি কুন্নাং অসুক কুইনা অদুক নুংশিরবা নমোম অমবু মথোৎ কারকপা মতমদা মফম থংদনা মাঙগ্রবদবু করম্না লৈফম চাফম থঙগদৌরিবনো? করম্বা মমানা মৈচাকতু থাঙ-গদৌরিবনো? ওরাংতগী থম্লাংগী হাওনুবী ওইবী নচানুপী ঐদসু ইচা নুপা পিশক অসি ওাইহাক্তং হেক উদবদা লৈফম চাফম থঙদ্রিবনি ইমা!

অতুবু ইমা! মীওইবা ঐথোয় অসি থক মাঙবা য়াবদি নত্তেকো! হয়েং মতম অমদা শোয়দনা মথোইগী ঈ-পাও তারক-খিগনি। মতম অদুদা অৱা-মুংশি অমসুং নুংঙাই-য়াইফ পুন্নমক থঙলক্লনি। পুন্নমক অসি মপুগী নোংদম খোলগী থৌজাল ওাক্লি” হায়না হায়রম্মী। অদুগা যামিনীনা চৎলমদাইদা পান মংলা থরসু হাওসমদগী লৌথোকতুনা পীরম্মী। অতুদগী “ইপা! ইমা! নচা নমোম ঐথোই অমুক চচ্চরগে; থরা ওল্লিঙেদা ইক্লাল য়ৌহৌনবা হোৎনজগে” হায়তুনা যামিনী অমসুং নবকিশোর মথোই অনিমক হাওসম অমসুং লেংকোৎ পোলাং পোগ্নৎনরে। মতম অসিদা যামিনীগী মমা রাধেনা “ইচা নুপী, নহাকসে ইমোম যামিনীগী শক্তম মানজ্রেদকো! নৱাহেসু তাবদা ওল্লোক্লা মুংশিগ্রেদা ইমানা”

হায়না হেক হায়রকই। মতাং অসিদা যামিনীস্থ "উম নমোম যামিনীগী শক্তম মাল্লবসু ইমা! নচা নুপীদি অা লোইবী মম্‌লাং চীংজাওগী হাওনুবী শওর্নু ওইগ্রেনা ইমা!" হায়না মমিত্তা পিগী ঈরা চেল্লদুনা খুল্লম্মী নবকিশোরসু – লৈবিহৌরো ইমা! নচা হাওব-খোই অমুক চৎলেকো, য়ারৌবিগনু য়াবিখিবগী লমন শীংজরমদ্রে" হায়না য়ান্না নুংশিনা মমিত্তা মপী তানা হায়রম্মী। অদুদগী মপান্নী নব্রা অদুবু মমাং থানা পুবিদুনা যামিনীখোয়দগী থোক-খিরম্মী। থোঙ্গাল ফাওবা অদুম হয়া চিংনা-চিংনা য়েংদুনা চৎখিরম্মী অমসুং সোরোক্তগী অরাকপা হয়্রাগড়ী অমদা খাম্লগা তোংদুনা ইফাল তান্না চৎখিরম্মী। অদুগা যামিনীগী মমা মপাস্থ মখোয়না ঙাংথোক শক্তোক্লকপা অদু তারগা মপুক্লিংদা পংমুংদা মুংশিবা পোকখিরম্মী। অদুগা যামিনী অমসুং নবকিশোর মখোয় অনিগী মমিত্তগী তাখিবা পি অদুগী মরমদদি—করি অমতা খঙলমদে। য়েংবিউ মতাং অসিদা ছুক খঙনখিদ্রবস্থ মুংশি ঈচেন্দি লোম্না থুপ্পা চেল্লিবসে।

নবকিশোর অমসুং যামিনী অনিগী মমা মপানা থোইদোক্লা হরাও কুম্মেগী মতম থোক্লকপদনা অমুক্কা হেন্না মথৱাই চাক্লম্মী। করিগীস্থ মুংঙাইগদগে? মমান-মমান্নবশিংনা লম্বী লমজাওদা শন্নু শন্নু চৎপা উরগা অহোইনদুম মপুক্লিংদা য়াম্না হেন্না নুংঙাইতবা পোক্লম্মী।

অসুম্না মতম কুইনগী তুংদা মমোমগী নুংশি মৈচাক্লা ভাওরখী কনাওঠী মমা অমনা লোৎথ্রবী মমোম্বু মমাংদা লাক্তুনা লেপ্পরবদা হুক খওখিদ্রবুনা মমোমগী মপাউবু মথক্লাই শোক্লা মমোমদা হংলবদি, ফোংদোকপা য়াদ্রিবী মমোম অতুনা মতম অদুদা কনা ওইবা হৌনরবগে। অক্লাবনি! তাম্নবওপান অসিদা মীওইবগা পুন্সিদা করিগুম্বদসু অসুম্না হেক হেক থোক্লক্লপসু মরাওইকো।

---

# ১৭শুবা মতাং

নবকিশোর অমসুং যামিনী মখোয় অনিনা ইম্ফাল য়ৌরগা মৈরবাক মণিপুরগী পাউজেল চেদা মখোয় অনিগী মরমদা ব্রারী ব্রাখোও শুগাইনা ইদুনা ফোংদোকপা আর্টিকল অমা হাপখ্রে। অদুদগী অমুক তপ্না অমুক্তা চাক ঈশিং চান-থরবা মতমদা ইম্ফালদগী হল্লক্লুনা কিরাম সিফাইদা, থাওেম্মম নবকিশোরখোয়দা হায়জিনখিরম্মী। মদুদসু থোঙ্গাল য়ৌরগা পাক হেক চংবা ওম্নখিদ্রবুনা মখোয় অহম্মক কোম্মোং মপ্লাদা হাওরোল লোম্নদুনা ভাইহাক লেপ্লম্মী। মখোয়গী মতৌ অতু উবদা নবকিশোরগী মমা মপানা "কনা কনানো? চওওকউ লাও! করি হায়নিংবগে হায়রো লাও।" হায়না কৌশিনখিদুনা মখোয় অহম্মক শুমাং তাম্না চংখিদুনা লেপলম্মী। মতম অদুদা নবকিশোরগী মচন

দগুমতিসু ময়ুম মকৈ পাল্লমগ্রি। থোইদোক্লা মচননুপীবু উবদা নবকিশোর অমসুং যামিনী মখোয় অনিমক খঙহৌদনা মমিত্তগী মপি তাখিরম্মী। মপি অদু লোম্না তৈথোক্লগা "ইপা! ঐখোয় তু অমা অনিদা নৈজগে; ইঙ্কাল চৎলুবদা য়াম্না ৱারে। চাক-ঈশিংগী থৌরাংসু মতমগী তাঙানা য়াখিদ্রে" হায়রম্মী। মতম অদুদা নবকিশোরগী মমা মপানা মখোয়গী মতৌ অদু উবদা নুংশিরদুনা অদুদি —চেং–চাক পীরগে ঐখোয়গী অসিদা থোংলগা চারোদনা" হায়না হায়রম্মী। নবকিশোরগা যামিনীগনা "ইপা! ইমা! ঐখোয় চাজররোই; মতম লৈত্রে, হয়েং হাংচিত্তি অা লোইগী চীংজাওগী "খম্রাং" হায়বা খুল অদু য়ৌনবা চৎচগদবনি, লম য়াম্না লাপ্লি" হায়না য়ারমদে। নবকিশোরগী মমা মপানা "ফয়ে ফয়ে, অদু ওইরবদি ইচাশা! হোরেল নখোয়না লেম্বীদা চাজনবা ঐখোয়গী অরোইবা চাক অসিদগী খরদং হাপ্লিরগে" হায়দুনা মচা নুপী দগুমতিবু চাক ইস্থাং খরা থিদোকহল্লুদুনা পুথোক্লক্লে, অদুগা চংবী লারাক নিংখিবা অমদা ইয়েঙনা য়োম-শিনবীরদুনা "সে, সে ইচাশা! নখোয়গী হাওসম অদুদা হাপচিঞ্জো" হায়দুনা পীরম্মী। মতম অদুদা নবকিশোর যামিনী অনিনা মমিত্তা মপি তরং তরং চেল্লদুনা "ওসি ইমা ইপা অনিনা তোল্লবা খম্লাংগী হাও নচা অহম্ গাঞ্জে শেংবা নচাশিংগী পান্দমগুম্না তৌবিরিবা অসি হন্দক মপোক্কী ঐখোয়না অমুক লমন শিংজবা ওম্লরোইকো!" হায়না হায়রকই। মদুদা—"ইচাশা! নখোয়না হায়রিবা অদুমক্লা হেক মওক্লে। নখোয়গী নতৌ অসি উবদা য়াম্না নুংশিঞ্জে; হয়না নবকিশোরগী মমা মপা অনিনা খুম্নকই। অদুগা দগুমতিসু

নবকিশোরখোরগী মনাক্তা চৎলকতুনা "ইমা বাজি! নিপামচা অসি নুংশিব্রা? ঐখোয়গী তাচৌ মাস্ত্রা য়েংবীয়ু!" হায়রম্মী। মচনগী ৱাহৈ অদু তাবদা নবকিশোর—মথন্নাই পুবা য়ারকত্রদুনা "ইচন! ঐগীসু ইয়ুমদা নুংশিরবী ইচন অমখক লৈহৌই। ভসি মতম কুইনগী তুংদা ইচন নহাকপু উবদা নবুংনা পুন্সি অসিমগীদি অরোয়বা অমা ওইনা নুংশিন্ত্রে। নবুংগী থম্মোই অসি রুপুবা ওমখিদ্রে" হায়না মমিত্তা মপি তানা মপুক্লিং য়াম্না নুংশিনা হায়রকই। মতম অদুদা যামিনীসু মমিত্তগী মপি চতুম চদুম তানা "ইচন! ঐখোয়দি অা লোইবী থয়াং চীংজাওগী হাওনিকো! নুংশিদা ইচন!" হায়না হায়রকই!

অসুন্না মতম য়াম্না কুইনগী তুংদা মচিন মৌপুব্রা ভাংন-শক্র-রকপা ৱাহৈশিং অসি তাবদা নবকিশোরগী মমা মপাসু মথোয়গী থম্মোয় অতু পুবা য়ারকত্রে অমসুং খওহৌদনা মমিত্তগী মপি তাখিরম্মী। মতম অতুদা মমোন দগুমতিনা মবুংগী ৱাবু পল্লকপদা করম্না মপারীগী নুংশি মৈচাক মুৎকদৌরিবনো? অতুগা থোইদো-ক্লসু থুপা মচা অতু মশক মতৌসু য়াম্না ফজরম্মী। উবদা করিমতা হাওছক মাল্লমদে। য়াম্না নুংশিবগী মতৌ লৈ। মতমসিদা "ইচাশা! নখোয়বু থয়াং হায়বা হাওখুল অতুদগীনি — হায়বা নখোয়গী নখুলদি কৈদৌঙৈশিং য়ৌবা ওমগনি" হায়তুনা নবকি-শোরগী মমা কবোক্লেনা হংলম্মী। নবকিশোর, যামিনীনা "কন্না চৎলবদি ইমা! মশেম মরৌগা য়ৌরুবা য়াই, য়াম্না লাপ্পীবো ইমা! হায়না খুম্নম্মী।

অদুদগী চু অহুম অমগা য়ানবিরুতুনা তেন্তক তেন্তক্লা মকক মকক ককথৎপিরে অতুগা মখোয়গী লেংকোৎ পোলাং অদুদা হাপচিনবীরম্মী। মতম অতুদা যামিনীনা "সে ইচন! ঐখোয়গীদি অসি মঙাইরে, ইমা, ইপাঃখায়না চয়া অমতং ওইরবসু চাননবা" হায়তুনা হাওসমদগী হাওপান পান্দুম মঙ্গা অমা অনিদং লৌথোক্তুনা পীরম্মী। অতুদগী নবকিশোর যামিনী মখোয় অনিনা য়াম্না খৌরাংবা ৱাহৈনা —আঃ — ইমা! ইপা! ইচন! ওস্থোক্লা নুংশিথ্রেদকো। হন্দক মপোক্কী কাউবা ওয়্যরাইদো। কায়নরবসু ইয়াংদা ওসিগী মতৌ অসি ইমিংনা সং সং উরগনিঃ করিগুম্বদসু মাঙবা য়াররোই। ফরে,— ঐখোয় অমুক চম্ভরগে। পুন্সি অসিমগী তৌবিমল কাউজদবতনা লমন শিংবা শকচগেকো।" হায়রম্লগা অদুম থোকখিরম্মী! অতুগা নবকিশোরগী মমা-মপা অমদি মচন মখোয় অহুম্মক্কীসু নুমিৎ অতুদা হায়রম্বিবা ৱাহৈশিং অদুনা মখোয়গী থম্মোই অতুদা ময়েক লানা লানা য়েক্তুনা কাউবা য়াররোইদৌবা অমা ওইনা লৈহৌরম্মী।

নবকিশোরখোইদগী থোকখ্রগা নোংপোক পাংনা সোরোক্কী মতুং ইয়া খরা চৎলগা মাইস্নাম শ্যামাখোইগী লৈরক্তা অমুক হায়জিনখিরম্মী। মতম অতুদা শ্যামাদি বিঃ এঃ পাস তৌতুনা থৌবাল হায়স্কুলদা ওঝা ওইবা মতম চহি মরি মঙা শুরম্লে। অদুগা ওইনাম সখিসু মেট্রিক পাস তৌরবা তুংদা শ্যামাদা লুহোংতুনা লৈরম্লে অমসুং নবকিশোরগী মচন দগুমতিগা লোয়ননা লম্লেন কিয়াম সিফাই লমদমগী নৌনা হৌরম্বিবা মুপীমচাশিংবু তুংগী লাইরিক-লাইগুগী লম্বীদা খরা খরদং চাওখৎলক্লবা হায়তুনা

নুপীমচাশিংগী লাবার প্রাইমারী স্কুল অমা লিংখৎলম্মী অদুগা মদুদা মখোয় অনিমক অরামল ফাওবা করি অমতা লৌদনা য়াম্না মথক্রাই য়াওনা ওঝা ওইদুনা লৈরম্লে।

অদুদগী মখোয় অহুম্মক শ্যামাখোইগী ওমাং ফাওবা করি অমতা পন্দনা চঙখিরম্মী। মতম অদুদা শ্যামাখোয়গী ইমুংগী মী কনা অমতা লৈবা উদ্রতুনা নবকিশোরনা—ইমুং অসিবু কনা কনা লৈবগে হায়না হংলম্মী। মখোয়গী মখোল তাবদা সখি অসি ইমুংদগী মপাল থোরক্লম্মী। অতুগা—অ। ইবুং হাওবখোই! করি করি হায়নিংবগে হায়না হংলম্মী। নবকিশোরনা—ইচন ঐখোয়বু নুংশা মরক্তা লাকপদা ঈশিং য়াম্না খোঁরাংখ্রে, অতুনা থরুবা ঈশিং খরদং নিজগে হায়তুনা চংজরকপনি হায়না খুম্লম্মী। মতুদা সখিসু হরাও-হরাও — ফৈ, ফৈ, থকউ, থকউ পিগে হায়তুনা থুনমক ইমুংদগী কোল খুজাই অচৌবা অমদা কংনান পুন্দগী অয়োকপা ঈশিং থম্না হৈদুনা পুথোক্লকগা—সে, সে ইবুংখোই! পেম্নবা থকউকে। হায়তুনা মখোয়গী মনাক্তা খিনবীরম্মী। নবকিশোর-খোইসু ঈশিং লৌতুনা অমুক অমুক থরুরম্মী। অতুগা—হাও:খ্রদা ইচন! নহাক্কী ওসিগী ঈশিং অসিদি! হৌজিক্তি ইপুক অসি য়াম্না ইংলেদো হায়রম্মী। অতুদগী সখিনা — অতুদি, ভাইহাক পোথাখোদনা ইবুংখোই! হৌজিকমক চৎলবদি ব্রারনি হায়তুনা ফানশাং অমা অরাংথংবা শঙ্গোইগী উরুম লাংবা মচি অমদা থাবিরম্মী। মদুদা মখোয়সু ফৈ ইচন! অইংবসিদা নুংঙাইনা পোথাখিগে হায়তুনা চঙদুনা ফমখিরম্মী।

নবকিশোর, য়ামিনী মখোয় অহম্না ঙাইহাক ঙাইহাকৃতং ফমদুনা পোথারিঙৈ তাঙ্গা অতুদা শ্যামাসু চাক তোক্লকপগী মথুং হামগে হায়দুনা মপান্দা থোরক্লম্মী। মতম অতুদা নবকিশোরগা য়ামিনীগনা উননিংজিবা মী অনিমক য়ুম অমতদা পুন্না লৈমিন্নরম্লবা অতুদা য়পুক্লিংদা য়াম্না নুংঙাইবা পোক্লখিরম্মী। অদুদগী শ্যামাসু—ইচিন্নাউখোইদি করি খুন্দগীনো? কদায়দা চৎলুবনো? হায়না হংলম্মী। নবকিশোরনা—ও! ইচিন্নাউ! ঐখোয়দি অা লোইবী চীংজাওগী ‘থয়াং’ হায়বা হাওখুল অতুদগীনি। ইফালদা করিগুম্বা থবক অমগী চত্চরুবনি হায়না খুম্লম্মী। অদুদগী শ্যামানা — অা নখুল থয়াং হায়বা হাওখুল অদুদি কয়া লাপ্লি কদোমদা লৈ হায়না অঙ্গুকসু হংলম্মী নবকিশোরনা — ওঃ য়াম্না লাপপ্রে। ইচিন্নাউ খোঙনা অসুম চৎলবদি নুমিৎ মরিনি মঙানিগী লম্বীনি। চীংজাওনি, লোইবী চীংলোল মাপনগী চাউরবা চীংছা নাপোম্নি। অসিদগী নোংপোক চীংখ্রেলোমদা লৈ হায়না খুম্লম্মী। অসুম্না ঙাইহাকতং ৱারী-ৱাতাই শান্নরবা তুংদা নবকিশোরনা— ইচিন্নাও! ঙসিদি, ঐখোয়বু নুংশা মরক্তা লাকপগী খোরাংলবা মতমদা ইচম্না হরাও হরাও অইংবা অহাওবা ঈশিংগসু পীথকতুনা ঙাইহাক ঙাইহাক ঈংনা পোথাহল্লে। অদুবু করিগুম্বা ৱারম অমতংগদি হায়জনিংই। অতুগা ঙসি ঐখোয়না জাতি তোঙানথ্রবা অমদি হাও চীংমী ওইবগী ফিজেৎ চাকচানচিংবা তোপথ্রবা অসিদা হজোইবিতুনা হায়দোক-চরক্কদোরিবা ৱাফম থরদং অসি অরেম্বদা তাহনবিগদ্রা হায়না থম্লুবদা পুক্লিংদা নুংঙাইতবা থজিক্তংদি পোকই। অদুবু হায়-নিংবা ৱাদি পুকপ্পুংদা কুমথুনা থমজয়োইকো। মুংশিবীতুনা নীংবা

কায়বিরম্বা ফাওবদা লোইবী চীংজাওগী চীংমী হাওনি হায়না খনবীদুনা ইরাল ঙাকপিগনি নিংজে” হায়না মপুক্সিংদা লৈবা হায়নিংবা ব্রাহ্মেশিং অদু অসুম্না হায়বা হৌরক্লম্মী। “ইচিন্নাও! ঐখোয়গী ইপুন্সিদা মতম কুইনদগী পোইরৈ মৈতে তম্পাক কুম্লকপা, হন্দক্কী খোঙফম অসিনা অহানবনি। পোইরৈ মৈতে লমদমমু হেক উবদা ইপুক্সিংদা য়াম্না নুংশিবসি পোকখ্রে। অদুম্নদি ওইরগা নুংশিরবা পোইরৈ লমদম অসিদা ঐখোয়গী খঙন–চান্নবা মরুপ–মপাং কনা অমতা লৈজদে। অদুনা ঙসিদি, মরুপ শান্নদুনা ছুক নীংথিনা মুম্না খঙনজনিংই। অদু ওইরবদি করিগুম্বা মতম অমদা পোইরৈ মৈতে তম্পাক কুম্লকপদা চঙজনিংঙাই মরুপ অমা লৈরে হায়না ঐখোয়গী ইপুক্তা নুংঙাইবা ফংজগনি হায়না হায়রকই।—মতম অদুদা শ্যামা অমসুং সখি মখোয় অনিসু নবকিশোরগী খোৎলবা, নৌরবা ব্রাহ্মেশিং অদু তাবদা মখোয়বু য়াম্না নুংশিবা পোক্লম্মী অমসুং মপুক্সিংদা চীংমী হাওমক ওইরবসু নবকিশোরগী ব্রাঙাং–শঙাং, ব্রাহ্মে খোনফমশিং লমচৎ অদু তঙজনিংঙাইগী মশক্কি হায়না খল্লম্মী। অদুদগী শ্যামানা ফৈ, ফৈ, য়াম্না নুংঙাইরে ইচিন্নাও!—ঙসিদগী হৌনা মরুপ শান্নরসিকো!—মিংনা করি করি কৌবগে? অদুগা হাও মৈতে ফিজেৎ চাকচা হায়বা করি থোইদোকপা লৈতে। পুকচেল খোয়জেল তিন্নরগা, লমচৎ–শাজৎ কান্ননরগা অদুম নুংশিনবা ঙাক্তনি হায়না হায়রকই। শ্যামাগী ব্রাঙাং তাবদা থোইদোক্লা নবকিশোর, মপুক্সিংদা পেনবা পোক্লম্মী। অদুগা ঐগী ইমিংনা ‘অমেম্বা’ কৌই। মহাক্কীনা শঙনু কৌই।

নিপামচা অসিগীদি মমিং থোঞ্জদ্রি হায়না খুম্লম্মী। অদুগা ইচিন্নাও-খোইগী মিংনা করি করি কৌবগে হায়না হংলম্মী। মতম অদুদা শ্যামানা ঐখোয় অনিগী ইমিংদি—ঐনা শ্যামা। মানা সখি কৌই হায়রম্মী। অদুগা মতম অদুদা যামিনীসু অদুদি ঙসিদগী হৌনা ঐগসু খোইনৌ ইতা শান্নরসিকো। হায়দুনা সখিদা "খোইনৌ ইতা" হায়না কৌরম্মী। সখিসু য়াম্না ফনি খোইনৌ ইতা! হায়না হরাও হরাওনা খুম্লম্মী। অসুম্না নুমিৎ অতুদা নবকিশোর, যামিনী অমসুং শ্যামা, সখি মখোয় মরি অসি অমুক ইনৌ নৌনা মমাংঙৈগী মতৌগুম্না মরুপ শান্নখিরম্মী। অদুদগী মখিত্তগী মপি চদুম চদুম তারদুনা হাওসমদগী পান মগ্রা খরদং লৌথোক্লগা পীরম্মী। অদুগা ইতাও! ইচন! ঐখোয়সু অমুক হঞ্জরগে, থেঙথ্রনি। ঙসিদি য়াম্না নুংঙাইরে ঐখোয়না অতৈ করিমতা পীনিংঙাই য়াওদ্রে হায়না কায়না ব্রাফম লৌনরগা নবকিশোর অমসুং যামিনী মখোয় অনিনা মপারী নব্রা অতুবু অমুক মমাং থানা পুবিরতুনা নুংশিরবা মমা মপা, চান্নরবা মরুপ—মপাং অমদি মপুন্সিদা কাউবা ঙম্লরোইদবা মখোয়গী পোক্লকম লমদম ঙম্নমক থাদোক্লমতুনা থাপথ্রবা লোইবী খম্লাং চীংজাওগী হাওখুল তম্না খোঙশানখিরম্মী।

অঙকপনি! পোইরৈ মৈত্রবাক্কী কম্লবা নোংলৈ নুংশিৎ মরক্তগী লমদম তাম্না থাপ্না পাইথোকথ্রবা তমগী পোম্বী চেক্লা! পঞ্চিরমদাই মতমদা মহুম কোন্দা অমুক চাক্তাখিবা কনাগী থম্মোই কায়দ-নিংঙাই ওইবগে! পাইগরো তমগী পোম্বী চেক্লা, শাখপ তোয়েখরো, অচিকপা লমদম য়েংনা তাম্না, পুন্সিগী অরোইবা লমদম পোইরৈ তমনা।

অদুগা মতম অতৃদা য়াওশঙনি হায়দুনা লৈরক সোরোক ফুম্না পাখঙ লৈশাবী মৌনচিংবা শঙ্গু শঙ্গু চৎপা উরগা মখোঙ্গ অনিগী চৌখিবা মথোং কারকপগী মপুন্সিদা মনীং-মখা তম্না হল্লাও কুপ্নে হেক হেক খোরকপা খুদিংদা মরেং মগাম্নবা শঙ্গু শঙ্গু তীন্নদুনা কোয়খিন্নতুনা চামিন-থকখিন্নরকপা মুংঙাইমিন্নরকপা পুম্নমক অতু নিংশিংদবা ওল্লমদে অমসুং মখোয়গী মপুক্লিং অতৃদা অমুক হান্নদগী শরুক চান্মা হেন্না নৌহৌনা মুংশিরকপা পোকখিরম্মী। অদুদগী থৌবাল কৈথেল য়ৌরগা ডাকঘরদা চিঠি অমসু ইরগা থাদরম্মী। অতৃদগী অমুক তন্না অতুম চৎখিদুনা য়াইরিপোক কৈথেলদা নুমিৎ তাপ্পবা মতুং য়াচংবা মতমদা থুংখিরম্মী। অতুগা মখোয় অহম্মক নবকিশোরগী মমা মপানা হাপ্পিরকপা চাক-ইঙ্গাং অতু হাওসমদগী লৌথোক্লতুনা চাম্নিরগা কৈথেলগী শঙ অমদা চংতুনা অহিং অদুমা লেনমিন্নখি।

নোংঙাল্লগা পন্দনা য়াইরিপোক কৈথেলগী খুৎলৈ থুনা চৎখিদুনা অয়ুক্কী চাক ঈশিং চান থক্কবগী মতমদা লৈইবী কসোমগী চীখ্লোঙ য়ৌখিরম্মী। অতুগা মতম অতৃদা মখোয় অহম্মক চারম থক্লম কয়া ব্রায়োং চাখিদবা, ভুম্না হিপ্পা মতম নাইখিদবা অদুনা লম্না লমশাং চৎপদা ব্রাখিবনা মখোঙ থাংবা থোক্লদবা মখৈ চোকথনরতুনা ঙাইহাক-ঙাইহাক পোথাখিসি হান্নতুনা উরুম লাংবা উখা অমদা চঙখিতুনা ফম্মিন্নখিরম্মী। অতুগা হাঙসমদগী চু মকক অমমম লৌথোক্তুনা অরাম-খৌরাংবা খরা খরদং কোক্লনবা চানরম্মী মতমতৃদা ব্রাম্নখিবদগী চু চানা চানা মপারী মল্লাতু মম্নাগী মতম্ঙা ঙাথতুনা তুমখিরম্মী। অতৃদগী ইখঙ খঙহৌদনা যামিনীসু মতম

চাদনা পোম্বাবদগী অতুম তুমথোকপ্লে। মতম অতুদা যামিনীনা হেক উবদা তু-চুংনা অকিবা পোক্লবা মণ্ডলান অমা থেংনরম্মী। তাঙ্গাতুদা ইনক নক্না লোইবী কসোম চীংজাওগী চীংমায় নাপোম অতুদগী শিংলকপা মালং ঈপোম অমদা য়াওরকপা মিরবা থোঙ্জেলগী ঈশৈ অমা নবকিশোরগী মনাকোংদা হেক তাখি। তাখিবা ঈশৈগী মরোলদি অসিনি।

ঈশৈ

হা ওসি কৌবা নোংলেন্দা
পামেল উথাদা খোম্লেল ভুমখুল তাল্লিবী
নুরা লাইবক চাওবী ও!
নপারী নায়া শেৎন তাইবং পুন্সি বাংমদা;
লাংওনগদবা নুমিৎ শীংবুম কুইরকল্লে য়ারুন্নু,
হা য়ারুন্নু লাইবক চাওবী ও!
মালং ঈপোম হৌহৌনি, তাইবং মীকপ য়াকায়নি,
মসি 'পুম্না খোইয়ুম লাইগী খুশিন্নি
হা লাইবক চাওবী ও! য়ারুন্নু!

তারকখিবা ঈশৈ অসিদা নবকিশোর, ওক্লতুনা ঈশৈ শক্লকপা মায়কৈরোমদা হৌগৎতুনা কোইম্লেং ম্লেংলকই অমসুং খওহৌদনা মপুক্লিংদা অয়া মৈশা লাংখি। অতুদগী "আঃ পুন্সিগী অরোইবা পুংফম য়ৌশিলক্লবোইরে। ফরে, ইবুংঙো মহাক্লী থৌজাল্লি।" হায়তুনা যামিনী অমা মচাবু হৌদোকপিরম্মী। মতমসিদা যামিনীসু মীকপ থোক্লকপদা মহাক্লী মণ্ডলাল অতু মথরাই য়াম্না য়ানা কপ্লি কপ্লি তৌরতুনা নবকিশোরদা অসুম্না তম্লম্মী। "ইবুংঙো!

ওসিদি উথা অসিদা, পোথারিঁওৈ ব্রামনখিবদগী ওাইহাক তুম্মোই লাকপোই তৌরুরে। অদুদগীদি ওন্নবা লোইবী চীংমায় নাপোম অমগী শোওথ্রবা লোকমুং অমদা হাওনুবী অমথক্লা মখুত্তা কোল অমুবা অম্না পাইরগা নোম্থতুনা শুহা মচা অমদগী ঈশিং শোক্লিওৈদা কৈজাও অমথক খওহৌদনা নারক্তগী চোংথোরকতুনা হাওনুবী অতুগী লুশমদা কোনবোই করিবোই তৌরগা শোরো শোরো লাক্-তুনা অশোওবা অওম্বা চীংমায় অদুদা চীংখৎখিরম্মী। অদুগা মুপামচা অমসু কপ লাওদুনা মনাক্তা লেপলম্মী। তাজা অতুদা হাও নিপা অমা মখুত্তা তা অমা পাইরতুনা লোইবী চীংদোম্দগী য়াম্না কন্না চেম্থররুম্মী। অতুগা "মাওলে তৌরিবসিদি !!" হায়তুনা মখুত্তা পাইরকপা তা অতুনা হাওনুবীবু চিংখৎলিবা কৈজাও অতুগী মওকশমদা থুম্না লেংলম্মী। অদু ফাওবদা কৈজাও অদুনা হাওনুবী অতুবু থাদোক্লমদে। অতুদগী হাও নুপা অতুনা তা:খাক অতু পায়রগা য়াম্না কন্না মুরুম্মী। খুদক অতুদদি কৈজাও অদু লোংনা হায়থখিতুনা লোকখাদা থরো থরো ওস্থখিরম্মী। অদুদগী হাও নুপা অদুনা হাওনুবী অতুবু নীংথিনা পমখৎপিরম্মী। মতম অতুদা খওহৌদনা অতোপ্পা কৈজাও অমসু চোংশিল্লকতুনা হাও নুপা অতুগা অমুকসু য়ামনা কন্না লাক্লম্মী! থৌদোক অতু উবদা ঐ অসি কিবনা থক থক নিক্লম্মী। অতুদগী হাওয়াম অমা অতোপ্পা চীংমায় অমরোমদগী লাও-খোওলতুনা মখুৎ মখুৎতা য়োৎ-থাং তানচিংবা অমমমগা লোম্নতুনা য়ামনা কন্না চেনশিন্নরক্লম্মী। অতুদগীদি ঐসু অতুম মীকপ থোরক্লে। 'অসিবু করি মওলাম্নো ?

পোকওঁদগী ওসিগী মওলাল অসিগুম্বদি থক উজখিদ্রি। মতমসু নুমিৎ তারমদাই ওইনা তৌই। হাইয়ু ইবুংঙো! ঐখোয়গী পুন্সিগী খোওচৎ অসিবু খঙহৌদনা অরোইবা মতমগী, নুংঙাইরবা তায়-বঙপানগী ঈপাক্তা তমখিরবা অব্রাবগী মমি লাংশিল্লগদৌরিবগী খুদম্না ?

ওঃ য়েংবীয়ু! নুমিৎ অসিদগী হৌনা, নবকিশোর যামিনী অনিগী মপুন্সি মমি শাগ্লক্লে। মতম অমদা মখোয় অনিনা নুং-ঙাইরবা মখোৎ কায়কপগী নীংখিরবা অযুক্তা খুজেং পালোয়নদুনা মুংশি ঈপাক্তা ঈরোইমিন্নখিবদু, হৌজিক্তি অমুক অব্রাবা ঈপাক্কী অরোইবা চাংজৌদা থুংলগদৌরে। ওঃ পাম্মুইদা নবকিশোর! যামিনী! নরাইবক্তা তমথ্রবোইদো!

যামিনীনা মহাক্কী মওলাল লীরকপা মতম অসিদা নবকিশোর মপুক্লিং য়াম্না ব্রারম্মী। অদুবু মপুগী নোংদম্নি হায়না খঙ্গদুনা হায়রকই—"যামিনী! নহাক নথব্রাই য়াম্না ব্রারবরা? পুম্নমক অসি খোইয়ুম মাগী থৌজাল ঙাক্লি। পুন্সিগী অরোইবা নুমিৎ অদু লাকল্লিবা ফাওবদি নং ঐগী তায়বংপান অসিদা অব্রা নুংঙাই কয়া কয়া থোক্লকখিবা য়াই। মদু পুমনমক ঐখোয়না খঙবা ওমদ্রে! অদুগা হৌখিবা পুন্সিগী অয়াম্বা শরুক্তি কপতুনতা লেনমিন্নরক্লে। অব্রা—নুংশিগী থৌদোক ঙাক্তা ওইখ্রে। অদুনা হৌজিক্তি যামিনী! নং ঐ থোইনা ব্রারুবগী কাম্নদ্রে। হৈরাংনা হৈমুন ক্ষারগা, শীওনস্নু নৈখোক লোয় রগা নৈমায়থক্তা কেনখিবগুম, নোংমদি ঐখোয়স্নু শোয়দনা পুন্সিগী তায়বঙ চেংজেল লোইদুনা মপূগী খুয়া তানখিনি। করিমতা ব্রারুনু যামিনী! মতম মতমগী

খোওজোই মতুংইদা চৎকদবনি। মং ঐগী অগ্না মুংওাইবগী পুন্সি হৌগ্রে। করিগুম্বা মতম অমদা অগ্না ঈপাক লান্নগা মুংওাইবা খোওচৎকী নীংথিরবা পুন্সি খোওংহী'মা লাকখিনি। মতম অদুদা নুংশিবা শত্তমগী ঈচেন চেন্নখিনি। অমরোমদসু ঐখোয়দি কাওশীংগী পান্দম্নি। মতম মতমগী ঈচেন্দা তাওগদবনি অমসুং লুপকদবনি। ঐখোয়না করি তৌজবা ওস্বা নত্তে, অফ-ফত্ত পুম্নমক মপু মহাক্কী খুয়াদা শিন্নজরগা লোইরে।" তৌইওম্নসুং যামিনীদি অগ্নাবা য়াখলগী ঈপাক্তা অদুম ঈরাক্লরি। অদুদগী ওাইহাকতং লৈরগা—"অমুক চৎলসি যামিনী! হৌগৎলো, খেওম্ননি, নুমিৎ তাখিদ্রিঁওদা লোইবী কসোম চীংজাওগী ইপা খুল্লাকপগী ময়ুম তান্না কাখৎহৌসি। হোরেন মমশিনখ্রগা হবচাং য়ারক্কনি" হায়রুনা মখোয়গী হাওসম অমসুং লেংকোৎ পোলাং পোখৎনরম্মী। অতুগা মখোয়গী নুংশিজরবা মপারী নগ্না অদুবু মমাং থানা খরা অমুক চৎহন খরা অমুক পম্মী তৌতুনা য়াংখ্রবা লোইবী কসোম চীংজাওগী ওম্নবা চীংমায় নাপোম অদুদা মতেক মতেক লোইরোই লোইরোই মাইগী অনিমুক্কী অশাংবা লম্মী হাঃগৎখিদুনা নুমিৎ তাবুম তাবুম তৌরকপা মতম অতুদা য়াম্না য়ানা কসোম খুল্লাকপগী ময়ুমদা থুংখিরম্মী। অদুদগী খুল্লাকপদা "ইপা! ঐখোয় অমুক পোইরে মৈতে তম্পাক্তগী হজরক্তে। ওসি অহিং অসিমদি ইপাগীদা অসুম পঞ্জরগে। চখোক্তনা চৎলুবনা ইহ্নাসি য়ামনা য়াগ্রে। হয়েং ইমুং ওান্নগা অমুক তগ্না খম্নাংগী ইয়ুমদা চচ্চখিগে" হায়রুনা অহিং অতুমা খুল্লাকপগীদা পনখিরম্মী। খুল্লাকপনসু মপুক্কিং য়াম্মনা মুংশিনা অমসুং হন্নাওনা "ফরে, ফরে, ইচাশা! ইম্মগীদা তুংওাইনা

পোথাদুনা লৈজরো" হায়না তাকপীরম্মী অমসুং পোইরে মৈতে তম্পাক কুমলবগী মরমদা ৱারী-ৱাখোঙ থরদং তৌহল্লগা ৱাররিনি হায়দুনা চাক-ঈশিং পীজদুনা অদুম তুমহনখ্রে।

কসোম খুল্লাকপগী ময়ুমদগী নোংঙাল্লগা নুমিৎ তরং তরং হুন্দোরকপা মতমদা "ইপা! নচা ঐখোয় অমুক ওল্লিঙৈদা খয়াংগী ইয়ুম য়োনবা চঙ্গরগে" হায়দুনা লোইবী কসোমদগী মাইল তরুক-লোম চীংয়াওগী লম্বীদা অদুম চৎখিদুনা অয়ুক্কী চাক-ঈশিং চান-থক্লবা মতমদা লোইবী খয়াংগী ময়ুম য়ৌরম্মী। তৌইগুম্বসুং মতম অদুদা নবকিশোর অমদি যামিনী মখোয় অনিগী তায়বওপান অদু লোইরদুনা, অমুক ইনৌ নৌনা পুমচীক চীকপা অঙৈংবগী মতম্পাক্তা য়াতাখিবগুম থোকখিরম্মী। অতুগা লোইবী কসোম, খয়াং চীংজাওগী পুক্লিং হুনবগী মছুক ওইনা ফজগ্রবা নুংশিরবা শক্তম পুন্নমক অদুসু হোংখিদুনা অয়াবগী শক্লোন ওইনা ইমক মকশিন্না উথিরম্মী।

মতম অতুদা নবকিশোরনা হায়খি— "করিমতা ৱারুনু যামিনী! মতমগী ঈথিল ঈরৈনি মসি। য়েংউ! মালেম পৃথিবী শিনথুংনা ঙাল্লম্বা নুমিৎকী মঙালবু অমম্বনা খঙহৌদনা উমখিবগুম অমদি তায়বওপানবু য়োৎলগে মতাংগুম মমলম্বা অমম্ববু ইরাই লাইনা অঙান্‌বনা মাঙহনবা মপুগী মহৌশানি।" যামিনীসু "চুমই করিসু থোইনা ৱাফম থোকত্রে। হৌজিক্তি পুন্সি য়াচংলক্নে, লোম্লেন শাংনা য়াতাবা মতম ওইরক্নে।" হায়না খুমজরকই। যামিনীগী ৱাহৈ অসি তাবদা নবকিশোর অমিত্তা মপি তাখিবা খঙহৌদে। অদুগা "পুন্সিগী লোয়নরক্কবী থগোইগী যামিনী!

তাম্লবও তুমখুল তানগ্রবসু ফরে কৈদৌঙৈ” হায়না অতপ্পা ৱাহৈনা হায়খি। যামিনীসু অদুম “ইবুংঙো” হায়না কপ্পি কপ্পি তৌনা খুমজে। মতৌ অসুম্না নবকিশোর যামিনী পোইরে মৈতৈ তম্পাকৃতগী হনখ্রগা লোইবী খনাং চীংজাওগী ময়ুমদা ভাইহাক ৱাংলেন পুংখাইমুক অৱা নুংশাংনখি।

---

# ১৮শুবা মতাং

ম্যাওশঙগী পেচকারী মতুং নোংমা মুমিংকী অসুক পুং মাপললোম তাবা মতমদা মাইপ্নাম শ্যামানা মহাক্কী ময়ুমগী মাঙোন্দা লাইরিক পাতুনা লৈরিঙৈদা ডাকঘরদগী চিঠী অমা ডাক-পিয়ন্না থিল্লক্নী। শ্যামানা চিঠী অদু ফাক্তোক্তুনা য়েংবদা মরোল মখাগী অসুম্না ইরম্মী।

চাম্নথোইরবা মরূপ শ্যামা।

অমদি মুংশিরবী ইচন সখি!

মতম কুইনগী তুংদা অমুক পোক্লফম লমদম য়ৌজরক্তুনা মুংশিরবা ইমা ইপা অমসুং চাম্নরবা মরূপ-মপাং ওন্নমক উনবা ফংজরে। অদুবু মতম অদুদা ফোংদোকপা য়াবা মতাং খজিক থোকখিদবনা ফোংদোকচরমদ্রে। অদুগা শক্কী শক্কী মখেদি উনতুনা ৱারী-ৱাতাই শান্মিন্নখিবা অদু খন্নুবদা মিৎতগী পি তাখিবা খঙহৌদে

ওসি, হাওফি শেৎতুনা নিপামচা অমগা লোয়ননা লোইবা খমাং চীংজাওগী তাংখুল হাও ওন্দুনা মরুপকীদা ডাইহ্যাক ঈর্দি... থকতুনা পল্লমবদো, মতম অমগী নবকিশোর অমসুং ধামিনীবু নীংশিংবীয়ু। অদুগা নিপামচা অদুনা মতমগী মতুংইন্না পীনবীবা ইচানি। ইরাইবক্তা ইমা ইপা কায়নদনা, মরুপ মপাং শেৎনদনা অমদি পোক্লকম পোইরে লমদম থাদোক্তুনা ঐখোয়গী মৈরবাক্তা মতম কুইনা পুন্সি চুপ্পা লৈমিন্নৌ তঙ্খিন্নখ্রে। ঋারোবীপনু, যামিনী, ঐখোয় অনিবু ভাকপীয়ু। মসি পুম্নমক নহালমুক্তী মপোক লাংওন্দা ঐখোয় অনিনা তৌজরকপনা হন্দক্কী মপোকসিদা ফংলরবনি।

নখোয়গী—

নবকিশোর, যামিনী।

চিঠী পারুবদগী শ্যামা মমিত্তগী মপি তাখিরম্মী অমসুং "ওঃ নবকিশোর! যামিনী।" হায়রনা মায়া নুংশিনা থম্মোই শোক্লা শোল্লম্মী। অদুগা মতম অদুদা ইমুংদা চাক থোংলিবী মহাক্কী সখিবুসু কৌথোক্তুনা "য়েংউ সখি! নহাকসু চিঠী অসি অমুক্তা পাও। মওনা তায়রবওনা তৌরিবসিবু? হৌজিক্তা ডাকঘরদগী থুংলরিবনি" হায়রনা শ্যামানা চিঠী অদু সখিদা পীরম্মী। সখিসু করিনো হায়রিবা খসিবু হায়রদুনা চিঠী অদু লৌদুনা পারম্মী। অদুদগী মহাকসু খওহৌদনা মপুক্লিং খওনুং নুংশিরকতুনা মমিত্তগী মপি চতুম চতুম তাখিরম্মী। অতম অপুদা শামা সখি অনিমক্না ওরাং ময়ুমদা আরুবা তাংখুলা হাওশিং অদুবু ঐখোয়গী মতম অমগী

চাম্নবা মরুপ নবকিশোর অমসুং যামিনীনি। অদুগা মুপা মচা অদুবুনা মখোয় অনিগী মপারীনি হায়না খওখিরম্মী। অদুদগী সখিনা হেক্তা মখোল থোক্লা—ও থোইনৌগী ইতা যামিনী! নুংশি মশুং লাজি পাজল শোনবী নহাক্না লোইবী খয়াং চীংজাও কাববু য়াদবরনে চাম্নবী! অদুগা জাতি তোঙানখিবনা পোইরে মৈরবাক্কী পনমুংদা অমোংপা লৈহল্লম্মোই খনবরা?" হায়না হিক্লা হিক্লা তেংথাত্তুনা কপ্পকই। অসুম্না মতম কুইনা উনখিদ্রবা অমসুং নিংশিংখিদ্রবা মরুপ অনিগী য়াখনদা লুপত্তুনা হাংলেন পুংজা অমরোম শ্যামা সখি অনিমক লৈরুরে।

শ্যামানা চিঠীগী মরোল অত্থু হায়দোকপদা থোইদোকপা অকায়বা লৈরোইদৌমাল্লে হায়না খন্দুনা যামিনী অমসুং নবকি-শোরগী মমা মপাদা নিংখিনা মরম শুগাইনা তম্লম্মী। মতম অদুদা নবকিশোর অমসুং যামিনীগী মমা মপা অনিমক হিক্লা হিক্লা কপ্পরম্মী। অত্থুদগীদি—"নহাক মুমিদাংৱাই য়াচংলকপগী মতম অত্থুদা ঐখোয়দা চওওক্তুনা চাক ঈশিং চারগা অহিং লেকখি। নোংঙাল্লগা অমুক ইক্ষাল চংকনি হায়ত্তুনা চংখিবনি। মখোয়না ঙাংলম শক্লমদো হৌজিক্তি য়াম্না নিংঙম্মকত্রে" অত্থুগা অমনা—"ঙরাং অয়ুক্কী চাক চাম্নবা মতমদসু ঐখোয়গীদা লাক্লম্মী। য়ারী য়াতাই ঙাইহাক শাম্নখি। মখোয়বু উবদা পংমুংদা মুংশিবা পোক্লকই। অদুনা ঐখোয়গী অখোংবা চাক ইঙ্গাং ফাওবা হাপ্পীখি। অত্থুগা চুশাং অহুমখকসু য়ানবিরুত্থুনা মকক মকক ককখৎপিরগা মখোয়গী হাওসমদা হাপ্পীখি।" হায়না মহে মহে য়ারী য়াখোঙ লীনরক্লে। অত্থুগা—"ওয়্যোকপনি! খজুমদা জওকপনি! মপুগী

তাম্নবগুপানসে চহি কুম্নাং তম্নামাথোই-তরানিথোইগী অম্নাংদা উথিবা ইচাশিংগী শকওইশিং অদুবু ভমথিরবা মতমগী ঈচেম্না ইলাই নাম্নলা হোংহনথিবা। ইনাক্তা অমুক লাক্কবা ফাওবদসু খওবা ওম্নবগী পাঙ্গল পীবিদবা তৌইগুম্বসুং নুংশি ঈচেন্দি থোইনা হেন্নদুম কন্না লোম্না থুপ্না অতৎ অথম লৈতনা নক্কা চেলহল্লিবা" হায়দুনা য়াম্না মথক্লাই চাক্কথিরম্মী। অদুদগী ভাইহাক্তং লৈরগা অমুক শ্যামাদা "ইবুংঙো! মথোয় অদু হৌজিক কদায়দা লৈরমগনি? অা লোইবী খগ্নাং চীংজাও তাম্না চৎলমলগদ্রা? ঐথোয়না থিজরুবদা শোয়দনা ফংগদ্রা? অমুক থিরুবগী অকায়বা করি লৈবগে?" হায়না হংলম্মী। ক্লাহং অদুদা শ্যামানা—"ঐসু অরেপ্পা হায়বদি ভমজদে! চুম্নগী চিঠিদা হায়রকপা ক্লারোলগী মতুংইন্না থাজবদগী তমজবতনি" হাযনা খুম্নম্মী। মতম অদুদা কৈরোই লৈকাইগী মীসু য়াম্না তীল্লম্মী। অসুম্না ভাংনরিঙৈ মতম অদুদা মণিপুরগী চেফোং পাউজেল চেদসু নবকিশোর অমসুং যামিনী মথোয় অনিগী মরমদা ইবা আর্টিকল অমা ক্লাওরকলে হায়না পাউজেল (খবর) পাবা কনাগুম্বা খরগী মচিন্নগী তারম্মী। অতুগা শ্যামাগীসু খুদক অদুদা নুমিৎ খুদিংগী পাউজেল চে লৌদুনা পাবনিনা অঙাং অমনা নুমিৎ অতুগী পাউজেল চে অমা পুরকতুনা পীরম্মী। মতম অদুদা মী ময়াম অদুসু তানিংমনখ্রতুনা শ্যামাদা—অমুক্তা থুনা পাবিয়ু তাসি হায়রম্মী। শ্যামাসু ম্নামনা থুনা খওনিংবগা লোয়নননা মীয়াম অদুনসু তানবা লাউনা পারম্মী। অতুদগী খরা পারগা "জাৎ ওনবা" হায়বা আর্টিকল অমা ক্লাওরম্লে। মতুদা মখাগী ক্লারমশিং অসি ইরম্মী।

# "জাৎ ওনবা"

ফোংজরে ওসিদি। মতম অমদা থৌবাল কিয়াম সিফাইদগী অরিবম খামিনী হায়বী লৈশাবী অমগা খাওম নবকিশোর হায়বা পাখও অমগা নোংমতদা অহিং অমদগী মাংমিন্নখিবা অদু হৌজিক লোইবী চীংজাওগী খম্লাং হাওখুন্দা তাংখুল জাৎ ওন্দুনা লৈরকপা অদুগা মমিংসু চীংমী হাওগী কোলোয় মিংলেন লৌদুনা খামিনী ব্রাহ্মণীবুনা "শওনু" নবকিশোরবুনা "অমেবা" হায়না থোনখ্রে। মচাসু চহি তরুক তরেৎ শুরবা নুপামচা অমা লৈরে। মসি কনাগী মরাল নত্তে। মতম অদুদা পোইরে মৈত্রবাক্কী চৎনবীদা করিগুম্বা অচৌবা অকায়বা অমা ওইবনা অমুক হন্নকপা য়াখিদ্রবা খোংফমদা পোইরে মৈত্রবাক্কী চৎনবী পক্লোনগী ঈরাংমা লানবনি।

অমেবা অমসুং শওনু
খম্লাং হাওখুল।

থাজেশেংনা পোইরে মৈত্রবাক মণিপুরগী পাউজেল চেদা নবকিশোর খামিনী লোইবী খম্লাং চীংজাওগী তাংখুল হাও ওল্লে হায়না ফোংলকপা অতুদা খামিনী অমসুং নবকিশোর মখোয় অনিগী মমা মপা অসি অমুক করি তৌনিংঙাই লৈখিদ্রে। হায়নিংঙাই লৈতনা অন্নাবগী মথক্তা অমুকসু অন্নাবা ব্রাখসগী ব্রাংলবা থাক অমা খওহাপ হাপখিরম্মী। অদুগা মতম অদুদা অতৈ মী ময়ামগী মপুক্লিংদসু নবকিশোর, খামিনী অনিবু খোইদোক্না মুংশিবীবা পোক্তবা ওম্নরম্দে।

অদুগা সখিসু অমরোমদা মতম অসিদা ময়ুমদা চীকমাওনখিবা মখোইনৌগী মতা যামিনীখোয়বু নুংশিবগী কাওওমদ্রবা খম্মোইনুংগী মৈচাক অদু ক্ষোংদোক্তুনা মপুক্লিং য়াম্না নুংশিনা হিক্লা হিক্লা কপতুনা অতুম ঈশৈ ওইনা শক্লি।

ঈশৈ

পাইখরে তমগী পোক্সী চেক্লা,
অরাংবা খল্লাং চীংজাও তম্,
অচীকপা লমদম রেংনা তাম্না,
পোইরৈ মৈত্রবাকপু য়েংলম্মগা
ওইরম্মীকো খোইনৌগী চান্নবী
চীংনুংগী তাম্নাদি ইতারোই ও।

হায়রকখি শ্যামাসু মতমদুদা অসুম্না—

"য়েংউ সখি! মতম অমগী শাবী-শানৌগী শীংদা নবকিশোর, যামিনী অনিগী মপুক্সিংগী মখোং কাবকপা মতাংদা, অপাম নুংশিগী পনথুং য়ৌনবা তানবদা, লম্নেন পোইরৈ-মৈত্রবাক্সী পুরম পারমগী ওইবা কল্লবা চৎনবীগী চেকশিন্না খ্রিবা রাংগ্রবা পল্লোম্না তমথীরবা অচৌবা য়েক্লবা অমা ওইনা লাক্লোই চন্না কোইশিন্দুনা লৈরম্নদংগী নাম্মোক্তুনা লোম্না ক্ষনা অমতা ইখও-খওহৌদনা হেক চৎমিন্নখিবসি, করম্না মতমদা কদাইদসু থোকখিদ্রিবা অমদি মতুংদসু পংথোক থোরক্লোইদবা চাউরবা অওকপগী মশক ওইরবা থৌদোক্সী ঈচেম্নি হান্নরা কাওওমদনা অসুম মথং-মথং তুংগী মীয়োলশিংনা মালেম লৈকোন্নপুংসিদা য়ারীশ্বাখোওনহৌনিতাইদুম ওইরগনি:কা। উম

অসিরা ? কল্লিদা ? হে মৈত্রবাক্সী চৎনবীবু চেকশিন্না থারিবা ম্নাংলবা পান্নোনগী ম্নাইঅদা খোইমুমগী নোংদমখৌল ! অসিরা....... অসিরা........উম অসিরা....... খোইমুমগী নোংদমখোল !"

---

# ১১শুরা মতাং

অাঃ ওন্থোকপনি ! নবকিশোর অমসুং যামিনী মখোয় অনিগী অরোইবা পুন্সিরোলগী নুমিৎ অদু লাক্লবোইদ্রা ! যামিনীনা নোংমা লোইবী কসোম চীংজাওগী চীংখোংঙদা পামেল উথাদা পোথাবদগী তুম্লিবঙে, থওহৌদনা মওখিবা মওলান অদু মহাক মশামক্তা চপ চানা তায়বওদা অমুক থোক্লরে। নবকিশোর, যামিনী অনিগী মরাইবক্তা মতম কুইনা পুন্সিয়ু তমখিদ্রমাল্লে। লোইবী চীংমুংদা মখোয় অনিমক্তা য়াইবী মথল্লাই মাওঙু তমথ্রবোইদা ! পোয়ইগী মণিপুর তম্পাক কুমলুবদগী ইকুই কুইদনা নুমিৎ মওা তরুকনিদং লৈরম্লগা নোংমা নুমিৎ তারমদাইগী মতমদা যামিনীনা মচা নুপা অদুগা লোয়ননা মখুত্তা ঈশিং লুমলুবগী কোল অমুবা অমা পায়রদুন্না. ঈশিংখোং তান্না ঈশিং শোকপা কুমথখিরম্মী। মতম অদুদা মহাক্তি লোইবী কসোম চীংজাওগী খুল্লাকপনা অদুঙে "ঈশিংখোংদা কোন্না অমু . অরাক থক নুপশিন-নাকশিনগনু, শা লাক্কনি" হায়রক. তাকশিখিল্লা অদু হেক কাওথোকখিল্লনা ঈশিংখোং লৌরগা লোইমা ঈশিংখোংদগী

কোল অমুবা অদু লুপশিন্দুনা ঈলিং শোকপা লাক্লরিঙৈ মতমদা মফম ইশ্বও-খওহৌদনা পাম্না কৈজাও অমা অশোংবা নারকতগী চোংথোরকৃতুনা যামিন্নাদা লুশমদা লাকতুনা শোওজবা অওমবা চীংমায় নাপোম অতুদা শোরো শোরো চিংখৎখিরম্মী। মতু উবদা মপারী নব্রা অতুনা পাখৎপগা লোয়ননা য়ায়া অকি অখংবগী খোয়াউদা—"ওঃ ইমা !! ওঃ ইমা" হায়না খওলাউ লাউখিরম্মী। মতম অতুদা নবকিশোরস্যু লোইবী পাম্নৌ-য়ানুবদগী হল্লকপা ময়ুমগী লমীদা ফংতবা খুদমগী মশক ওইরবা শজি শওাইশিংগী য়াক্লবা খোজেয়া মতম চাদনা অরাক অরাক্লা মশক উবা ফংদবা মফম খংদবা মায়াইকরোমদগী খোংলকপা অমুক অনিরক হেক হেক মহাক্কী মনাকোং অতুনা তাখিরম্মী। খুদক অতুদা নবকিশোরনা "ইস! করিনো? ওসিগী মতৌ অসিদি! —পুন্সিগী অরোইবা পুংফম হায়বতু লাক্লবরা?" হায়না মপুক্লিংদা খনখিরম্মী। অস্যুয়া মপুক্লিংদা থোইদোক্লা অরাবগী য়াখল অসি খয়া খয়া য়ায়া খোওলে থুনা ময়ুম লমদম তম্লক্লম্মী। ওঃ ওহোকপনি! ময়ুম হেক য়ৌরকপদা মওাইরিঙৈ অকী অখও পোক্লবা মচা নুপাগী খম্মোই শোক্লবা খোজেল খোয়াউ অতু হেক তু-চুংনা তাখি। মতমতুদা নবকিশোরবু অমুকস্যু তরং-মালংগী য়াহে খরনা ঈশে ওইনা শক্লকৃতুনা লম্মুক্লহনখি। শক্লকপা ঈথেলী মরোম্দি অমিনি।

ইশৈ

অরোইবা পুংজামি,
থম্নাং পোন্দা চাক্লাম্বা
তমগী পোম্বী চেক্লা !
হন্দক মপোক আংওনগী
পুন্সি য়াচংলে,
অম্বা মৈশা লাংলরোই
তায়বঙ তুমখুল তাজনি।
হা তমগী পোম্বী চেক্লা ও !

অদুদগী ঈশৈগী মরোলসি হেক মাওথিবদা থিন্দনা নবকিশোর মথুত্তা তা অমা পায়দুনা ঈশিংখোং তম্না য়াম্না কম্না চেম্থখিরম্বী অমসুং মহাক্কী নুংশিজরবী যামিনীবু পাম্বা কৈজাও অমনা শোওলবা অওম্বা চীংমায় নাপোম অদুদা চিংখৎলম্বা অদু ফংলুরে। মতম অদুদা নবকিশোরম্না মথক্লাই য়াম্না শোক্লা, মথৌনা মরিংজেল ফনা যামিনীবু ফনগে হায়বগী য়াথন্দা কৈ তম্না প্রপ-প্রপ চেমশিনখিত্রুনা মথুত্তা পায়রকপা তা অদুনা কৈগী মথবাক্তা থুম্না থিল্লম্মী। মতু ফাওবদা কৈজাও অদুনা যামিনীবু থাদোক্লমদে। অদুদগী নবকিশোরনা তাখোক অদু পাইরগা খাওমুক মুক্লম্মী। মতম অদুদদি কৈ অদু লোংনা হায়থখিত্রুনা লোকথাদা থরো থরো ওন্থখিরম্মী। অদুদগী নবকিশোরনা তা অদু থম্লগা থম্মোই কাইরবা য়াহেনা ওঃ ইথক্লাইদগী হেন্না নুংশিরবী ঐগী যামিনী! করি মতৌনা তৌরম্লিবা অসিদি ?" হায়দুনা যামিনীবু নিংথিনা তম্না পমথিং-শিরম্মী। অদুগা অাঃ নপুন্সিগী অরোইবা পুংফম্না !! ঐগী পুন্সিগী

যামিনী। করি মতৌনো ? মওলা তায়বওলা ? আঃ মতম অমদা ঐনা হায়খি ঐগী থম্মোয়গী যামিনীবু পুন্সি চুপ্পা থাদোক্লোই। অদুবু ওসিদি, আঃ” হায়না মথয়াই প্রোক প্রোক চাক্লা কপ্লমই। মতম অদু ক ওবদি যামিনী মইবী মথয়াই মাংলমদ্রি। নবকিশোরগী মঃখাল হেক তাবদা মখিৎ খংপাং পাংখোরক্তুনা “ইবুংঙো ! ইবুংঙো !” হায়না মখোঙ্জেন য়াম্না পিক্লা অয়াবগী অরোইবা পোঙ্জেলনা কৌজরম্মী অমসুং ইবুংঙো। মহাক্কী পুন্সিগী যামিনীবু থাদোকপীগনু” হায়জরকই। অদুগা য়াম্না তন্না মখুৎ হায়দোক্তুনা নুংশিজরবা মপারীবুসু—ইমাগী ইবুংঙো! ইমাগী ইবুংঙো ! ইমা খোয়াং অমুক্তং ইন্নমগে লাও !” হায়না কৌশিঞ্জরম্মী। অদুদগী অমুকসু খওহৌদনা মিকুপ অদুগী মনুংদা কৈ মথি ফোংলক্তুনা অতোপ্পা কৈজাও অমসু কৈবন হৌদুনা নবকিশোর, যামিনী তম্না চোংশিল্লকম্মী। মদুদসু য়াম্না কম্না নবকিশোরগা লাক্নরম্মী। ওাইহাক পুংখাইমুক্তং লাক্নরবা মভুংনা পাম্বা কৈজাও অহু মতোমতা তুথজখিরম্মী। তাঞ্জাদুদা নবকিশোরসু উচিন নাচিম্না য়াম্না য়ানা যামিনীগী মনাক্তা উপ্নাক্না শিৎতুনা চওশিনখ্রে অমসুং যামিনীবু মহাক্কী মতম্পাক্তা মোন খাওহল্লম্লগা করি অমতা নিংশিংবা লৈতনা অদুম পুন্সিগী অরোইবা য়াহিপ্তা “আঃ যমিনী ! পারী ইবুংঙো !” হায়রম্লগা তুমখ্রে।

ওঃ লোইরেকো ! নবকিশোর ! যামিনী ! হৃদয় মপোক্কী নখোয় অনি লোইরকো ! নখোও খোংনা লোইবী চীংজাও কাম্লগা অচিকপা লোকুপ্তুং তাম্না নমং খিবা চৎপরা ? অসিরা ? মুংশিরবা অমা মপা কাম্নতুনা, চাম্লরবা মরূপ-মপাং শেৎনদুনা অমদি

পোক্লফম লমদম নুংশিববু থাদোক্তুনা পোইরে মেল্লবাক্সী চংনবীগী ঈল্লাংমা লানবদি ?

অকিবগী মশক ওইরবা তু চুংলবা থৌদোক অসি মতম পুংখাইমুক্সী মনুংদা থোকখিবনি । অদুগা অতোপ্পা লোইবী চৗংমায় পাম্লৌ অমদা হাওয়াম অমসু থবক শুমদগী থৌদাক অসি উনরক্তুনা চেনশিন্নরক্লম্মী। তৌইগুম্নসুং হাওয়াম অদুনা য়ৌনরকপা মতম্নদদি—নবকিশোর অমসুং যামিনী পুল্লপ কোম্নতুনা মোনথাংনরগা অতোপ্পা মপোক লাংওন অমগীদমক তায়বঙপান থাদোকখিরম্লে। অতুগা মতম অতুদা নুংশিরবা মপারী নল্লা অতুনা মহাক্সী অমং য়াইথোঙ কুমখ্রবা পলেম পস্থৌ অনিগী নাক্তা ওন-থোইদুনা মপুক্লিং য়াম্না থুংশিনা ও খোঙনা পলেম পস্থৌবু কৌদুনা কপ্লম্মী। অদুদগী ঙাইহাক্তং লৈরগা খঙহৌদনা অতুম লোইবী নুঙাইথক্তুদা খোম্লেন য়াতাখ্রে। মতম অতুদা লোইবী খম্লাং চৗংজাওগী খুল্লাকপা অতুসু য়ৌরক্লে। তৌরম্রিবা মতৌ অতু উবদা খম্লাং খুল্লাকপগী থম্মোয় অতু কায়খিরম্মী অমসুং থরো থরো ওন্দুনা মথক্লাই চাক্লা কপ্লম্মী। অদুগা তকসি ছোন্দুনা—আঃ ঙসিদি নিঙমদবগী নাপোম থুংনা অল্লা-নুংশিগী খাম্লী মৈরিনা লাম্মে চাক্লুম কোক্ল কোক কোক্লা চাকখ্রেদা। অসিরা ? মতম অগ্লুক কুইনা ঐগী অল্লাংবা চৗংজাও, লোইবী খমূলাংগী পোন্দা মতু শোল্লবা তমগী পোম্লী চেক্লাবু ল্লানা হোইশাংনা য়োক্লকপদি ! ওক্লবরা ! অল্লাংবা লোইবী খমূলাং চৗংজাওদা চাক্তাবা ! পেল্লবরা থকপা ? চৗংগুংগী অরুবা, অঈংবা লাইজ ! আঃ তমলক্লবরা ? তমথিরবা শাহিং-ঙাহিং পাম্লা শা-কৈগী মথম্লাক্তা ল্লাইবী মথল্লাম্ল মাঙতু হাল্লনা!

আঃ ওসিদি, ঐগী থস্মোই অসি পুন্সিগী অরোইবা হীওাম হোং-লেদো ! খল্লম্বনিকো ! খম্নাংগী খুল্লাকপনা, মতম চানা ফোংগে মতম অমদা, লোইবী খম্নাংগী ইখুন্দা মহুম চাওনা শাররুগা। অদুবু লোইরেকো ! ওসি মখে। আঃ লোইরগনি খুল্লাকপা ঐগী ইপুন্সিস্থু। থুনমক তমগী পোম্বী চেক্লাগী তুংইনগ্রগনি। অহুনা লোইবী খম্নাং খুল্লাকপগী ইথরাইনা পেনবা ওইরগনি। পীরবনি, ঐগীস্থু থাদোক্লবগী লোইবী খম্নাংগী ইখুল। ওঃ পাম্মুবনিকো! মতম চাদনা ঐখোয় লোইবী খম্নাংগী পোন্দগী পাইখিবা তমগী পোম্বী চেক্লাসে। আঃ লৈহৌরোকো অচিকপা লমদম অসিদা! ইচা অনিগী ওসি অরোইবা নুমিৎ ওইরম্লে। অহুনা পুন্সিগী অরোইবা নুমিৎ অসিদা ইপাগস্থু কান্নন'রসিকো! কান্ননরসিকো! হায়রমলগা মগুগী পান্দমগুম হান্না নুংশিনা —ইবুংঙো! চীংনুং চাদি নুংশিবা! চৎলসি লাকও! হায়না খোমলেন হাতারিবা অঙাং অহুবু ইরেন্না (নীংথিনা) পমখৎপিরহুনা লোইবী খম্লাং চীংদোল কাখৎখিরম্মী।

আঃ পোইরৈ লমলেন মৈত্রবাক্কী রাংগ্রবা পল্লোন্দগী রাংম-থিদুনা ওনগ্রবা লোইবী চীংনুংগী তাম্নাগুম, মতম চাদনা অচিকপা লমদম লোইবী কসোম, খম্লাং চীংজাও তান্না তান্না পাইগ্রগা শেৎন-খাইনবা লৈতনা পুল্লপ কেম্মিন্নখিবা তমগী পোম্বী চেক্লা! লৈহৌরসমু শোন্নবা মিংচৎ ওইনা তান্নবওপান্দা পোম্বী চেক্লা অনিগী হান্না নুংশিনা চীল্লোক-চীন্দিন্নখিবা।

অহুগা হাওরাম অহুস্থু মতমহুদা অমেবা অমস্থুং শণ্ডহুনি হায়না খণ্ডনরক্কে। অমহিকস্থুং মমৈদদি মনাংঙৈদগী খণ্ডনরমগ্রিবা,

মখোয় অনিগী থারী থাখোগু পুম্নমক নিংথিনা লোইবী খমূলাং খুল্লাকপদগী খণ্ডখিরম্মী। মতম অদুদদি হাওয়াম পুম্নমক অথুনা নবকিশোর অমসুং যামিনী মখোয় অনিবু অমুক থোইদোক্না হাম্নদগী মুংশিনা শোম্নবিখিরম্মী অদুদগী নবকিশোর, যামিনী অনিগী ঈ পাউ অমদি লোইবী খমূলাং চীংজাওগী খুল্লাকপগী অরোইবা অগা ওইনা থম্মোই শোক্না নীঙবা কায়খিবগী মওং মতৌ অদু পুম্নমক অসি থুনা পোইরৈ লমমেন চীং তমগী লমদং পুম্নমক শীননা থুংনা ইয়ৌ য়ৌনা শক্নোক্তুনা তাহনখিরম্মী।

---

# অরোয়বা মতাং

নবকিশোর অমসুং যামিনী মখোয় অনিমক পোইরৈ মণিপুর তম্পাক্তগী হনম্নগা তরুকনিশুবা নুমিত্তা নুংশিম্নবা মপারী নম্না অমতং থম্নমগা লোইবী খমূলাং চীংজাওগী শোঙলবা অচিকপা লোকমুংগী লমদম ঈশিংখোংগী মপান অমদা পাম্না কৈনা শোক্তুনা য়াইবী মথম্নাই মাঙখ্রে হায়না অরোইবা অম্না-মুংশিগী ঈ-পাউ অমা তাম্নরক্লে। মখোয় অনিগী পাউ অসি হেক তাবদা যামিনীগী মম্না য়াথেনা কমলমদগী ফুক হৌগৎতুনা—"ইমাগী ইবেম্মা যামিনী! ইমাগী ইবেম্মা যামিনী! হন্দক মগোকসিমগী ইমাদি লোইরেকো।" হায়মা অমুক অনিরক্তং অরোইবা খোম্নাংদা কৌরম্নগা

খওহৌদনা মালেম লৈমায়থক্তা অদুম হ্রাম্বখ্রে। অদুগা মতম অদুদা অময়োম্বা নবকিশোরগী মমা কবোক্লেস — "ইমাগী ইবুংঙো নবকিশোর! নহাকপু কদাইদনো? ইমাগী ইবুংঙো নবকিশোর! নহাকপু কদাইদনো?" হায়না কৌর কৌরদুনা মওঙুম মকম মরাং করিমতা খংদনা ভাওরদুনা অদুম পংচক্তা চংখ্রে। মহাক্কী মপুন্সি চুপ্পা তায়বওপান শেরাম্মখ্রে।

অরাবনি! মচা অচাবু-নুংশিবগী মরম্মা মপুন্সিদা অর্বা কোকথোং হ্মারক্লবী মমা অনিগী মতৌ অদু উবদা কনাগী থম্মোইনা খাওবা ওমগনি। যামিনীগী পাবুং হ্রাজাও অমসুং নবকিশোরগী মপা যুগোল মথোয় অনিসু অমুক মতম কুইনা হিংনবগী হ্রাথল করিমতা লৈনখিদ্রে। অর্বা-নুংশিগী মৈচাক খাওবা ওমনরকক্লদুনা নুমিৎ মরি মওানিদং হ্রামনা হ্রানা খ্রানা লেপ্পমলগা অদুম তায়বওপান থাদোকখিরম্মী।

ওঃ নহাল মখে নবকিশোর অমদি যামিনী মথোয় অনিগী মমা মপাশিং অসি মপারী অমসুং মংমামগী 'অরোইবা মপুন্সিগী হ্মাহিপ তানবা ভাইদুনা হিংলম্লিবোইদো!

মতম 'অতুদা' নবকিশোর অমসুং যামিনীবু মতম অমগী চান্নরবা মরুপনি হায়না খন্দুনা শ্যাম্মা-অমসুং সখিসু মমিত্তা নুংশি পিরাং চেন্না মথোয় অনিগী মথক্লাই মিরেম্না লাইরেবাক্তা ইংনা লৈবা ফংজরুনবগীদমক তায়বওপান মপুদা চেং-থোইদিং লৈগুন-চিংবা হৈ-রা কচ্চদুনা খুরুম্মিম্নখি।

অতুদগী অরোইবদা মতম কুইনগী নীংশিংহৌনবগী মশক ঘমা ওইনা লৈহৌনবগীদমকসু হায়দুনা মখাগী মথোয় অনিগী

থম্মোইনুংদগী পীগী ঈরাগা লোম্লননা থোরকপা নুংশিৎলনা চিরেং রাহৈ ষরা অসিসু ইথোকতুনা "কেমথিবা" হায়না শৈরেংগী মমিং অমা থোল্লগা থৌবাল হায়ফুলগী চেক্ষোং মেগাজিন্দা হাপতুনা মতম চানা নিংথিনা ফোংখি—

## "কেমখিবা"

মাওথয়ে থওহৌদনা তমগী পোম্বী চেক্লা,
রানা পাম্মু নুংশি শেৎন কায়নদা
ওজা লোইবী থল্লাং চীংহ্লাদা।
লৈহৌরে কপতুনা চেক্লা চীংনুং—চাদি
কায়দোংফম পামেল ফংদনা 'পুন্সিগী
থম্লাং পোন্দা মতু গোম্বা।
পান্দম্রে মওকারক্লুম 'পুক্লিংদা চীংবুরোই
কুমগ্রনি অয়োম্বা 'পুন্সিগী হিদেন
নীওবা কায়না মওমানওম মাস্থ।

---




লোইরবা

